# স্বামী বিবেকানন্দগী

## পুন্সি অমসুং পাওজেল

হন্দোকচবা—

গৌরকিশোর

ফংফম

ও: কে: ষ্টোর

পাওনা বাজার রোড, ইম্ফাল।

মমল লুপা ২.০০

# বাহৌদোক

জাতিগী ঈশৈদা 'ভারত জগৎ বিধাতা' হায়না হায়রিবদু অতৈ কনাসু নত্তে, স্বামীবিবেকানন্দবুনি। পাঙ্গৈশেংনমক্ বিবেকানন্দদি ভারতকী মোংদম্বনি। মহাত্মা গান্ধীবু জাতিগী মপান্সী হায়না খঙনরবদি স্বামী বিবেকানন্দদি জাতিগী গুরুনি। ভারতকী মপুরা অতিয়াদা ইহান হান্না মঙানগী মশেক উৎখিবা বিবেকানন্দনি। ভারতকী অতূম্বা মোংশাবু হৌদোক্লম্বসি বিবেকানন্দনি। বিবেকানন্দগী মতুংদা পোকলকপা গান্ধী, নেহরু, তিলক, চিত্তরঞ্জন, মতিলাল মহাপুরুষশিং অসি অর্জুনা কৃষ্ণগী খুৎলাই ওইবগুম বিবেকানন্দগী খুৎলাইনি। ভারতনা জিতেন্দ্রবগী লম্বী, পোম্বম, ফীদম অমসুং পাম্বৈ পূম্নমক বিবেকানন্দনা হায়না তাকখ্রবনি। নিংবা কায়রবা, লৈখা তারবা ভারতমচা খুদিংগী খল্লোমদা অনৌবা থৌনা অমসুং অনৌবা আশা হাপখিবা স্বামী বিবেকানন্দনি।

বিবেকানন্দদি ভারতকীদা গুরু ওইবা নত্তে, মহাক্কি জগৎ-পূম্বগী গুরুনি। বিবেকানন্দবু ভারতকী নিংতম্বগা পকশিন্নরুবদি মপূং ওইবা বাফম নত্তে, বিবেকানন্দনা তাইবংপূম্বগী য়াইফনবা হোৎনরকপদা ভারতসু চিংথবা য়াদবনা অতুক য়াওবতনি। বিবেকানন্দদি জগৎকী য়াইফনবা, মঙ্গল ওইনবা অমসুং মীরমলেন অমসুং লাইরমলেন অনিমক্তা জাতিবিজাতি খাইদনা শান্তি অমসুং মুক্তি ফংনবা তাইবংশিন্না কোয়না চৎলম্বা গুরু অমনি।

বিবেকানন্দ মশামকন্থ রামকৃষ্ণগী খুৎলায়নি। বিবেকানন্দনা সমাধি অমসুং অরান খুভম কংবগী মহুত্তা গুরুগী য়াথং মতুংইন্না মিৎকুপ অমতা পোথাদনা জগৎকী মঙ্গলগীদমক থবাই হকচাং য়াওনা হোৎনৈ। মীয়াম্না মিংশিংলুদ্রবা ঋশিশিংগী মন্ত্রশিংদু নৌহৌনা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্তবংদা অনৌবা আশাগী ঈরিক থিকলম্মী। মরম অসিনা পৃথিবীগী মক্কম থুদিংদা বিবেকানন্দগী পাওজেল অমসুং পুন্সি বারীবু ভক্তিগা লোয়ননা মৈমরি, তম্নরি অমসুং তাম্নরি। অসিগুম্বা মিপা অসিবু ইরৈবাক মচাশিংনা, খোইদোক হেন্দোক্না হৌগৎলক্লিবা নহারোনশিংনা মশক মমিং খঙবা চুম্মি থক্লুবদগী বিবেকানন্দগী পুন্সি বারী অমসুং পাওজেল থবা ইমারোন্দা হন্দোকচনা থোমজিন্লে। লাইরিক মচা অসিনা ইরৈবাক মচাশিংদা কান্নবা থরদং পীবা ওয়েবদি লোমজমনগী মহৈ য়াক্লে হায়না সুংভাইজগনি।

শ্রীগৌরকিশোর সিংহ
১।৯।৬৭ ইং

# হীরম—লামায়

# স্বামী বিবেকানন্দগী

## পুন্সি অমসুং পাওজেল

### অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি

বিশ্বনাথ দত্ত হায়বসি কলিকাতাগী শিমলাপল্লীদা মচিন ভোংবা অমসুং মপাম ফবা মী অমা ওইরম্মী। স্বামী বিবেকানন্দ অসি বিশ্বনাথ দত্তগী মচানিপা অহন্নি। বিবেকানন্দ খৃঃ ১৮৬৩ গী জানুয়ারী থাদা পোকই। মাবু পোকপী মমা ভুবনেশ্বরী দেবী অসি য়াম্না লাইনিং চেৎপী অমসুং ভক্তি চেনবী নুপী অমা ওইরম্মী। বিবেকানন্দগী মপানা থোনবা মমিংদি নরেন্দ্রনাথ দত্ত কৌই।

পিক্লিঙৈদগী য়ুমদগী ওজানা বিবেকানন্দবু লাইরিক তম্বীবা হৌই। অসিগী মতুংদা মেট্রোপলিটান ইনষ্টিটিউটতা মিং চল্লি। স্কুলদা মহাক অসি মমান্নবা কাংবু অমগী লুচিংবা ওইরম্মী। লাইরিকী মহুত্তা শান্নবা অমসুং লাক্ল-ফানবদনা হেন্না থবাই তারম্মী। স্কুল তম্লিঙৈদা কুস্তি, মুক্না, বক্সিংমচিংবা তৌদুনা হকচাং শাজেন তৌরম্মী। বিবেকানন্দ অসি নহা ওইরিঙৈদা নোই পেল্লি, মপোপ-মতাং কৈ অমসুং স্নেংবদা য়াম্না নুংঙাই।

অঙাং ওইরিঙৈদা নরেন্দ্রনাথ অসি রামায়ণ অমসুং মহাভারততা থরাই তারম্মী। রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী শরুক অয়াম্বা নরেন্দ্রনাথনা চিনফা পুরম্মী। রামভক্ত মহাবীর হনুমানবু নরেন্দ্রনাথনা য়াম্না পাম্না তৌজৈ। অরোইবা পুন্সিদসু বিবেকানন্দনা মহাবীরগী ফিদম অমসুং বাশক অদু মুৎনাইদ্রবা লোম্না পল্লম্মী।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা নরেন্দ্রনাথ অসি য়াম্না বাথল লৈরম্মী। মথুৎমক্না কৃপা চাং য়েংদ্রিফাওবা মহাক্না করিগুম্বা পোৎ অমবু তরাই তরাহনা লৌশিন্দে। মতাং অসিদা অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক অমা পনগে। বিশ্বনাথ দত্তগী বৈঠকখানাদা হীদাকফু মথল মথল লৈরম্মী। জাৎ খুদিংগীদমক তোঙান তোঙানবা মওংগী হীদাকফু থৌরাং তৌনে' থনম্মী। মোংমদি বিবেকানন্দনা হীদাকফুশিংদু অমমম্ মচিম্না চুপ্পুনা য়েংথোক্লে। মতম অসিদা মপাবুং চংলক্তুনা করি তৌরিবনো হায়না হংলম্মে। মচা নিপানা খুম্নকই, "জাৎ থাইদ্রবদি করি থোকপগে হায়দুনা চাং য়েংলমলিবনি।"

খৃষ্টাব্দ ১৮৭৯দা মেট্রিক পরীক্ষা ভুম্লদুনা জেনেরেল এসেমব্লিজ কলেজদা মিং চল্লে। মসিগী কলেজ অসি হৌজিক্তি স্কটিস চর্চ্চ কলেজ হায়না ফাওরিবসিনি। নরেন্দ্রনাথ মতম অদুদা চাহ তরানিপানলোম শুরে।

কলেজদা নরেন্দ্রনাথবু ময়াম পুম্নমক্না চাম্না তৌই। ঈশৈ শকপদা মখোন সুংশিবা, মশা-মউ ফবা অসিগীদমক্তা থম্মাল

লকাওরা ফজবা মমিৎ অনি—ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা মী পুম্নমক্না মহাকপু চাল্লম্মী। মূনীষী ব্রজেন্দ্রনাথ শীলনা নরেন্দ্র-দগী চহি অমা হাল্লি। ব্রজেন্দ্রগা নরেন্দ্রগা য়াম্না চান্নে। নরেন্দ্রনাথনা মরূপকা লোয়ননা নোংচুপকী দর্শনশাস্ত্র তম্মি। মতম অসিদা নরেন্দ্রনাথকী থম্মোয়দা ধর্ম্মগী ঈফুং ফাওবা হৌই; ঈশ্বরবু থংনবা অমদি ফংনবা হোৎননিংবা অমা মশাদা ফাওই! মতম অসিদা মহাক অসি ব্রাহ্ম সমাজদা চৎলি। নোংমাইজিং খুদিংগী ময়ামগী লাইথুরুম্নফম লাইশঙদা নরেন্দ্রনাথনা সুংশিনা ঈশৈ শকপা হেক হেক তাই। অদুবু ব্রাহ্ম সমাজদা নরেন্দ্রনাথকী খোয়রাংবা কোকহনবা ঙমদ্রে। ঈশ্বর করিনো হায়বসি নরেন্দ্র-নাথনা য়াম্না থংনিংই। মাগী খোয়রাংবা অসি দক্ষিনেশ্বরগী লাইরিক হৈরবা পূজারী অমনা কোকহল্লম্মী।

## ঠাকুর অমসুং নরেন্দ্রনাথ

নরেন্দ্রনাথ এফ, এ (হৌজিক্কি আই, এ) ক্লাসতা তম্লি। মোংমদি শিমলাপল্লীদা ঠাকুর রামকৃষ্ণ লেংলক্লে। মুমিৎ অদুদা নরেন্দ্রনাথনা ঠাকুরগী মাংদা ঈশৈ শকই। ঈশৈ তাবদা ঠাকুর য়াম্না পেল্লে অমসুং নরেন্দ্রনাঠপু নোংমা দক্ষিণেশ্বরদা লাক্নবা হায়জরে।

মসিগী তুংদা নরেন্দ্রনাথনা এফ, এ থানবা হোৎনবদা য়াম্না চিল্লে। দক্ষিণেশ্বরদা চৎপগী রাফম অসি পুমকাও কাওথোক্লুরে। পরীক্ষা থারবা তুংদা মপানা মহাকপু লুহোংবিনবা চিবোন চিবোন-

বা তান্নবা হৌরক্লে। অদুবু নরেন্দ্রনাথতি লুহোংবগী বা অসি শুকয়া য়ারমদে। নরেন্দ্রনাথ পুক্লিং য়াম্না নুংঙাইতরে। মতম অসিদা মহাক্তি অচুম্বা করিনো মশক খঙ্গে হায়দুনা কন্না তাল্লি। রামচন্দ্র দত্ত কৌবা রামকৃষ্ণগী শিষ্য অমা নরেন্দ্রনাথকী য়ুমদা লৈ। নরেন্দ্রনাথকী পুক্লিংগী বা তাবরা তুংদা নোংমা রামচন্দ্র দত্তনা হায়রকই, "নংনা থাঙ্গৈশেংনমক অচুম্বা খঙনিংলবদি অম অমদা চত্তুনা কাম্নরোই; দক্ষিণেশ্বরদা চৎলু।"

মোংমদি নরেন্দ্রনাথনা মহাক্কী মরূপ-মপাংগা লোইননা দক্ষিণেশ্বরদা চৎলে। ঠাকুরনা নরেন্দ্রনাথ উবদা ইমুং-মনুংগী মীদোৌনা অমসুং মতম কুইনদগী খঙনরক্লবা মীশক অমা ওইনা য়াম্না হরাওনা বারী-বাতাই তৌরে। ঠাকুরনা হায়জবদগী নরেন্দ্র-নাথনা ঈশৈ অমা শক্লে। ঈশৈ তারগা ঠাকুরনা ভাবনা থুম্লৎ-লদুনা নরেন্দ্রনাথপু অচিকপদা পুদুনা থোকখ্রে। অদুদগী মমিত্তা ঈরা শিন্থরদুনা, মশা তুজুংনা ঠাকুরনা নরেন্দ্রনাথতা হায়রকই, "নং অস্নকুইবসি ঐবু করম্না কাওথোকলম্লিবনো? নং লাকমি হায়দুনা ঐদি অস্নকুইবসি লম্বীদদা য়েংদুনা লৈরবনি। সংসারগী মীশিংসিগা ওনশিন্নদুনা বা ডাংনবদগী ঐগী ইচিন অসি মৈনা পোক্লে; ভসিদগী নংগুম্বা অশেংবা ত্যাগী অমগা বারী শাবা ফংবসিদা ঐ শান্তি ফংলে।" মথৈথংদা ঠাকুরনা অঙকপা মতৌ অমা তৌরে। ঠাকুরনা মখুৎ লোন্নরদুনা নরেন্দ্রনাথকী মমাংদা লেপ্লে অমসুং হায়রকই,—"ঐ খঙই, নংদি সপ্তর্ষিমণ্ডলগী ঋষি

অমসি—মীগী শায়োন পুবা নারায়ণনি জীবশিংগী য়াইকনবগী দমক্তা মীওইবগী শায়োন লৌবিরিবনি।"

নরেন্দ্রনাথনা খল্লকই, "করিনো অচাওবগী মতৌশুম তৌবি-রিসিবো। নিপা অসি থাঙ্গৈশেংনা ভাওরবনি। ঐদি বিশ্বনাথ দত্তগী মচা নরেন্দ্রনাথনি—ঐবু হায়রিবা বাশিংসি করিনো!" মরক অসিদা ঠাকুরনা চানবা খরা পুররে অমসুং মতু ঠাকুরনা হায়জবদগী নরেন্দ্রনাথ চাদবা য়াদ্রে। অতুদগী ঠাকুরনা ভক্ত-শিংগা লোয়ননা ৱারী-ৱাতাই শাবা থোররে। ঠাকুর অসি ভাওবা নত্তে, মহাক ভাংলিবা ৱাশিংসিগী মরমদা য়াম্না থুপ্লবা পোৎশক অমা লোত্তুনা লৈরি হায়বসি নরেন্দ্রনাথনা খংবা ঙম্লে। পাখঙ মথোক্তারকপা নরেন্দ্রনাথকী পুক্লিংদা পল্লেপকম খংদবা ৱাখল অমা পোকহল্লে।

ঠাকুরগা নরেন্দ্রনাথকা ৱারী-ৱাতাই শাবসি মসিনা ইহান হানবনি; অতুবু ঠাকুরগী মপান নাইদবা প্রেমনা নরেন্দ্রনাথপু চিংশিনখিবা মতৌ অসি উবদা পূমভক ভকই। মী অমনা মী অমবু অসিয়৹না মুংশিবা ঙমব্রা ?

থা মখাই অমগী মতুংদা অনিশুবা ওইনা ঠাকুরগা নরেন্দ্র-নাথকা উনৈ। ঠাকুরনা মাগী ফমুং মচা অতুগী মথক্তা মত্তোমত্তা ফমতুনা লৈরম্মী। নরেন্দ্রবু উবদা ঠাকুর য়াম্না হরাওরে। নরেন্দ্রবু মনাক্তা ফমহল্লে। ভাইহাক লৈরগা য়াম্না অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লে। ঠাকুরনা থ্যান্দা লুপখিদুনা মখোং

ঙন্থু ঙপ্না ঙপ্না নরেন্দ্রগী তম্বাক তম্না তিংথোরকই। মসিগা লোইননা নরেন্দ্রগী মশাদা রাখলনা লাম্বা ফংঙ্রবা অহোংবা অমা থোরক্লে। মসিংনা য়েংনা য়েংনা য়ুমগী ফক্লাং অমসুং অকোইবদা লৈরিবা পোৎচৈ পূম্নমক অসুম অসুম মাংবা হৌরক্লে। মাগী অকোইবদা মাইগৈ মরিমক অসি পূমহাং হাংবগুম তৌশি-ল্লক্লে। অহাংবা অসিদা মশামকসু তিনখিগদবগুম তৌরে। নরেন্দ্রনা কিরদুনা অঙকপগা লোইননা লাওরকই, "কৈনো ঐবু তৌরিবসিবো? ঐগী ইমা ইপা লৈরি, থাদোকপা য়াত্রি!" ঠাকুরনা নোকমি নোকমি তৌরগা নরেন্দ্রগী মবুক্তা নাববি, মসিগা লোইননা হান্নগী মওংমতৌ অমুক উবা ফংই। থোদোক অসিনা মাগী পুক্লিংদা য়াম্না লুরবা সমস্যা অমা পোকহল্লম্মী। মসিদু মহাপুরুষশিংনা পুন্সিচুপ্পা তান্নরিবা সমাধি হায়বদুরা নত্রগা অঙাওবা ঠাকুর অসিগী মিত্রংলা (hypnotism)? অঙাং ওইরি-ভৈদগী হৌনা নরেন্দ্র অসি মনিং তম্না রাখল খনবা, মীনা হায়বা লৌদবা অমসুং য়াম্না রাখল লৈবা মবুকচেন চেৎপা মীশক অমা ওইরম্মী। পোৎ খুদিংমক অসি য়াম্না কুপ্না নৈনরবা, বিচার তৌরগা অমসুং মচা খাইরগা লৌশিল্লি। অদুবু হন্দকী থোদোক অসিদি মানা লাম্বা ফংদবগুম তৌরে।

নরেন্দ্রনা রামকৃষ্ণগী মনাক্তা চৎপা মতম অসিদা নরেন্দ্র অসি ব্রাহ্মসমাজগসু য়াম্না মরী লৈনরম্মী। ব্রাহ্মসমাজগী নাম শোননদা নরেন্দ্রসু চাং নাইনা য়াওরম্মী। ব্রাহ্মসমাজগী লাইশংদা নরেন্দ্রনা ঈশৈ মুংশিনা শকপা অসি হেক হেক তাই।

ব্রাহ্মসমাজগী কেশবচন্দ্র অমসুং বিজয়কৃষ্ণনচিংবা ভক্তশিংগা ঠাকুরগা য়াম্না চান্নরম্মী। ভক্তশিংসিনা দক্ষিণেশ্বরদা চণ্ডুনা ঠাকুরগা লোইননা ধর্ম্মগী মরমদা য়াম্না তোইনা বারী শাই।

থম্মোয়গী থৌরবা মিৎয়েংনা য়েংলকপদা নরেন্দ্র অসি নিংথিনা শেম্নবদি জগৎকী য়াইফনবা য়াম্না তৌবা ভুমগনি হায়রবসি ঠাকুরনা উরে। নরেন্দ্রগী লংলবা অমসুং মায়পাক্লবা ভবিষ্যৎ অদু ঠাকুরগী মমিৎনা তরং তরংনা উবা ফংই। অমুক্তি কেশবচন্দ্র, বিজয়কৃষ্ণনচিংবা ভক্তশিংগা বারী অসুম তৌবদা ঠাকুরনা নরেন্দ্রবু নিংশিংলক্লে। মমৈথংদা কেশব অমসুং বিজয় চৎখ্রবা মতুংদা ভাবনা থুক্কাৎলদুনা হায়দোরকই, "কেশবপু থবক তৌহল্লিবা মগুণ অমসুং শক্তি অদু নরেন্দ্রগী মফমদদি অদুগুম্বা তরানিপানলোম লৈ। কেশব অমসুং বিজয়গী মফমদা জ্ঞানগী থাওমৈ থাল্লে, নরেন্দ্রদনা জ্ঞানগী নুমিৎ থোক্লে।" নিরুদনা থাগৎলকপা মতৌ অসিদা নরেন্দ্রনা খুদক্তা প্রতিবাদ তৌই, "করিনো তাকপিরিবহুবো! জগৎ ফাওরবা কেশবসেনগা কলেজগী অঙাং ওরাংগী ভথাগা চাংদম্নবা কদাইদগী য়াগদগে! মীনা তারগা অঙাওবনি হায়রগনি।" ঠাকুরনা নোক্লদুনা ইচম চম্না হান্নরকই, "অদু ঐবু করি তৌ হায়বগে? ইমামা তাকপনি, ইমানা উহনবনি, অদুমনি ঐনা হায়রিবসি।" নরেন্দ্রনাথনা খুম্লকই, "ইমামা উৎপিবরা নত্রগা অদোমগী বুদ্ধি চোইবরা কনানা হায়বা ভুমগনি! ঐদি অদুম তৌরবদি বুদ্ধি চোইরে হায়না লৌজগনি।" ঠাকুরনা নরেন্দ্রনাথবু থাজরিবা অদুকী মতিক নুংস্থ নুংশিরম্মী।

ঠাকুরনা নরেনবু মুংশিবসি বাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদে। অমুক্তি ঠাকুরগা নরেন্দ্রগা মুমিৎ খরা উনরক্রে। নরেন্দ্র উদবদা ঠাকুর য়াম্না বারে। নোংমদি ভক্ত অমগা নরেন্দ্রগী মায়ী অমুম শাবদা ও খোঙনা কপ্তুনা হায়রকই, "ইমা, ইমা, ঐ মাবু উদ্রবদি নৈবা ঙমদে।" অসিয়ৌনা নিংবা অমসুং মুংশিবসিবু কমানা কদোউভে তাথ্রবগে? ঠাকুরনা নরেন্দ্রগা থা তরুক কায়নবসি ওন্থোক্লা বানা থাংই। থাংবা ঙম্লকত্রদুনা ঠাকুর মশামক্লা কলিকাতা তাম্না চৎপস্ু য়াওথ্রে। নোংমনা ব্রাহ্মসমাজ তাম্না চত্তুনা নরেন্দ্র থিরুই, অদুবু নৈরমদদুনা ইকাই মুংশি য়াম্রনা হল্লকখি।

নরেন্দ্রনাথতি ঠাকুরবু হেক উবগা গুরুনি হায়না নৈবা তৌদে। নরেন্দ্রনাথনা ঠাকুরবু অরোইবা মিকুপ ফাওবা চাং য়েংই, পরীক্ষা তৌই, চিংনবগা লোইননা কূপ্না য়েংশিল্লি। অদুমদি ওইরগা নরেন্দ্রনা থম্মোয়মুংদদি ঠাকুরবু নিংলম্মী। মরম অসিনা নোংমদি ঠাকুরদা হায়রম্মী—মুংশি হায়দুনা ননাক্তা লাক্লিবনি, নংনা ঙাংবা তানবগীদমক্তা লাকপা নত্তে।

## মপা কায়নবা

বি, এ, পরীক্ষা থারবা তুংদা নোংমা মরুপ অমগী য়ুমদা নরেন্দ্রনাথনা ঈশৈ নোংমাই তৌদুনা হন্নাওরম্মী। মতম অসিদা মী অমা লাক্তুনা নরেনগী মপা বিশ্বনাথ দত্ত থম্মোয়গী লাইনানা শিরে হায়বা পাও অসি পীররে। মন্নাম পুম্নমক্লা হন্নাওরম্মু,

লেপখ্রে' নরেন্দ্র অঙাওবগুম্না ময়ুমদা হল্লক্লে। বিশ্বনাথদত্তনা শেন য়াম্না তাল্লম্মী; অদুবু পীথোকপদা হালেংবা লৈতবনা শেন ভুংশিল্লমদে। মরম অসিনা মপাগী শ্রাদ্ধ নচিংবা লোইরবা ভুংদা নরেন্দ্রনাথ অসি চাকরী থিবা তারম্মী। অদুবু থা অহুম মরি চক্তনা থিরফাওবদা চাকরী ফংদ্রে। থুদোং থিরিবৈ মতমসিদা শাগৈনা মাগী লৌ-ইশ্মোল মুন্নবা মে'র্কদামা তৌরক্লে। মরম অসিনা পিক্লিবা মনাওশিং অমসুং মমা লুখ্‌'বী য়েংবদা নরেন্দ্রনাথ অৱাবগী সমুদ্রদা ঈরাক্লরে। অসিগুম্বা অৱাবা তারবা মতমদা মীওইবমা ঈশ্বরদা থাজরম্বদু থরা কোমথোরকই। নোংমা নরেন্দ্রনা ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা ফমুংদগী তৌগৎলকই। মসি তাবদা মমানা লাওরকই, "তুমিনর্লৈয়ু নিপামচা পিশক পিক্লিবৈদগী ভগবান ভগবান শোন্দুনতা লাক্লে। ভগবান্না র্কনবা তৌবিরেদনা!" মমাগী ৱাহৈ-শিংশি নরেন্দ্রগী থম্মোযদা তশোন্না শিনবগুম্ব তোরে। ঈশ্বরগী থোজানগী মরীদা নরেনগী পুক্লিংদসু চিংনবা অমা পোক্লক্লে। নরেন্দ্রনা পুক্লিংগী চিংনবা অসি মরুপ মপাংশিংদা থুপ্পা লৈতনা তমথোকই। অঙাং ওইরিবৈদগী নরেন্দ্র মবুক্তা ৱা থম্বা হৈতে। মীনম হানম্বা অমসুং লৌনম তৌবা অসি মহাক্না য়াম্না তুক্কচে। মপা শিরবা মতুংদা ঠাকুরগা নরেনগা মতম কুইনা উন্নরুদ্রে। অদোমদা ভক্তশিংমা নরেন্দ্রনাথ মবুক হোংখ্রে হায়না পাওতম্লে। ৱদনাম অসি নরেনগী মনাকোংদসু তারে। মরম অসিনা ঈকাই-খুংশি য়াম্নদুনা মহাক্না ঠাকুরগা উনদবনি। অদুবু মাগী ভক্তশিংনা হায়বা ৱা অদু তারগা ঠাকুরনা করি হায়খি? ভক্তশিংবু চৈহত্তুনা

মহাক্কা হায়খি— "তুমিনলৈয়ু চিন্থিবশা। মহাক কদোৌঙৈনন্ত অদুম ভোগদবা মী নত্তে হাযবসি ইমানা হায়। মতুংদা অদুম্না অমুক হায়রক্লবদি নশকশিংদু য়েংলোইদবনি।" ঠাকুরনা নরেন্দ্রবু অসি য়েৌনা থাজৈ।

তাঞ্জা অসিদা নোংমা ঠাকুর কলিকাতাদা লেংলক্লম্মী। পাও তাবদা নরেন্দ্রনা ঠাকুরগা উনবা চৎলি। ঠাকুরনা হায়জবদগী নরেন্দ্র দক্ষিণেশ্বরদা চৎপা তারে। সংসারগী অবাবা পোৎলুম পুম্না ওম্লকত্রদুনা নোংমদি ঠাকুরদা হায়দোকলুরে,— "ইমাগা, ইনাও অমস্তুং হচনশিংগা অয়ুক মুংদাংগী চেং খুয়া অমমমদং ফংননবা ইমাদা হায়জবা তারে।" ঠাকুরনা হায়রকই 'এদি ইমাগী মফমদগী কারিগুম্বদা করিগুম্বা পোৎ অমতা নীদে। অদুবু নখোয়গী অবাবা খরা কোক্লনবা হমাদা এনা হায়জরুই। নংনাদ ইমাবু থাজদেদে!; অদুনা ইমানা তাবিদে।" নরেন্দ্রনাথতি মূর্তি কম্না য়াদবা মরাচেংপা নিরাকারবাদীনি। মূর্তি নাইবা লাইদা মহাক করিমতা থাজদে। ওসিদ নরেন্দ্রগী মমাংদা অকনব' পরীক্ষা অমা থুংলরে। মমৈদা ঠাকুরনা হায়রকই— "ফরে, ওসি অহিং মং ইমাবু খুরম্মু. নংন অপাম্বা খুদিংমক ফংগনি।"

ঠাকুরনা ঈরাতলিবা মুংগী ইমা অসি মূম্না য়েংলগে হায়না লেপ্লদুনা নরেন্দ্রনা চিক্লবা অহিংদা কালীমন্দির মনুংদা চংলে। মনুংদা চংলগা ভোৗরমলিবদু উবদা পূমন্তক ওক্লে। লৈবাক্কী মুতি অদুনা অহিংবা মূর্তি ওইদুনা কীগন্নু হায়বগী মতাগুম মথুৎ তিং-থোক্কনা মোমোন ভোৗরি। নরেন্দ্রনাথ হায়গে নিংবাপুম্বা

কাওথোকখ্রে। ভক্তিনা থুম্মাৎলবা খোনকম্মা মমাদা মীয়কই—"ইমা ঐভোন্দা বিবেক বৈরাগ্য ভক্তি পীনরিয়ু। নংগী কৃপাদগী নংবু তত্তনা উজবা ফংজগে।" নরেন্দ্রনাথনা হল্লক্লগা ঠাকুরনা হংলকপা মতমদ মগাক কাওক্লরে হায়রবসি খঙলকই। মরেন্দ্রনা চৌক্লরিবসি করিনো? যুমগী অরাং অপা নীনি হায়দুনা চৎলগা তৌরকইবসি করিনো? অসুম্না কালী মন্দিরদা অহুমলক চংহুনা মমাগা উ'নে। অদুবু নরেন্দ্রগী মচিন্দগী অৱাং অপা নীংগী রা অমতা খোয়রকক্তে। মমৈথংদা ঠাকুরনা হায়রকই— "নংনা নীজো হায়বা যাদ্রবনিনা সংসারগী ভোগ অসি নয়াইবক্তা তমদ্রে। অদুবু ইমুংগী মীশিংগী শেৎনচানবদি করিমতা য়াংলোই।" সংসারগী দুংতাংবা খিবিক্কীদমক নরেন্দ্রনাথ মীহৌক্লদে। মরম অসিনা মসিদা নরেন্দ্রনাথ অপেনবা হায়বদু অদুম্মক ওইরে। নরেন্দ্রনাথকী পুন্সি অসি চৌজিক্কগীদি অনোবা তাঙ্কক অমদা চংশিল্লক্লে।

## ঠাকুর নোঙ্গাবা

খৃঃ ১৮৮৫ গী ময়াই চল্লকপা অদুবাইদা ঠাকুর অসি খোনাওগী লাইনানা কম্না নারে। মরম অসিনা ভক্তশিংনা লাইয়েংনবগী দমক্তা কলিকাতাগী শ্যামপুকুরদা অদুগা মথংদা কালীপুরগী লৈ-কোন্দা ঠাকুরবু পুদুনা চৎলি। কালীপুরগী লৈকোনগী য়ুমদা ঠাকুর অসি ভক্তশিংনা কোইশিন্দুনা লৈরম্মী। নরেন্দ্র, রাখাল, বাবুরাম, শরৎ, শশী, কালীনচিংবা নহারোনশিংনা সেবাগী

তার হৌরম্মী। নহাক্নোনশিংনা ময়ুম্ থাদোক্লুনা ঠাকুরগী মনাক্তা লৈরম্মী। মসিদা যুমগী অহল লমনশিংনা সুংশা থিনরম্মী।

ঠাকুরগী সেবা তৌরিবৈ মতম অসিদা ভক্তশিংনা লাইনিংবগী খুদোংচাবা ফংলম্মী। নরেন্দ্র অসি অভাং ওইরিবৈদগী হৌনা ধ্যান তৌগল্লি। করিগুম্বা রাফম অমা অমুক খনবদা ধ্যান্দা হেক্তা লুপখি। মসি মহাক্কী মমাপুকনুংদগী লোইনরপা ওইরমাল্লে। করিগুম্বা নুমিৎতুনা দক্ষিণেশ্বরগী পঞ্চবটী মখোঙদা অহিংদা চত্তুনা ধ্যান তৌরুই। বৈরাগ্যগী ঈহৌ অদুনা য়াম্না কনশিল্লক্লবা মতমদা নরেন্দ্রনা বুদ্ধগয়াদা চৎলুই। মফম অসিদা বুদ্ধদেবনা সমাধি ফংখিবা বোধি খোংনাং মখাদা ফমদুনা ধ্যানগী খোৌরাংবা অদু কোক্লরম্মী। অমুম তোনা কাশীপুরগী লৈকোন অসি মৌনা থোরকলিবা নহারোনশিংগী লাইনিংফম অমসুং ধ্যান তৌফম পীঠ অমা ওইরক্লে। মতুংদা রামকৃষ্ণ সংঘ হায়না খঙনরিবদু মফম অসিদগী হৌখিবনি। মফম অসিগী নহারোনশিংশি বিবেকবৈরাগ্য কয়ামুক পামলম্বগে হায়বদু মখাগী থৌদোক অসিনা তরংনা তাকই। মোংমা ঠাকুরনা নরেন্দ্রদা হায়রম্মী,—“য়েংউ, সাধন তৌবদা ঐনা ঐশ্বর্য্যনিপানগী মঙাল ফংলম্মী। মসি ঐনা করিগুম্বা থবক অমদা শিজিন্নদে। মসি নং লৌ, নংগী থবক থুদিংদা কান্নবা ফংগনি”

নরেন্দ্রঃ—মদুনা ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীদা প্রাঙ্গে ওক্নগদ্রা ?

ঠাকুরঃ—মদুদি ওক্নরোই। অদুবু ভাবংপানগী অপাম্বা পোৎশক অমত্তা ফংদবা লৈরোই।

নরেন্দ্রনা খুদক্তা খুমকই, মদু ঐগী দরকার লৈতে।

অসুম্না অমম্নোমদা বৈরাগ্য-সাধন, ধ্যান্নচিংবা তৌই অমম্নোমদা ঠাকুরগী লৌচিং মখাদা উপনিষদ, অষ্টাবক্র সংহিতা, পঞ্চদশী, বিবেকচূরামণিনচিংবা লাহারকশিং অসি কন্না কন্না নৈনবা হোরে। মীওইবনা ঐ ঈশ্বরনি ( সোহহং ) হায়বা পাম্নি হায়না খল্লম্বা নরেন্দ্রনাথ অসি ভসিদি অদ্বৈত জ্ঞানগী খমথেংবা থাক য়োনা কাখ্রে।

অহিং অথেংবনি, মীচিক মীর'ওখোম তা'দ্রে। কাশীপুর লৈকোন্দা ঠাকুর অসি ক্ষমশেন্নদুনা লৈরি। য়ুমদা নরেন্দ্রনাথ মতোমতা লৈ। ভসিদি যেস' উপায অমা তোদুনা নির্বিকল্প সমাধি ফংগদবনি হায়না নরেন্দ্রনা বাশক লৌই। ঠাকুরনা য়াম্না মুংশিনা নরেন্দা হংলকই—"নরেন নং করি পাম্মি ?"

নরেন্দ্র—শুকদেবগী মতৌগুম্না নির্বিকল্প সমাধিদা সচ্চিদানন্দ ঈপাক্তা লুপচবা পাম্মি।

ঠাকুর—মদু নংনা হঙ্গিন হঙ্গিন হায়রিবদু ঈকাইদ্রা ? করিগুম্বা মতমদা খোংনাং বটগুম্না মশামরেং ফন্দুনা মী লিশিং লিশিং উরুম পীবগী মহুত্তা নংদি নশাগী মুক্তিদমক তাল্লি। অসুক পিকপা নংগী ক্ষিদম।

নরেন্দ্র—নির্বিকল্প সমাধি ফংদ্রিক্কাওবা ঐ করিমতা তপংগদ্রে। অদুগা মসি ফংদ্রবসু ঐনা হায়রিবা থবক অদু পাংথোকপা ঙম্লোই।

ঠাকুর—নংনা নিংবা অদুতা তৌগদ্রা ? জগদম্বানা মখুৎ

লাক্লুনা চিংদুনা ভৌহনগনি। নংনা ভৌদ্রবসু মংগী মথোং মখুত্তি ভৌগনি।

নরেন্দ্রনা য়াম্না হায়জয়রক্লবদা মমৈথংদা ঠাকুরনা হায়রকই—"ফরে, নির্বিকল্প সমাধি ফংলগনি।"

মসিগী মতুং মুমিৎ খরা লৈরগা নোংমা নরেন্দ্রনা ধ্যান ভৌবদা ইখং খংহৌদনা সমাধিদা লূপল্লে। য়াম্না কুইরবগী তুংদা ধ্যান কাইরক্লে। নরেন্দ্রগী থম্মোয় অদু শান্তি অমসুং ব্রহ্মা-নন্দনা মিক মিক লাওরে। ঠাকুরবু খুরুমলকপা মতমদা ঠাকুরনা মোক্লুনা হায়রকই—"হৌজিক মতম খরগীদমক্তা শো। পীবনি। শোদি ঐগী খুত্তা লৈগনি, থবক লোইরগা শো অমুক হাংদোকনি।"

খৃষ্টাব্দ ১৮৮৬ কী জুলাই থাগী লোইরমদাই অদুবাইদদি ঠাকুরগী অনাবা হেল্পিল্লক্লে। মতম অসিদা ঠাকুর অসি বা ভাংবা য়াম্না বারে।

ফিভম অসিদা নোংমা নরেন্দ্রবু কৌদুনা ঠাকুরনা হায়রকই—"নরেন, ঐগী অভাংশিংসে লৈহৌরে। নংনা মথোয় খ্বাইদগী মবুদ্ধি মরোশিং হেল্লি, নংনা মথোয় অসিবু য়োকউ, অফবা লম্বীদা চিংউ। ঐদি থুনমক হকচাং থারগনি।"

অদুগা নোংমা অহিং অমা ঠাকুরনা ঈরা শিম্থনা নরেন্দ্র য়েংলগা হায়রকই—"বাবা, নংভোন্দা পুম্নমক শিন্নরম্লগা ঐদি ভসি ফকীর ওইরবনি।" নরেন্দ্র খঙলে ঠাকুরগী পুন্সি থাওমৈ মুৎকদৌরে। নরেন্দ্র মমিত্তগী ঈরা শিম্থরে।

অদুবু মতম অসি ফাওবদা নরেন্দ্রগী চিংনবা অসি কোকখ্রি। ঠাকুর অসি তশেংনমক ভগবান্নি হায়রবসি মতম অদু ফাওবদগি লেপ্পা' ওমদ্রি। নরেন্দ্রগী পুক্নিংদা অদুম্না য়াম্না কন্না চিংনরিবসী মতম অসিদা ঠাকুরনা য়াম্না শেংনা অমদি য়াম্না মন্না চেংনা য়াকম অসি অয়েপ্পা' ওইনা হায়খি—"করিনো নরেন, হৌজিক ফাওবা থাজদ্রিবরা? রামগা কৃষ্ণগা অনিনা অমতা ওইনা হক্চাঙগী মপোক অসি রামকৃষ্ণ ওইনা লাকপনি—অদুবু নংগী বেদান্তগী মিংয়েংদগীদি নত্তে।" ঠাকুরগী য়া অসিদা নরেন্দ্রনাথ থংপ্রেক থংই, অদুদগী ঈকাইবা অমসুং অয়াবগা লোইননা মক্ত লুকখৈ।

মমৈথংদা ঠাকুরগী নোঙ্গাবগী মুমিৎ লাক্লে। খৃষ্টাব্দ ১৮৮৬ কী আগষ্ট তাং ১৬ কী নিংথৌকাবা মুমিৎকী অহুক অঙনবদা ভগবান রামকৃষ্ণ সমাধিদা লৈরগা হকচাং থাদোকখি। বরাহনগরগী পোৎলোইফমদা ঠাকুরগী হকচাং সংস্কার তৌই। ঠাকুরগী হকচাংগী উৎ অদু মশাদা তৈদুনা ভক্ত নহারোনশিংনা অনৌবা যুগ অমা পুরক্লবা থৌরাং তৌয়ে। অসিগুম্বা নহারোনশিংগী মকোক ওইনা নরেন্দ্রনাথনা জাতিগী পুন্সিদা অনৌবা পাঙ্গল অমা পীনবা হোৎনরক্লে।

## লমকোইবা

ঠাকুরনা নোঙ্গাখ্রবা তুংদা সন্ন্যাসি মহাশিংনা বরাহনগরদা অদুম্মক লৈনরে। মকম অসি য়াম্না থুনমক অপোক্পুম্মি অমা

ওইরক্লে। অহিং মুংথিল খাক্তনা ভক্তশিংনা ঈড়াৎ-পূজা, ধ্যান, জোপ, অজাপূজা, ধর্ম্মশাস্ত্র, কীর্তন, লাইরিক তাবনচিংবদা থবাই লুপ্তুনা লৈরে।

নরেন্দ্রনাথনা নহারোনশিংসিগী মরক্তা লৈদুনা অমসুং মখোয়দু লুচিংদুনা ছৌরম খুদিংদা থোগৎলম্মী। স্বামী প্রেমানন্দনা মতম অদুগী ফিভম অদু অসুম্না ইরম্মী—"ওসি অসুক চাউবা মঠ অমা উরিবসিগী হৌরকফম কদাইদনো! বরাহনগরদা দুই তলা অমা নরেণ নিত্তিরনা েথারাং েতারে। দুতলা অসিগী মথাথংবা শরুক অদুদি শিজিন্নবা য়াদে। মথক্কী শরুক্তা কা অছুম লৈ। চাক অসি নোংমসু চাই, নোংমসু চাদে। পুখম তেঙ্গোৎ করিমতা য়াওদে। খোংক্রুম মনা নক্রগা লাদা চাক-থিদুনা চাহ। মসিসু মপুনা য়াম্না চৈ থাংদুনা তৌরকপদগী ফংদ্রে। মরম অসিনা পাংখোকলা মনাদা চাক থিদুনা চাই। মসিনা মী পুন্নমক্কী খোনাও লেং লেং চৎলি। অসিয়োনা বাকুনসু কনাগুম্বা অমতনা অবাবশিংদুবু গৌওইদে। ভক্তগী মশিং হেনগৎলকখি। ঈরাৎ পূজা, লাইনিং লাইশোন অদুম্মক চৎথরম্মী। ইমুং মনুংদা কীর্তন তৌই। মথং মথং মী অসুম অসুম হেগৎলক্তুনা মমৈথংদদি মী চন্দদুনা মপান্দা মী য়াম্না লেপ্তুনা কীর্তন তাখি।"

মতম থরগী মতুংদা ভক্তশিংগী মনুংদা তীর্থ কোইমিংবা মী য়াওরক্লে। অয়াম্বনা মঠ থাদোক্তুনা চৎনবা হৌরক্লে। নরেন্দ্রনাথসু নোংমদি গেরুয়া শেত্তুনা ময়াম্না হায়বমক য়াদনা

তীর্থ কোইবা থোরক্লে। বারানসী, অযোধ্যা, বৃন্দাবন্নচিংবা তীর্থ কোইরে। মতম অসিদা নরেন্দ্রনাথকা গাজীপুরগী ফাওরবা সন্ন্যাসী পাওহারী বাবাগা উনরে। বাবাজীগী মফমদা নরেন্দ্রনাথ লাইমিং লৌনিংলে। অদুবু তাঙ্গা অসিদা ঠাকুরগী মূর্তি অমা মঙাল ওইনা ফাঙরক্তুনা নরেন্দ্রনাথ নিংচন্নরে। অসুম্না নরেন্দ্র অসি থা অমরোমদি নিংজিং মাংজিং তৌদুনা লৈরে।

মসিগী তুংদা হিমালয় চীঙখোংগী তীর্থশিংদু দর্শন তৌরুরগা স্বামীনা খৃ: ১৮৯১ দা আলোয়ারদা থুংলরে। আলোয়ারগী মহারাজ-না নরেন্দ্রনাথপু য়াম্না তরাম তরাম্না ওক্লে। মতম অসিদা মহারাজনা নোংমা নরেন্দ্রদা হংই—"য়েংবিয়ু বাবাজী মহারাজ, ঐদি মূর্ত্তি পূজা অসি করিমতা থাজদে—মসিগী দমক ঐবু করি অবাবা তাগদগে ?" মহারাজনা নোকফেৎ তৌবদু উরদুনা স্বামীনা হায়রকই, "মহারাজ, তাকপিরিবসি ফাগী তৌবিরিবরা ?"

মহারাজ :— নত্তে নত্তে স্বামীজী। থাঙ্গেশংনমক ঐসি উ, লৈপাক, নুং নত্রগা ধাতুনা শাবা মূর্ত্তিশিংসি খ্বাইনা তৌনবা অসিগুম্না ভক্তি তৌবা ঙমদে। মসিগীদমক ঐবু হয়েংমুকী মপোক্তা অবাবা তাগদ্রা ?

স্বামীজী :— ইশানা থাজবা মতুং ইন্না লাইনিংজববু করিগী দমক শাস্তি ফংগনি ? মূর্ত্তি পূজাদা মহারাজনা থাজদে, মসিদা করি অকাইবা লৈবগে ?

খঙচৌদনা ফটো অমরোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—"অসিদ-গীসি মহারাজগী ফটো ওইরমাল্লে ?"

ফটো অদুগী মনাক্তা দেওয়ান বাহাদুর লৈরম্মী। স্বামীসিনা দেওয়ান্দা হায়রকই—"ফয়ে, দেওয়ানজী ফটো অসিদা তিন শিৎ-পিয়ু।"

মহারাজগী ফটোদা তিন শিৎকদবা মী লৈরমদে। মরম অসিনা কনামতনা ফটোদা তিন শিৎলু হায়বা য়াদ্রে।

মতম অদুদা স্বামীজীনা মহারাজদা হায়রকই—"য়েংবিয়ু মহা-রাজ, ফটো অসি অমরোমদা য়েংলগা মহারাজমক্তি নত্তে, অদুগা মিৎয়েং অমরোমদা য়েংলসি মহারাজগী শকুক খরদি ফটো অসিদা য়াওরি। মরম অসিনা মহারাজগী ননাইশিংনা ফটো অসিবু উশিৎ থৌওইদনা তৌবা ঙমদে। ভগবানগী বিগ্রহ মূর্ত্তিনচিংবশিং অসিসু মাগী মপান নাইদ্রবা মত্তাগী মগুণ খরদং ফোংবা থোইদোকপা মওং অমনি। ভক্তশিংনা মূর্ত্তি অদগী মমু'দা ভগবানগী মঙাল মশেক খরদং উদুনা মূর্ত্তি অদুবু পূজা তৌই হে নূং, ঐনা নংবু পূজা তৌরি হায়না হায়বা হিন্দু অমত্তা ঐ থেংনরকত্রি"

ককপা য়াদ্রবা স্বামীজিগী পাওখুম অসি তাবদগী মহারাজগী পুন্সিদসু অওনবা অমা থোকখি। মফম অসিদগী স্বামীজিনা জয়পুরদা চৎলি অমস্নং মফম অসিগী মমিং চৎলবা সভাপণ্ডিত অমগী মফমদা পাণিনি ব্যাকরণ তম্মি।

মতম অসিদা ক্ষেত্রীগী নিংথৌনা স্বামীজিগী মগুণ তাদুনা গুরু ওইনা বড়িখি। স্বামীজিগা অহানবা উনবামক্তদা মহারাজনা হংখি—"স্বামীজী, পুন্সি অসি করিনো?"

স্বামীজীনা থিন্দনা পাওখুমপী—"মনুংদা ফুমদুনা লৈবা শক্তি অমনা মা মাগী ওইবা শক্তমদা কোংদোক্লবগীদমক অতৎ অথম নাইদনা হোৎনরি, অদুগা মপানগী প্রকৃতিনা শক্তি অদুবু নমথনবা কন্না হোৎনরি—মসিবু পুন্সি কোই।"

মসিগী তুংদা স্বামীজীন গুজরাট চৎলুরগা বোম্বাই শমদুনা দক্ষিণ ভারতকী মহীশূরদা চৎলি। মহীশূরদগী কোচিন য়োরগা ভারতকী খা ডমথৈ কন্যাকুমারিকাদা থুংই। অমরোমদা চাংজো নাইদ্রবা মহাসমুদ্রগী ঈশিং ঈপাক্লা শন্দোকখ্রি, অদুগা অমরোমদনা ভারতকী উমং-রামং অমসুং চৌঙ-মান্না ইশঙ শঙলি। অসিগুম্বা মক্ষম কন্যাকুমারিকাদা নু' অমগী মথক্তা ফম্লগা স্বামীজি ধ্যান্দা লুপ্লে। মহাক্কী ধ্যান্দা ভারত পুম্বগী শক্তম অদু ময়েক লানা উরে। শেৎপা চাবা ফংদ্রবা, লাইরিক লাইশু হৈত্রবা, মশা মউ ফত্রব', চরাম চদংনরবা ভারতকী মূর্তি অসিনা স্বামীজিগী থম্মোয়দা চৈনা-খোন পীরম্মী। স্বামীজীগী মমিত্তা তুংদা তোগদবা থবক্কী পোৎরম তরং তরং উবা ফংলে। মতম কুইনদগী ওৎপি নৈবিবনা শক্লনা খুরক হাংদ্রবা ভারতকী মহাশ্মশান্দা থবাইগী ঈহুন পীবতাই হায়রবসি স্বামীজিনা লেপখি। ঠাকুরনা হায়খিরম্মী,—"পুক য়াওদনা ধর্ম্ম ওইদে, অহানবদা শেৎন-চানবা মরাং কাইহনবতাই।" চরা হেনবা মীদা ধর্ম্ম শন্দোকপগুম্না ঈকাইনিংঙাই করি অমুক নৈরিবগে? স্বামীজিনা চেৎনা রাশক লৌরে—"শ্রীগুরুগী আশীর্ব্বাদতগী থবক অসিগী ভার অসি ঐনা লৌরগনি। দরিদ্র নারায়ণ কোটি কোটিগী সেবাদা থবাই থাগনি। মরল নৈবা নোংচুপ্তা চৎলগা শেন খোম-

জিনগনি—শেন অদুনা লাউরবা ভারতকী অরাবা কোক্লবা তৌগনি, মক্রগা হোৎনবসিদা থরাই থারবস্থ থাগনি।" অস্থন্না স্বামীজিনা ভারত শিনবা থুংনা কোইবগী মহে য়াল্লে।

মসিগী তুংদা স্বামীজী মাদ্রাজদা চৎলে। মফম অসিগী নহা-রোনশিংনা স্বামীজিবু য়াম্না তরাম তরাম্না ওক্লে। মতম অসিদা চিকাগো সহরদা পৃথিবী পুম্বগী ধর্ম্ম সভা অমা ফমগদবগী থৌরাং তৌরম্মী। মফম অসিদা পৃথিবী পুম্নমক্কী মীহুৎ য়াওগদৌরি। স্বামীজিগী মাদ্রাজী ভক্তশিংন' স্বামীজিবু ভারতকী মীহুৎ ওইনা থানবগী রাশক লৌরে। স্বামীজিনা শ্রীশ্রীমাতাদা ঠাকুরগী মুপী) য়াথং নিডুনা চিঠি ইরে। মতম চানা য়াবিবগী য়াথং থুংলরে। অসোমদা ক্ষেত্রীগী মহারাজনা স্বামীজিগী চৎননবগী থৌরাং পুম্নমক তৌরে। মমৈথংনা খৃঃ ১৮৯৩ গী মেগী তাং ৩১ দা লৈভাং শেৎপা ভারতকী সন্ন্যাসী পাখং অসি আমেরিকা য়ৌনবা বোম্বাই বন্দর থাদোক্লে।

## নোংচুপকী খোংচৎ

বোম্বাইদগী অস্থম চৎখিডুনা চীন জাপান্নচিংবা লৈবাক শন্নগা আমেরিকাদা য়ৌরে। লম্বীদা জাপান্নচিংবা চাউখৎপা জাতিগী নোম্বা কনবা মতৌ উবদা পৃথিবী পুমশুম শুক্ষাৎখি। চিঠি অমদা মহাক্কা মতমডুদা অস্থন্না ইখি—"নখোয় করি তৌরিবগে? পুন্সি চুপ্পা বায়েম ভাংডুনা লৈ। লাও, মখোয়সিবু অমুক্তা য়েংলো লাও,

মায়োক্লসি উবরব্রি মমায়হু থক্কম লৈরোই। মপান খোক্রবদি ক্লাং ভাই হায়না মথোয়না খল্লি। যুগ যুগকী ওইদবা পরেং কুসংস্কারগী পোৎলুম পুক্লগা কমহুনা লৈরি, চাহি চাহিদে হায়হুনা চহি লিশিং লিশিং কল্লা য়েংবহুনা মশাগী খোনা পাজল পুম্বা কেমহল্লে।

খোরকউ, মিপা ওইনা চোংথোকউ। খুরক সুরুং অসুরুপী থোরকউ, মপান খোক্লগা জাতি পুম্বনা চাওখৎপগী লম্বীদা চৎপিবগি নমিং থিংনা য়েংলোয়াও। মথোয় মীওইবমু সুংশিবরা? মরৈ বাকপু সুংশিবরা? অহু ওইরবদি মপান থোয়কউ—ঐখোয় মাতি থবা থবাই খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনসি। তুং হল্লা য়েংশহু—মায় চাবদা অমহুং সুংশিরবা শাগৈ বাতৈশিং কপচসম্মু, তুং হল্লা য়েংশহু—মাপা য়েংউ, চৎখৎলু ভারত মাতানা অসিগুম্বা পাৎং লিশিং লোকপাল্লি। নিংশিংউ মী পাল্লি, শা পামদে।”

চিকাগো য়োরগা ধর্ম্ম মহাসভা হোৌগদবা থা অহুম মাংখি জারবা থওলে। অহুগা ধর্ম্ম সভা অহুদা য়াওনবগী থুদোং চাবমু মহাকনা উরে; মমমদি মহাত্তি বার্ত্তন কংদবা হিন্দুধর্ম্মগী মীহুৎনি। অমোম মাপী শেন থয়া অহুমু লোইথোকখ্রে। মৈথংদা মহাক য়োক্লাক মহায়া চৎলে। মকম অহুদা মহাক অমি খোজাবহৈবী মুপী মপী মাচিথি ওইনা লৈহুর। অসিগুম্বা নিংবা কাইবা অমহুং মপান মতম য়েংবহুনমু য়াজীজীগী থজাইমি কন্নিজা হৌখে। মায় চিটি ইরকখি—“মকম অসিদা শোৌজিবৌজা ঐনা মঙলবা মনাপী মমশিং অঙ কাইরে। মকম অসিদা ও'থোক্কবা পমেং অমগা জানমেংবদি অসিগী চওখ্রসির গাবনা ঐন চামরক কল্ল খল্লি অদমু ঐনা

লম্বী অমত্তা উবা ফংদ্রবস্তু ভগবানদি লম্বী পূন্নমক উম্নিবনি। শিন্নবস্তু চংলবস্তু নিংলিবসিদি থান্নম্নোই।"

মতম অসিদ চিঠি অমস্তু ঈন্নকই—"থাংজেৎ লাকশিল্লু অভাংশা, প্রভূনা ঐবু ৎবক অসিগীদমক কৌবিন্নক্লে। ঐ অসি পোকপদগী হৌন্নদুনা মথল মথা অয়াম্বা অন্নানা নংলক্লে। থন্নাইদগী হেন্না সুংশিন্নবা শাগৈ নাতৈশিং শিবা থেংনন্নে। ঐবু মীনা নোক্লন্নি থৌওইদ্রি, জম্নান্ন অমদি বদমাসনি হান্ননি। ঐবু নোক্লন্নিবা থৌওইদ্রিবা মথোয়শিংদুগী দমক্তা ঐনা পূন্নমকসি থাংলি। অভাংশা, জগৎ অসি অন্নাবগী তুংনক্ষম ওইন্নবস্তু মহাপুরুষশিংগীদি চাংয়েংবন্নি। লাইন্নবা লক্ষা লক্ষাগী থম্মোয়গী মৈচাক অদু থডউ; লোথুপ লৌকোই লৈতনা মথোয়গী দমক্ত ঈশ্বরদগী মতেং নিয়ু—তেংবাং অদো শোইদনা ঈশ্বরনা পীবিন্নক্কনি। ঐ অসি চহি কুমজা কয়া কয়া ন্নাথল অসি ঈকোক্ত হাপ্তুনা অদুগা অন্নাবসি থম্মোন্নদা পুদুনা মক্ষম থুদিং কোইচৎ চৎলি। ঈনাক থুন্নে হায়ন্নিবা মীশিংদুগী থোঙজিন থুদিংদা লেপ্লুন্নি। মমৈগংদা থম্মোয়গী ঈ শুমদুনা পৃথিবী ভংথাই অমা লাম্থোক্লগা থাপথ্রনা মীন্নৈবাক অসিদা তেংবাংগী আশাদা কোইনি মিদুনা চৎলি। ভগবানদি থোজানহৈবনি! মহাত্মা শোইদনা তেংবাংবিন্নক্কনি। লৈবাক অসিদা ঐ অসি ইস্তুম চন্দুনা মক্রগা চম্না হেন্দুনা শিবা য়াই। অদুবু হে নহান্নোন। ওৎপিন্নবা লাইন্নবশিংগী দান্নদি ঐনা নথোয়গী নথুত্তা শিন্নান্নি। মোংম মোংমগী অন্নেং অন্নেং পুথন্নবা অমম্বগী লোক্লুংদা তান্নবা মী কোটি কুমথ্রা অসি কম্মনব মীশাক লোয়্নো। ভগবানগী মিংলেন জয় ওইবা

ওইসনু—ঐখোয় শোইদনমক মতৈ য়ানগনি। থবক অসিদা মী চাম শিখ্রবসু অত্তোপ্পা লিশিং অমমা থবক্তা চোংশিন্নবা শেমশাগদবনি। থাজবা—অৱাবা খণ্ডবা। মৈদগী চেন্না থাজবা—মৈঙান চাউরবা সহানুভূতি—চংশিল্লু, মাংদ চংশিল্লু।"

মথক্তা পনখ্রবী মুপী অদুগী মত্তেংনা পরিচয় পত্র অমা ফংদুনা স্বামীজি মত্রু পুরগা চিকাগো সহরদা চৎলে। অদুবু চিকাগো য়ৌ-রগা মুমথুংকম খঙত্রে। ইন্থমথাগী অহিং অদুদা করিগুম্বা মফমদা চংজকম ফংদ্রে। মরম অসিনা মোংমতুগী ওইনা স্বামীজীনা রেল-ওয়েগী মালগুদামদা প্যাকিং উপু অচাংবা অমদা চংদুনা থুপ্লে। মপান্দা উন মতুম মতুম তারি, উপু মনুং অদু য়াম্না মশ্মি। ফি অথাবা য়াওদবা মরম্না স্বামীজি ইন্থমখিবনা মশাপুম্বা পংথরে। অদুম্না অহিং অসি য়াম্না রামা লেম্লগা নোংভাল্লগা অৱাম খোরাংবগী মৈচাক্না থাংবা উমত্রদুনা য়ুম থুদিংদা ভিক্ষা নিরে। ভিক্ষাগী মচুস্তা পোওইউশিক্তবা অমত্তুং অথিবা মীচৈ ফংলে। মতম অসিদা পুকচেল চাওবী মুপী অমগা স্বামীজিগা খঙনরে। মুপী অসিনা ধর্ম্ম মহাসভাদা য়াওনবগী দমক খোরাং পুম্নমক ভোবিরে। মুপী অসিগী ময়ুমদা স্বামীজি ঔকাইথুম্নরব অত্তিথি অমা ওইনা লৈজব ফংলম্মী।

খৃঃ ১৮৯৩ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১১ অসি নিংশিংবদা মতিক চারবা মুমিৎ অমনি। স্বামীজীগী পুন্সিদা অমত্তুং ভারতকী য়াকাই-রোমদা মুমিৎ অসি পূণ্য চেনবা তিপি অমনি। ধর্ম্ম মহাসভা অসি হাররিবা মুমিৎ অসিদা ফম্বা হোই। স্বামী বিবেকানন্দনা মুমিৎ

অসিদা মোংচুপকী জগত্তা বেদান্তগী ফীরাল থাংনা হাটপংলে। মশাগী থাহৈদা মুমিৎ অদুগী থোৌদোক অদু থম্না লৌথৎলি।

"খন্দুনা য়েংউ, মথাদা হল অমা লৈ। মসিদা পাক চাউনা গ্যালারি শাদুনা লৈ। গ্যালারি অসিদা আমেরিকাগী খঙগৎ-লবা লাইব্রিক চঙথোক্না হৈবা মুপা-মুপী পুম্না লিশিং তরুক তরেৎ-লোন ক্রেক ক্রেক ইন্না ফম্মি। অদুগা প্ল্যাটফোর্মদা [illegible] পৃথিবীগী মফম খুদিংদগী লাকপা মীহুৎ মরাম কয়াগী মীহুৎ-শিংসি পণ্ডিত তাকি। অদুগা পোকপদগী মীরাল মনাকা থা তাংলকত্রিবা ঐনা ওসিগী মহাসভা ময়াইদা থা তাংশৌফি! নৈশেহৌ ঈশৈ, থাহৌদোক্লচিংবা নিয়ম কাউইদনা য়াম্না [illegible] চংলে। মতম অসিদা অয়মম খোত্তুনা সভাদা পরিচয় পীনা হৌনরে। মখোয়না সভাদা থা থন্না থম্না অদুম্মক হায়কনী। অদুগা ঐদি নিংদোম পিং পিং চোংলম্মী অমসুং চিম্বাল থকনা থংলম্মী। ঐ সি অসি য়োনা হল্লাকরম্মো মহুদি অমুকা থা তাংলরোই হায়রা থল্লম্মী। মী পুম্নমক মানা মানা তাংগদোরিবদু [illegible] পুনরক্লম্মী। ঐদি অপংবনি। ঐদি কনিমতা শেম শাহৌরে। ঐনা সরস্বতী দেবীবু প্রণাম তৌরগা থোক্লে। ঐগী ঐনাং শংবা কিজোন উবদা তাবোকশিংনা ঐবু য়েংলরম্মী।

ঐনা আমেরিকাগী মীশিংবু থাগৎলগা অমসুং থাহে অমা অনিদং হায়রগা ঐগী অতেনবা বক্তৃতা অদু হৌই। ঐনা আমেরিকাগী ইচল অমসুং ইচামচাশিং' হায়রা বক্তৃতা হেক হৌরকপা মরাম হৌনা মিনিট অনিয়োম খুবাক ক্রোক ক্রোক খুদকপালনা

মাকোং অমি মৈশিমগদোঙুম ভৌরম্মী। অতুগী ঐ থাবা তৌরে। ঐসী ভাংগদবত্ থাংবা লোইরগা ঐ অমি নিরবোন চোংহুনা পুমচোক চোকথহুনা কমথরে। মথংগী নুমিত্তা অমম কাপজদা খেংনরে—মতুমি শরাংগী সভাদা ঐনা ভাংখিবতুনা পুম্নমকী খঙোয়না কাওই। মরম অসিনা আমেরিকা পুম্বা ঐবু নক ন্নলে। কাওরবা টীকাকার শ্রীধর স্বামিনা য়াম্না চুম্না হায়রম্মী—মূকং করোতি বাচালং। হে ঈশ্বর, নংনা লোম্বোক্তবা অমবু অচৌবা বক্তা অমা ওইহল্লে। ঈশ্বরগী মিংলেম য়াইফনা ওইসনু। নুমিৎ অতুদগী হৌরতুনা ঐ অসি অকাওবা মী অমা ওইযে। অতুগা হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদা ঐনা বক্তৃতা অমা পাখোকপা নুমিৎ অতুমি হল অতুদা অতুক য়াম্বা মী কদোমৈদদ্ৰবস্থ তিনথিত্রি।"

অসুম ভৌনা স্বামীজীনা মিং অসি নোংচুপকী অসত্তা নোংখাংগুম য়াংনা শন্দোকখ্রে। মসিদা স্বামীজিগী শন্দোকপগী থক অহু থুমোং চারে। ধর্ম্ম মহাসভাগী মতুংদা স্বামীজিনা আমেরীকাগী অপিকপা অচৌবা সহর খুদিংমক্তা বক্তৃতা তৌদুনা হিন্দু ধর্ম্মগী য়াইফরোল শন্দোকপা হৌরে। মোংরৈ মুংশিল্লুম থাংনা মকম খুদিং য়োনা থুংবা অমসুং মৈদগী হেক্তা মথৌ কনা ভাংবা শবা শক্তিশিং অসিগীদমক্তা আমেরিকাদা স্বামীজিবু The Cyclonic Hindu হায়না খোল্লম্মী। প্রচার অসিগী কল ওইনা মী কাংবু অমা স্বামীজিগী শিষ্য ওইররে। বিজয় অভিযান অসিদা স্বামীজিনা লম্বীদা মীনা মীশা য়াম্না তাবা ভাখি। মরৈবাক মচা ভারতবাসী কাওবা মহাকপু শিদোক্লবা হোমখাদিনা

য়াওরম্মী। অদুবু স্বামীজিনা ঠাকুরনা তাকপিরম্বা 'লোকপা ·তিন্না' হায়বদু ভত্তনা সিংশিংদুনা পুকচেল পিকপগী মতৌ অসিবু থোৌওইরুদনা বীর অমগুম্না থবাক ক্ষম্না মাংদা চংশিল্লি।

স্বামীজিনা মোংচুপ্তা বেদান্ত ময়া চেৎনা শন্দোক্লবা থৌরাং অমা তৌবা হৌরে। হিন্দুধর্ম্ম প্রচার তৌবসি বক্তৃতাদনা লোইরমদে। স্বামীজিনা থবাই য়াওবা অমসুং নোম্বকনবা শিষ্য-শিংবু নিয়ম নাইনা জ্ঞানযোগ, রাজযোগনচিংবা হীরমশিং তম্বিনবা ক্লাস তৌই। লরেন্স ডুরেল মপান্দা ঈথৎ লৈকোন লিশিং হায়বা মফম অদুদা স্বামীজিগী সুপী শিষ্য অমা লৈরম্মী। স্বামীজিনা ক্জরবা য়ুম অসিদা লৈদুনা শিষ্যশিংগা মতম কুইনা ধর্ম্মচর্চ্চা তৌরম্মী। মফম অসিদা লৈরিবৈদো মাগী কাওরবা "সন্ন্যাসীগী ঈশৈ" হায়বা কবিতা অদু ঈখি। চহি অমে অহুম অসি প্রচারগী থবক্তা বাসনখিদুনা স্বামীজিনা অন্তরাত্মানা পোথা-সিংলম্মী। "I long—Oh! long for my rags, my shaven head, my sleep under the trees and my food from begging. ওঃ ঐগী কাম্বদো, ঐগী সুকোকপা কোক অদো, উখাদা তুমজবদে', ভিক্ষা নিরগা থরা চাজবদো ওস্থোক্লা মুংতাম্রেদা, ওস্থোক্লা পামজখ্রেদা।

ঈথৎ লৈকোন অসিদা স্বামীজিনা পীখিবা বক্তৃতাশিং অদু Inspired talks (লাইবাও) হায়না থোন্দুনা ছাপা তৌই। স্বামীজিনা শিষ্যশিংবু য়াম্না নুনা তৌই। মাগী মনাক্তা লাকপা মী খুদিংমক বীর সন্ন্যাসী অসিগী শাজৎ-ফিচৎ, যাঙ্গাং-শাঙ্গাং

উবা তাবদা পূমশুম শুমহৎলি। শিষ্যশিংনা স্বামীজিদু নুংশিরিবা অচুকী মতিক স্বামীজিনসু শিষ্যশিংবু নুংশিলিচিংনা চিংই। অয়াম্বা মতমদা মথুৎমক্লা ভারতকী চাক হেঙ্খাং থোংহুনা আমেরিকাগী শিষ্যশিংদু পীজে, মসিদা মহাক্না য়াম্না নুংঙাইজে। স্বামীজি চাক হেঙ্খাং থোংবা য়াম্না হে।

চহি অনি অরাবা থওদনা আমেরিকাদা থবক তৌরম্লগা ইংলণ্ডদা চৎলি। আমেরিকাদনা মাগী শিষ্য স্বামী অভয়ানন্দ ( ম্যাডাম মেরী লুইস ), স্বামী কৃপানন্দ ( ডাক্তর ম্যাণ্ডমবার্গ ), সিষ্টর হরিদাসী-মচিংবনা আশ্রমগী ভার লৌহৌই।

ইংলণ্ডদা মতম থরা বেদান্ত ধর্ম্ম প্রচার তৌরম্লগা আমেরিকাদা অমুক হল্লকই। মফম অসিদা স্বামীজিনা কর্ম্ম যোগ অমসু ভক্তি-যোগকী মরমদা মথং মনাও নাইনা বক্তৃতা তৌরম্মী। মতম অসিদা গুডউইন কৌবা ষ্টেনোগ্রাফদং অমা স্বামীজিগী শিষ্য ওইররে। গুড-উইনগী মপান্দগী ঐথোয়না স্বামীজিনা ঙাংলম্বা শকলম্বা পুম্নমক ঐথোক্লনা পাবা ফংলি। চন্দক্তি নিউইযার্কতা মতম কুইনগী অয়েপ্পা ওইনা ‘বেদান্ত সোসাইটি’ লিংখৎলে। অদুদগী খৃঃ ১৮৯৬ কী এপ্রিলগী তাং ১৫ দা অমুক হন্না ইংলণ্ডদা চৎলি। মতম অসিদা স্বামী সারদানন্দবু ইংলণ্ডদা পুরক্লে। ইংলণ্ডদসু স্বামীজিনা চাং ঙাইনা বক্তৃতা পী অমসুং ক্লাস লৌই। মফম অসিদা থাজবা য়াবা অমসুং ত্যাগী ওইরবা ইংরেজ শিষ্য খরা ফংই। চহি অসিগী মে থাদা স্বামীজিগা প্রোফেসার মোক্ষমুলর সাহেবকা উনৈ। অনি অনি য়াম্না চাম্না হায়বী শামিনৈ অমসুং মাগী মাগী মরী মথোক পীনৈ।

মাথী অনুম শাবদা প্রোফেসরনা রামকৃষ্ণ দেবগী পুন্সি মাথী ইবিংই হায়না স্বামীজিদা কোংদোকই। স্বামীজিদগী প্রোফেসরনা রাম-কৃষ্ণগী মচাক মথুম পূম্নমক কংত্রনা "রামকৃষ্ণগী পুন্সি অমসুং পাও-তাক" হায়বা লাইরিক অমা প্রফেসরনা কোংই।

মসিগী তুংদা স্বামীজিনা ফ্রান্স, সুইজরল্যাণ্ড অমসুং জর্মনীদা কোইবা চৎলি। জর্মনগী সংস্কৃত পণ্ডিত কাওয়বা পল ডয়সনগী থাক্তম কন্তুন কীল বিশ্ববিদ্যালয়দা স্বামীজি চৎলি। স্বামীজিনা মাথী শাবা কংবদা ডয়সন য়াম্না নুংশাইরে। ইংলণ্ডদা হল্লকপা স্বামীজিনা সারদানন্দ স্বামীবু আমেরিকাদা থারে অদুগা ইংলণ্ডদা থবক পুনবগী মথক ভারতগী অভেদানন্দ স্বামীবু কৌরে। অদুগা মীরৈ-বাক্তা-লোত্ত শন্দোক্রবগী তুংকোইবা ব্যবস্থা অমা তৌরগা মচৌ-বাক্তা হল্লকবগী থৌরাং তৌরে। চহি মরি চুপা কন্না থবক থবক তৌরবা তুংদা খৃঃ ১৮৯৬ কী ডিসেম্বর থাদা ভারত তম্না হল্ল-শানখ্রে। লণ্ডন থাদোকখ্রিবগী মমাংদা ইংলণ্ডগী মরূপ অমনা হায়রমই—"স্বামীজি ভোগবিলাস অকে-অযোগী লীলাভূমি ওইরবা অমসুং ঊরোং খিল্লিবা শুংকন পাঙ্গলবা লোচ্চুপতা চহি মরি চুপা লৈরবা তুংদা স্বামীজিগী পোক্লকম ভারত অদু হৌজিক করি ওইনা উবনি ?"

স্বামীজিনা খুমকই—"লোংচুপ্তা লাকখ্রিদ্রবদো ঐ ভারতবু নুংশিরম্মী। হৌজিক্না ভারতকী ঊকুল-বাইকুল কাওবা ঐগী মমক লমদম্পাম্বিগা ওইরে, ভারতকী নুংশিংবা ঐহোক্নমি থুগাইদবা লেমগন শেংই ভারত অদি হৌজিক্তি ঐগী অখোংবা তীর্থ ওইরে।"

# মরৈবাক্কী সেবা

স্বামীজী হল্লকলে হায়বা তাবদা ভারত পূম্নমক মথুম্মম্নাং হৌরে। খৃঃ ১৮৯৭ কী জান্নুয়ারীগী তাং ১৫ দা স্বামীজি কলম্বোদা থুংলরে। কলম্বোদগীনা কলিকাতা তাম্না চৎপা খোংচৎ অসি অচৌবা উৎসব অমনি। বেদান্তগী ফীরান থাংনা হাইগত্তুনা নোংচুপকী জগৎ জয় তৌরম্নবা বীর অসিবু মতিক চান' ওক্লনবগী দমক ভারতকী মফম খুদিংদা য়াম্না চাউনা থৌরাং তৌনরে। সিংহল অমস্তুং খা ভারতকী অয়াম্বা সহরদা স্বামীজী খোংদাবা তারম্মী। নিংথৌ নিংথৌরেন্দ্রগীনা লম্বীগী চাকনিবা ফাওবা স্বামীজী ওকপদা য়াওরম্মী। ভারতা স্বামীজীনা ইহান হাম্না খোংদাবা মফম অদুদা রামনাদকী নিংথৌনা নিংশিং থম্বী অমা শারম্মী। মফম থুদিংদা বক্তৃতা লেপ্তুনা অস্থম তৌরকপসিদা স্বামীজী চোকথরে। স্বামীজীনা কলিকাতাদা থুংবা মতমদা য়াম্না চাউরবা সভা অমা তৌদুনা ওকই। সভা অদুদা স্বামীজীনা নহারোনবু কৌরগা হায়রম্মী—"ভারতকী অনম অহা চুরবা লাইরবা অমস্ত নৈবিরবা প্রজাশিংবু সুংশিবা, মথোয়গী চাউথৎনবগী দমক থবাই থুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনবা—দায় অসি ঐনা নহারোন নখোয়গী মথুক্তা শিন্নরে। চৎলো, হৌজিকমক পার্থ সারথিগী মন্দিরদা চৎলো। ইবুংঙো মহাক্তি গোকুলদা লাইরবা গোপশিংগী চাম্নবা মরূপ ওইরম্মী, বুদ্ধ অবতারদা রাজপুরুষশিংগী রার্ত্তম লৌরমদনা বৈশ্যাগী নিমন্ত্রণ লৌরগা বেশ্যা অসিবু কনবিরম্মী। চৎলো ইবুংঙো মাগী মফমদা সাষ্টাঙ্গ দণ্ডবত তৌরু অমস্তুং মহাক্কী মফমদা বলি অমা কৎলু—বলি অসিদি পুন্সিগী বলিনি—

কন্নাগী দমক্তা ইবুংঙো মহাক্না খ্বাইদগী লুমা মিংবা অমস্তুং মখোয়বু কন্নবগী দমক যুগ খুদিং শায়োন লৌবা অদুগুম্বা লাইগ চুথরবা ওৎপি 'মৈবিরবা মৈখা তারবা মীশিংগী য়াইফনব জীবন বলি তৌরু।"

## রামকৃষ্ণ মিশন

কলিকাতাদা বক্তৃতা শন্না তৌবা য়াদ্রে। মসিগা লোইননা স্বামীজীনা মঠকী সন্ন্যাসী অমস্তুং নৌনা লাইমিং লৌরবা ভক্ত-শিংবু উপনিষদ, গীতানচিংবা তম্বি। রামকৃষ্ণগী ভক্তশিংবু পুল্লপ পুন্না তুংকোইবা ফীভম অমদা থন্নিংবগী আশা অমা স্বামীজীনা তৌরে। বক্তৃতাদনা মৈবাকপু কনবা ঙম্লোই হায়রবসি স্বামীজীনা লেপ্পমক খঙলম্মী। মরম অসিনা খৃঃ ১৮৯৭ মে থাগী পয়লা তারিখতা ঠাকুরগী ভক্তসন্ন্যাসীশিংগা লোইননা রামকৃষ্ণ মিশন লিংখৎলে। সভা অদু হৌদোকপদা স্বামীজীনা হায়রম্মী—"মৈবাক মখন মখন কোইকুরবা তুংদা ঐ মুন্না খঙলে মদুদি সংঘ (পুল্লপ পুনবা) নত্তনা করিগুম্বা অচৌবা থবক অমতা পাংথোকপা য়াদে। অদুন্নদি ওইরগা ঐখোয়গী মৈবাক অসিগুম্বদা অহানবদগী হৌনা মীয়ামগী মত নত্রগা ভোট লৌদুনা সংঘ লিঙখৎপা হায়বসি অদুক য়াম্না খুদোং চাদে। মৈবাক অসিদা শিক্ষানা শন্দোক্তুনা মী পুন্নমক লাইরিক হৈরক্লবা পুকচেল তিন্নরক্লবা, অদুগা মশা মশাগী মত হায়বা খুরবা মকোন অদুদগী থোরক্তুনা পাক চাউবা রাখল শনবা ওন্নেক্লবা—মতম অদুদা প্রজাগী মত মতুংইন্না থবক চথবা য়াগনি। হৌজিমকীদি সংঘগী মকোক ওইবা পরিচালক অন্না

দরকার ওই। মী পূন্নমক মাগী স্বাথং ইনবা তাই। মতুংদা মতম চাররা কান্দা ময়ামগী মত মতুংইন্না থবক পূন্নমক পাংথোকনি।

মাগী মমিংদা ঐখোয়না সন্ন্যাসী ওইরিবা, মাবু ফিদম ওইরগা সংসারগী থবক পূন্নমক পাংথোক্লিবা, মহাক্না শিখিবা মতুং চহি কুনগী মমুংদা নোংপোক নোংচুপ অনিমক্তা মহাকী মমিং অমসুং অঙকপা পুন্সি অদু পাক চাউনা শন্দোকখ্রবা অদুগুম্বা মহাপুরুষ অদুগী মিংদা সংঘ অসিগী মিং থোনগনি। ঐখোয়দি প্রভুগী মনাইনি। ময়াম পূন্নমক্না থবক অসিদা পাঘে ওইবিয়ু।"

রামকৃষ্ণ মিশন লিংখৎপা অমসুং স্বামীজীগী কর্ম্মনা মরু ওইবা পাওতাকশিং অদু কনা কনাগুম্বশিংগী মফমদা চুনফাত্তবা ওইনা থোক্লম্মী। নোংমদি ঠাকুরগী ময়াম্বা থোকপা অমনা য়েৎলম্মী—ধ্যানধারননা ঈশ্বর ফংনবা হোৎনবসিনা ঠাকুরগী পন্থুংফম ওইরম্মী। স্বামীনা তাকলিবা লাইরবগী সেবা শিক্ষা শন্দোকপা, ধর্ম্ম প্রচার তৌবা হায়বনচিংবসি ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীদা রৈখাই থিঙ্গাইবা থোকই। বা অসি হেক তাবদা স্বামীজীনা মশোং কাংলবা মোংশাগুম্না ঙংদুমা হায়রকই—"মীয়ামদা ধর্ম্ম শন্দোক্লবা, অনাবা চংজকম লৈত্রবা অতোনবশিংগী অবা-অমা কোক্লবা হোৎনবা, মহৈ-মশিং তম্বিনবা থৌরাং তৌবা অসিন-চিংবদু মায়াগী লাংবি হায়গে হায়রিবরা? শ্রীরামকৃষ্ণদু নংনা ঐহোঙ্গী হেন্না খঙই হায়গে হায়রিবরা? তমোগী লোক্লুদা

তারবা ইজাতিবু মখোংনা লেপহনবা ভমজয়বদি ঐ য়াম্না হয়াওব্রা মরক লিশিংলক তাজগে। ঐদি নংগী রামকৃষ্ণ নত্ত্রগা অতৈ কনাগুম্বা অমগী শিষ্য নত্তে। ঐদি মশাগী অয়ানখুভম থাদোক্লুনা দরিদ্রনারায়ণগী সেবাদা মশা কথোক্লিবা মী মদুগী চেলানি, মশাইনি অমসুং অরৈবা মীনাইনি।"

## তাইবং মরূপ

নোংমদি স্বামীজীনা ঋগ্বেদ তম্বিরম্মী। মতম অসিদা ঠাকুরগী থোইদোক হেন্দোকপা ভক্ত অচানবা গিরিশ ঘোষ লাক্লুনা কয়রে। ঈ-পাও হংলবা তুংদা স্বামীজীনা লোককেৎ তৌনা হায়রকই—"জি, সি, মংদি অসিগুম্বসি তম্বা লাকপগী রাথল লৈতমাল্লেনে—মুমিং চুপ্পা কৃষ্ণবিষ্ণু শোন্দুনতা মতম লেল্লেমে?" গিরিচন্দ্রনা খুম্লকই—"বেদ তম্লুরগা করি তৌগদগে তাই? বেদ খঙনবগী বুদ্ধিসু ঐগী লৈজদে, মতমসু লৈজদে; অসিগুম্বা পোৎ অসিদি ঐ য়াম্না অদুম্বক থমজরগা ভগবান রামকৃষ্ণগী কৃপাদগী তাইবং ঈপাক্ষ অসি লাপ্পগে।" শাইহাক্লুং তুমিল্লেরগা গিরিশনা অমুক হায়রকই—"করে নরেন, বেদবেদান্তদি য়াম্না হৈরে। চয়াহেনবশিংগী মাহেবা মখোন, লাইরবগী অবাবা, ওক্লব ডাকুশিংগী পাপ অমসুং অতৈ মখল মখলগী চুমদবা, মীওৎ মীনৈশিং অসি কোক্লবা বেদ বেদান্তদা কয়িগুম্বা ইরম্ব লাকপা য়াওব্রা? মুমগী মুপী অমনা নিতিগী মী য়াংখৈ পিজ পিথক তৌরম্বদগী চানিংভাই লৈত্রদুনা মুমিৎ হুম্নি মচামগুপা লোইরনা

চন্না হেন্দুনা লৈরি। সুপী কয়া কয়ামা বদমাসশিংগী মথুত্তা ভাদুনা ভৌরি—কনা কনাগুম্বীশিংনা মৈচাক খাংবা ভমত্রদুনা মথৱাই থারি। নৌমা লুখ্রাবী ওইরবী সুপীশিংনা মচা য়ৈথনবা হোৎনবদা মমৈথংদা মথৱাই থাবা তাখি। মরেন, বেদ বেদান্তশিংদা মসিগী প্রতিকার থেংনলাক্রবরা ?" গিরিশকী ৱা তাবদা স্বামীজী মিত্তা ঈৱা শিন্থ-ৱক্লে। স্বামীজীনা খুদক্তা মফম অদুদগী হৌগৎলগা থোকখ্রে। স্বামীজী থোকখ্রগা গিরিশচন্দ্রনা হায়রকই—"য়েংউদো—নখোয়গী গুরুগী থম্মোয় অসি মপান নাইদবা থৌজান্না থল্লি। ঐনা মহাকপু পণ্ডিত অমনি নত্রগ মতিক মগুণ লৈবনি হায়না সমান ঙৌবা নত্তে। মীওইবগী অৱা অনা তাবদা পুবা ভমজদবা থম্মোয় অদুতবু ঐনা ভক্তি ভৌজবনি।" ভাইহাক লৈরগা স্বামীজী চংলক্লে অমসুং গিরিশ য়েংলগা হায়রকই—"য়েংউ জি, সি, জগৎকী অৱা অনা—জগৎকীদা নত্তে মী অমগী অৱা অনা ফাওবা কোক্লবা ঐ মপোক লিংশিংলক পোকপা তারম্মু পোক্কে। ঐ ইশাগীদমক মুক্তি পামদে। ঐনা মী খুদিংমক অয়ান খুভম ফংনমবা ভেংবাংনিংই।"

অহিং মুংথিল পোখাদনা প্রচারগী থবক ভৌবদা স্বামীজীগী হকচাং য়াম্না শোক্লে। ডাক্তরশিংনা হায়বদগী স্বামীজী অসি হিমালয়গী চীঙখোং আলমোরাদা হক ওন্নবগীদমক খোং শানবা তারে। স্বামীজীগা লোইননা শিষ্য খরসু য়াওরম্মী।

স্বামীজী অসি থা অনিমখাই আলমোরাদা লৈরম্মী। মতম অসিদসু কলিকাতাগী রামকৃষ্ণ মিশন, মুর্শিদাবাদকী চাক ভাংবা কোক্লবা স্বামী অখণ্ডানন্দগী থবক, মাদ্রাজদা রামকৃষ্ণানন্দগী প্রচারগী

থমক অসিনচিংবসি স্বামীজীনা আলমোরাদা লৈমা লৈমা য়েংশিল-লম্মী। অসিগী মতুংদা স্বামীজীনা কাশ্মীর, পঞ্জাব অমসুং রাজপুত-নচিংবা লম কোইরুরগা কলিকাতাদা হল্লকই। চৎলুবা মফম খুদিংদা স্বামীজী বক্তৃতা পীবা তারম্মী। মতম অসিগী থৌদোক মচা অমা পন্দমা তোকপা ঙমদরে।

লাহোরদা মতিলাল ঘোষনা সাকাস উৎলম্মী। মতিবাবু অসি স্বামীজীগী অণ্ডাং ওইরিবৈগী মরূপ অমসুং তম্ফমররকপা মমার-বনি। অদুবু মতিলালনা থম্মোয় হাংদোক্তুনা নরেন্দ্রনাথকা বাখী শাখিদে। মতিলালবু স্বামীজীনা মাগী মী ওইনবা অদুকী মতিক হোৎনররুগা মতিলালনা অদুকী মতিক হঞ্জারনম্মী। মমৈথংদা মতিবাবুনা য়াম্না তোম্না হায়জরম্মী—“ভাই ঐনা নংবু হৌজিক করি হায়না কৌরসিগে?” স্বামীজীনা মথৱাই য়াম্না হরাওনা মরূপ য়েংলগা হায়রকই—“হাইমঃ মতি, নং ঙাওরবরা? ঐবু করি কৌরবগে? ঐ অদুবৈগী নরেন্নি, নংসু অদুবৈগী মতিনি।” বাহৈ অসিদা মতিবাবুগী চিংনবা পুম্বা কোকখি।

## অনৌবা যুগকী মণ্ডান

অরাং ভারত কোইরুরবা মতুংদা খৃঃ ১৮৯৮ গী জানুয়ারী থাদা স্বামীজীনা কলিকাতাদা হল্লক্লে। মতম অসিদা ভাগীরথী তুরেল মপান্দা লৈবা বেলুড় কৌবা মফমদা রামকৃষ্ণ মঠ শিঙথৎলে। মসিগী অহানবা থরচ পুন্নমক স্বামীজীগী মীরৈবাক মচা শিষ্যশিংনা পুরম্মী।

মসিগী মতুংদগীদি স্বামীজীনা মরৈবাক অমসুং মীরৈবাকী সন্ন্যাসী মহায়োনশিংবু পুক্লিং লৈত্তানা তম্বি তিকপিবা হৌরে। গীতা, বেদান্তনচিংবসি মশামক্না তম্বিবা হৌরে। অদুবু স্বামীজীগী হকচাং অদু মোংম মোংমগী শোকচিল্লকখি। মফম অমদা চত্নুনা হক্ হোংনবগী থৌরাং তৌরম্মী ; অদুবু মতম অসিমক্তদা কলিকা-তাদা প্লেগকী লাইনা শাথিনা শন্দোরক্লে। স্বামীজীনা পোত্থানকপী মত্ত পুম্বা কাইরে। স্বামীজীনা ইচম নিবেদিতা অমসুং শিষ্যশিংগা লোইননা কলিকাতাগী অনাবশিংগী সেবা তৌরে। মসিগী তুংদা স্বামীজী হবা ওস্রবগী দমক আলমোরাদা চৎলে। মতম অসিদা মহাকী মুংশিরবা শিষ্য গুডউইন শিরে হায়বা পাও তাবদা থবাই য়াম্না শোকখি।

মুমিৎ থরগী মমাংদা মাদ্রাজদা 'প্রবুদ্ধ ভারত' হায়বা পত্রিকা অমা ফোংলম্মী। মদু হৌজিক আলমোরাদগী ফোংনবা থৌরাং তৌরে। আলমোরাদা মতম খরা লৈরম্লগা স্বামীজীনা ইচম নিবেদিতা অমসুং শিষ্যশিংগা লোইননা কাশ্মীর য়েংবা চৎলি। কাশ্মীরগী অমরনাথ অমসুং ক্ষীরভবানী কাওরবা তীর্থনি। অমরনাথকী সুরুঙ্গদা চংদুনা স্বামীজীনা ভক্তিগা লোইননা শিব পূজা তৌবদগী ধ্যান্দা লুপখি। গুহাদগী থোরক্লগা ইচম নিবেদিতাদা হায়খি—"লাই পুম্নমকী অথোইবা মহাদেবনা ঐতোন্দা ওসি ইচ্ছামৃতুগী (শিমিংবা মতমদা শিবা) বর পীনবিরে।"

কাশ্মীরদগী অক্টোবর তাং ১৮ দা বেলুড়দা অমুক হল্লকই। ইচম নিবেদিতামা বাগবাজারদা মুপীমচাশিংগী স্কুল অমা লিঙখৎলি।

ভারতা সুপীমচাশিংগী মহৈ তম্বগী থৌদাং ইচম নিবেদিতাগা হোৎনখিবা অদুগীদমক ভারতনা নিবেদিতাদা লমম তৌখি। মসিদসু নত্তনা লৈবাক অসিগী রাজনীতি সাহিত্য অমসুং শিল্প চাউখৎনবগী মতাংদা নিবেদিতাগা অণকপা থৌইমশিন পীরম্মী। ভক্তগী কঙ্কাল তোংবী নিবেদিতা হায়বসি স্বামীজীনা খনবা রাখলশিংগী তশেংবা শাদোংনি।

মতম অসিদা লেলুড় মঠতা ঠাকুরগী হকচাংগী উৎ য়াওবা কোরীগী পাত্র নিংথিজনা থম্লে। বেলুড় মঠকী মরমদা স্বামীজীনা হায়রম্মী—"মফম অসি সাধুশিংগী লৈফম ওইগনি। সাধন, ভজন, লাইনিং লাইশোন অমসুং জ্ঞানগী চর্চ্চা তৌফম মরু ওইবা মফম ওইগনি। মসিদগী থোরকপা শক্তিনা জগৎপুম্বা ঈথিন পীগনি, মীওইবগী পুন্সি খোংচৎ অনৌবা লম্বীদা চিংগনি; জ্ঞান শক্তি যোগকর্ম্ম পূল্লপ পূল্লগা মফম অসিদগী ফিভম অমসুং পান্দম থোরকনি। মঠ অসিগী মীনা মিৎ খৎপদা মাইগৈ শিনবা থুংনা থবাইগী ঈচন ফাওগনি; ধর্ম্মদা তশেংবা খোইদাবা মীশিংনা মতম অমদা মসিদা পূল্লরগনি—অসিগুম্বা রাখল কয়ামরুম ঐগী পুক্নিংদা ঙসি ফাওরি।"

মতম কুইনদগী হৌনা বেলুড় মঠতগী বাঙ্গলাগী পত্রিকা অমা ফোংনবগী রাশক তৌরম্মী। বঙ্গাব্দ ১৩০৫ গী মাকচিংগী পয়লা তারিখতগী 'উদ্বোধন' কৌবা পত্রিকা অদু ফোংদুনা রামকৃষ্ণ মিশনগী ধর্ম্মমত অদু মীয়াম মীচমদা য়ৌনবা থৌরাং তৌরম্মী।

## সাধু নাগ মহাশয়

নোংমা বেলুড় মঠতা স্বামীজীনা শিষ্যশিং লাইরিক তাক-পীরম্মী। মতম অসিদা ঠাকুরগী ভক্ত অপোইবা মোংপোক বঙ্গগী সাধু নাগ মহাশয় লাক্লে। স্বামীজীনা প্রণাম তৌরগা হায়রকই—"নুংঙাইবিরিদবা ?"

নাগ মহাশয়—ইবুংঙোবু দর্শন তৌবা লাকপনি। জয় শঙ্কর ! জয় শঙ্কর। শিববু সাক্ষাৎ দর্শন তৌজরে।

স্বামীজীনা প্রেমানন্দবু প্রসাদ পুরক্কুবা নাগ মহাশয়দা পীয়ু হায়না তাকপি। ন'গ মহাশয়না হায়রকই—"প্রসাদ ! প্রসাদ ! ( স্বমীজীদা খুৎ লোম্নব' ) ইবুংঙো'বু উজবদা ঐগী তাইবংগী আরাম খৌরাংবা কোক্লে।"

স্বামীজী—( শিষ্যশিংদা য়েংলগ' ) উরববা. নাগ মহাশয়বু য়েংউ। নাগ মহাশয় অসি য়ুম্বুরেন অমনি ; অদুবু জগৎ অসি লৈত্রা লৈতত্রা হায়বদু মহাক খঙদে, মতম চুপ্পদা ঈশ্বরগী ভাবতা লুপ্পুবা লৈ। ( নাগ মহাশয়দা য়েংলগা ) "তিল্লিবশিংসি ব্রহ্মচারী বাক্লি, ঠাকুরগী পাওতাক খরা ঐখোয়দা তাহনবিয়ু।"

নাগ মহাশয়—করিনো তাকপিরিবদুবে' ! ঐনা করি হায়রগনি ? ঐদি ইবুংঙোবু দর্শন তৌবা লাকচবনি ; ঠাকুরগী লীলাদা মরু ওইবা পাম্বোম ওইরিবা মহাবীরবু দর্শন তৌবা লাক-চর্দি। ঠাকুরগী বাদি হৌজিক ময়াম্না খঙনরগনি। জয় রামকৃষ্ণ ! জয় রামকৃষ্ণ !

স্বামীজী—মহাশয়তনা রামকৃষ্ণদেববু তশেংনা খঙবনি। ঐখোয়দি মাইগৈ খুদিং চৎপদা শিগদোরে।

নাগ মহাশয়—এঃ মদু তাকপিগনু। ইবুঙোদি ঠাকুরগী মচানি—তুংমাং ওইবতনি—মমিৎ থোরবশিংনা য়েংজসনু।

স্বামীজী—মঠনি হায়দুনা তৌজরিবসি মওং চুম্লবরা?

নাগ মহাশয়—ঐদি অপিকপা জীবনি, ঐনবু করি খঙনি? ইবুঙোনা তৌবিরিবদু—ঐ লেপ্লমক খঙই জগৎকী মঙ্গল ওইগনি—মঙ্গল ওইগনি।

স্বামীজী—ঐ মহাশয়গী পোক্লফম লমদা অমুক্তং চৎকনি।

নাগ মহাশয়—মদুগুম্বা মুমিৎ অদুবু কদোইদৈ থোক্লগবা! ঐগী পোক্লফম লৈবাক কাশী ওইরগনি। মদু য়েংজনবগী লাইবক অদুবু ঐগী লৈরিগদবা?

স্বামীজী—ঐদি ইমাবুসু পুদুনা মকমদুদা চৎনিংই।

নাগ মহাশয়—ইবুঙোবু কনানা শকখঙবা ঙমগদগে? দিব্য-দৃষ্টি পাংদ্রবদি খৎনবগী উপায় লৈতে। ঠাকুরতনা ইবুঙোবু খঙলম্মী। অদুগা ময়ামদি ঠাকুরনা তাকপা বাদা থাজক্লবতনি, ইবুঙোবু তশেংনা খঙবা ঙম্বা নত্তে।

স্বামীজী—ঐনা হৌক্তিক নিংজবা অমতং লৈ—দেশ অসিবু অমুক্তং হৌদোকপা—মরমদি মহাবীর অমনা মশাগী মপাঙ্গলবু থাজদ্রদুনা তুমখুল হুন্দুনা নিংঙাইদনা লৈয়ে—কৌবা তাত্রে। সনাতন ধর্ম্ম ভাবনা মসিবু অমুক্তং য়াকাইহনবা ঙম্নবদি ঠাকুরনা

নিংল্লম্বা অমসুং ঐখোয়না খুনাম ইঙ্গুরিবা অসি মহৈ য়ানগনি। ঐমা হৌজিক খল্লিবসি মসিতনি—মুক্তিক্ষু ক্তিনচিংবদি ঐ করি-মতা খোশাক্লদে। আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু—থবক অসিদা মঙ্গল ওইবা বর পীবিয়ু।

নাগ মহাশয়—ঠাকুরগী আশীর্ব্বাদনি। ইবুঙেভোনা নিংবা আশাবু কনানা মমায় লৈবা ঙমগদগে ? ইবুঙেভোনা নিংবিরিবদু শোয়দনা থুংগনি।

নাগ মহাশয়গী মরমদা স্বমীজীনা অস্তুম্না হায়রম্মী—"পৃথিবী পুম্নমক থুংনা কোইরুরে; অদুবু নাগ মহাশয়গুম্বা সাধুদি ঐ অতৈ থেংনদ্রি।"

## অনিশুবা খোংচৎ

খৃষ্টাব্দ ১৮৯৯ গী জুনগী তারিখ ২০ দা ইচন নিবেদিতা অমসুং স্বামী তুরীয়ানন্দগা লোয়ননা ইংলণ্ড চৎলে। মসিগী খোংচত্তা লম্বীদা অভকপা দৃশ্য য়েংনা য়েংনা নিবেদিতাগা বারী বাতাই শাদুনা নুংভাইনা চৎলি। মসিগী খোংচৎ অসি কাওবা ঙমদে অমসুং পুক্নিং শুমহৎনিঙভাইগী মশক্নি। নোংমা জহাজদা ভোংজুনা স্বমীজীনা হায়রম্মী—"য়েংউ, মতমগী খোংচৎ অস্তুম অস্তুম উরকপসিদা নিপা ওইবগী থৌনা হায়বসিনা পুন্সিগী থুংইদগী হেন্নবা সাধনা অমনি হায়বসি ঐ তশেংনা খঙবা ঙম্লক্রে। অনৌবা বাকম অসি ঐ জগৎ অসিদা প্রচার তৌরি। চুমদবা

থরক তৌরবা ফাওবা মিপাগোক্না তৌ। ফংলবোই হায়রক্না ক্রবস্ু য়াম্না থৌনা ফনা অমসুং চাউনা ফত্তবা ওইয়ু।"

স্বামীজীনা লণ্ডন য়ৌরবা ভুংদা মুমিৎ খরমিগী মতুংদা আমেরীকাদা য়াম্না কৌদুনা অমুক হন্না চৎলে। সমুদ্র ঈপাক্তা মুমিৎ তরানি চৎপা খোংচৎ অসিগী মরমদা স্মীজীনা হায়রম্মী—"সমুদ্র ঈপাক্তা মুমিৎ তরানি চৎপা খোংচৎ অসি কদৌঙৈদা কাওবা য়াররোই। নিত্তিগী অয়ুক খুদিংদা গীতাপাঠ অমসুং ব্যাখ্যা করিগুম্বা কান্দা সংস্কৃত কবিতা অমসুং রারী করিগুম্বা কান্দনা থাইমগী প্রাচীন বৈদিক প্রার্থনা মন্ত্রমচিংবা অম্রি নৈনৈ। ঈথক হৌদ্রবা মবুক তপ্লবা সমুদ্রনি—থাবলনা লুপা মহিগুম ইঙাল ঙাল্লি—

নোংমদি থাবন্না ঈপোম হৌরবা সন্ধ্যা য়াচংবদা মতোমতা ভুমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। মপা লৈত্রবা থাবল ফররা অহিংবা লুপাগী মঙাল্লি, মথক্তা সনাগী মচু মানবা পূর্ণিমা থাজনা মোমোন তৌরম্মী দৃশ্য অসি য়েংবদা পূংমুন মুনখিদুনা মমৈথংদা মখুৎ থাজৎলগা হায়রকই—"কবিতাগী মরু মাংদা শব্দোক্না তাদুনা লৈরে—কবিতা পাদ্রবস্ু য়ারে।"

আমেরিকা য়ৌরগা স্বামীজীনা শিষ্যশিংগী মতেংনা নিউইয়র্ক, ক্যালিফোর্নিয়ানচিংবা সহরদা বেদান্ত প্রচারগী কেন্দ্র শেম্লে। অদুদগী মফম অয়াম্বদা বক্তৃতা তৌই, থরাই য়াওবা ভক্তশিংদা ক্লাশ নাইনা লাইরিক তম্বি। স্বামীজীনা কালিফোর্নিয়াদা য়াম্না কুইনা লৈরম্মী। মফম অসিদা মহাক্কী প্রচারগী থবকপু য়াম্না

মহৈ য়াল্লম্মী। মতম অসিদা অরাবা খঙড্রবা কর্ম্মযোগী অসিগী মথুক্সিং অদু শান্তিগী ঈপাক্তা লুপলম্মী। মসি পন্দুনা স্বামীজীনা চিঠি অমা ইরম্মী—"খবক তৌব' হায়বসি মতমপুম্বদা অরুবা ওই। ঐগী খবক অসি মতম চুপ্পগী ওইনা লেপ্তুনা ঐনা খরাই হকচাং পুম্বা ইমাগী সত্তাদা তিনবা য়ানবা প্রার্থনা তৌ। মাগী খবক্সি, মাগী খবক্তি মহাক্তনা খঙই।"

"লানফমদা খোংদারবদি মায় পাকপা অমসুং মায়থিবা অনিমক ফংই—হৌজিক্তি পোৎথি-পোৎকুম য়োমশিল্লগা অরান খুভম পীবা ভম্বা ইবুঙেঙা মাবু ভাইদুনা লৈরি। হে শিব, হে শিব, ঐগী হী অসিগী চীনাও শাবিয়ু, প্রভু!"

"মমাংঙৈগী বিবেকানন্দ অদু নত্রে—মমাংঙৈগী বিবেকানন্দ চৎখ্রে, মতম কুইনগীদমক চৎখ্রে। লাইরিক তাকপা, গুরু, নেতা অমসুং আচার্য্য ওইরম্বা বিবেকানন্দ চৎখ্রে—হৌজিক লৈরি মমাংঙৈগী মভাং, প্রভুগী শিষ্য, মতম চুপ্পদা মাগী খুন্না খম্বান্দা চংজরিবা মনাই।"

মতম অসিদা ফরাসীগী কোম্নুং প্যারিসতা অচৌবা ধর্ম্ম মহাসভা অমা চাউমা ফমগদবগী থৌরাং তৌরম্মী। স্বামীজী মসিগী বার্ত্তা ফংদুনা খৃঃ ১৯০০ গী জুলাইগী তাং ২০ দা প্যারিস তম্না খোংশাল্লি। সভা অসিদা স্বামীজী অসিবু তরাম তরাম্না ওকই। সভা অসিদা ইউরোপকী পণ্ডিতশিংনা হিন্দু ধর্ম্মবু লান্না উরিবা মিৎয়েং অদু মথং মথং কক্তুনা স্বামীনা শেংদোকই। হিন্দু ধর্ম্ম মরী-মখোং অমসুং হৌরকপগী ইতিহাস লীদুনা ময়াম্বু তাহল্লি। প্যারিসতা

থা অহুমলোম লৈরবা তুংদা তারক্তা অমুক হল্লকই। হল্লকপদা লম্বীদা ভিয়েনা, এথেন্স, কনষ্টানটিনোপল, কায়রোনচিংবা মফম চংলকই। খৃঃ ১৯০০গী ডিসেম্বরগী তাং ৬ তা নোংমা অহিংদা স্বামীজী বেলুড় মঠতা খঙহৌদনা খোঙদায়ে। ময়াম পুম্নমক ঈত্তক চক্রে অমসুং য়াম্বসু হরাওরে।

## অরোইবা পুন্সি

বেলুড় মঠতা য়োরগা স্বামীজীনা আলমোরাদা লৈবা মায়াবতী অদ্বৈত আশ্রমদা খোংশাল্লে। মৌনা লিখৎপা আশ্রম অসি পুবা পুকচেল ফয়বা সেভিয়র সাহেবনা নোঙ্গাখিবদা মহাকী মুপীমু স্বামীজীনা থেমজিনবা লাক্লবদা য়াম্না চাউরবা থবক অমা ওইরম্মী। 'প্রবুদ্ধ ভারত' কোংনবগীদমকপু স্বামীজীনা মফমসিদা লাকপা তারম্মী। থবক পুম্নমক য়াম্না থুনা লোইশিল্লগা বেলুড় মঠতা অমুক হল্লকলম্মী। হল্লকপগী খোংফম অসিদা স্বামীজীনা ঢাকা, লাঙ্গলবন্ধ, দেওভোগ (নাগ মহাশয়গী লম), চন্দ্রনাথ, কামাখ্যা অমসুং শিলংনচিংবা চংলকই।

মতম অসিদগী স্বামীজী অসি ঈশিংগী লাইনানা নাবা হৌরে। বেলুড় মঠতা হল্লকপা মতম অসিদদি স্বামীজী অসি ময়াম্না হায়বা মতুংইন্না হকচাংগীদমক নিয়ম কয়ামরুম ঙাক্না চৎপা তারম্মী উনগে লাকপা মীশিংগা উনদনবা ময়াম্না য়াম্না কম্না থিংলম্মী। মোংবদি স্বামীনা মসিদা শাওরদুনা হায়রকই—"নখোয়গী নিয়ম কিয়ম অমু

থমখো। লাক্লিবা ময়াম অসিগী মনুংদা অমতংনা কীদমনিঙ্ঙাই ওইবা মীশক ওইরকপা য়ারবদি ঐগী থবক মহৈ য়ানগনি। মীগী কনবা হোৎনবদা থবাই থাবা—মসিদি অকবা থবকনিনা। খোঙ লোমশিল্লগা ইমুংদা ভুমিন্না ইতোমতা কম্লগা করি কান্ননি? ময়াম অসি ঐগী বা অমা অনি তানবগীদমক অথাপ অথাপ্পা মকমদগী লাক্লরি; অদুগা ঐগা উনদনা অৎম্মক হনথগদ্রা? নখোয়না তৌনিং-বতা তৌ; ঐদি উত্তুপ তাবগুম ভুমিন্না কন্বা হৈনদে।”

হৃকচাং ঙমদ্রবা কাওবদা স্বামীজীগী থবক লেপলমদে। মঠ চাউথৎনবগীদমক মতম চুপ্পা মোমলম্মী। মঠবু ময়াম্না য়াবা আশ্রম অমা ওইনবা খৃঃ ১৯০১ দা দুর্গা পূজা তৌই। দুর্গা পূজা অসি মরুওইবদি লাইরচুদৎনরবা সাঁওতাল কুলিশিংগীদমকতা ওইনা তৌবনি। কুলিশিং অসি মঠকী শুম্মাং থেল্লোং নিত্তিগী থাই শিৎপা লাকই। মখোয়গী অবা নুংঙাইগী থাগী তারগা স্বামীজীগী মিত্তা ঈরা শিন্থৈ। ময়ম অসিনা ঈনোৎ তোইরবা খোনকন্না নোংমদি হায়রই—“আদা, লৈবাক্কী লাইরচুদৎনরবা প্রজাগীদমক্তদি কনামতনা থন্দে। জাতিগী য়াংশেন শরু ওইরিবা, মখোয়না নোম্লগা ঐখোয়না চাবা কংলিবা, অমাং-অশোক শেংবা অমস্থুং থাইশিৎপা কাংবুশিং মখোয়না নোংমা থবক লেপ্লদা সহর পূম্বা হাহাকার লাওগদবা অসিগুম্বা অতোনবা জাৎ অসিগী অথাবা থজিক্তুং থাবিবা মী অমত্তা লৈবাক অসিদা লৈতে। হিন্দুশিংগী মকমদগী থোজান কংদ্রবুনা মাদ্রাজদা মী লিশিং লিশিং ক্রীশ্চান ওইরি। ঐখোয়না চানবিদ্রবুনা পুক্কীদমক ক্রীশ্চান ওইখিবনি হায়বসি থক থন্দ্রা? মুমিৎ চুপ্পা

ঐখোয়না হায়রি—শোকনু শোকনু। লৈবাক অসিদা দয়াধর্ম্ম মীসুংশি হায়বদুবু উবা ফংলিব্রা? শুপ্পগী শোকনু হায়বা কাংবুশ্তা উরি। অসিগুম্বা শাক্ত লীচৎ অসিগী মমায়দা শুমজিংনা কন্নু—উতুপ্পা ফ্ধৌ। অসিগুম্বা মাংই শোকনু হায়বা থুরবা পন্নুংগী বাংমদা থোকতুনা হৌজিকমক লাইর-চুদৎনবনা অতোমবা কনা লৈরিবগে হায়না ঠাকুরগী মিংদা মখোয়বু কৌরকমিংই। মখোয় অসি তৌগৎত্রবদি ইমাস্ত তৌগংলরোই। মখোয় অসিগী চাকথুং কিথুং অসি ঐখোয়না তন্বা ঙমদ্রি—অদুদি করি ওইবা তারে? হায় অবাবনি! অহিং সুংথিল থাক্তনা নোমলবা ফাওবদা চন্না নোং-খন্নবা ঙমদ্রি পাংহল্লু—ময়াম তিল্লগা মখোয়সিগী মমিৎ পাংহল্লু—ঐ লাইগী মিৎয়েংনা উবা ফংই মখোয় অমসুং ঐগী থম্মোয়সুংদা লৈরিবা ব্রহ্ম অদু অমতনি, শক্তি অমতনি—শুপ্পগী ফোংদোকপগী চাংদা খেন্নবতনি। মকম থুদিংদা ঈ চেন্দ্রবদি করিগুম্বা লৈবাক অমনা করিগুম্বা কান্দা হৌগৎপা উথ্রবরা? হকচাংগী কান্নাই অমা শিথরবদি অতোপ্পা কায়াৎ অদু ফনমক ফদুনসু অচৌবা থবক পাংথোকপা ঙমদে—মসি লেপ্পমক খঙগদবনি।"

খৃষ্টাব্দ ১৯০২ গী জানুয়ারী থাদা বেলুড় মঠতা জাপানগী পণ্ডিত অনি লাকই। স্বামীজীনা পণ্ডিতশিংগা লোইনবা বুদ্ধগয়া দর্শন তৌবা চৎলি। বুদ্ধগয়াদগী কাশীধামদা মুমিৎ খরা পোথা-নবগীদমক চৎলি। মতম অসিদা পাখং খরনা কাশীধামদা স্বামীজীগী কীদম মতুংইন্না সেবাশ্রম অমা লিংখৎলি। স্বামীজীনা পাখংশিং অসিবু থোগৎলম্মী অমসুং বর পীরম্মী। মতুংদা সেবাশ্রম অসি

কাশীগী কাওয়বা রামকৃষ্ণ মিশন অমা ওইরকখি। কাশীদা মতম খরা লৈরুরগা স্বামীজি বেলুড় মঠতা হল্লকই। ঠাকুরগী মপোক নুমিৎসু মতম অসিদা মকশিন্নকলম্মী।

## নোঙ্গাবা

স্বামীজীগী হকচাং অদু মোংম নোংমগী শোকখরক্লে। ঠাকুরগী মপোক নুমিৎকী উৎসব নিংথিনা পাংথোক্লে। অদুবু স্বামীজী য়াওবা ঙমদবা অসিদা ময়াম পূম্নমক্কী মায়থোংদা অবাবগী লৈচিল্লা কুপলম্মী। মসিগী মতুংদা স্বামীজীনা মতম খরা হিংলমখিসিন্না মোংমতসু থবক তৌদনা লৈরমদে। শিগদবা নুমিৎ অদুদসু নুমিৎমুংবগী অদুবাইদা ছাত্রশিংবু ব্যাকরণ তম্বিরম্মী। অদুগা নুমিদাংবাইরমদনা স্বামী প্রেমানন্দগা বারী শাদুনা কোইথোক্লম্মী। মাচংবা মতুংদা মাগী কাদা চংদুনা ধ্যান তৌই। মসিনা অয়োইবা ধ্যাননি হায়বসি কনানা খঙবা ঙম্বগে? নুমিদাং পুং মাপনলোম তাবা মতমদা স্বামীজী তুংকোইদবা হকচাং থোকখি। মসি খৃঃ ১৯০২ গী জুলাইগী তাং ৪ দনি।

"মঠকী শুমাংময়াইদা স্বামীজীগী হকচাং অদু শঙ্গুমদুনা থম্মি। মাইগৈ মরিমকুগী মীয়াম তিনবা হৌরক্লে। স্বামীজীগী মায়থোং অদু মহা পাখং অমগুম্না ফজরম্মী। মাগী মমায় অদু হাংদোক্লম্মী, অমসুং স্বামীজী অসি য়েংবদা তুম্লবোই নিংই। স্বামীজীগী চহি নিফুগী মথানি। সন্ন্যাসীশিংনা তুমিন তুমিন পরেং পরেং লেপ্তুনা লৈরম্মী।"

"বিদায় প্রার্থনা অদু য়াম্না শম্মি। সন্ন্যাসী অমনা স্বামীগী খোংদা চা তৈরগা মস্‌লিনগী ফী অমদ খোঙ্গুল লৌই। অশিবা হকচাং অদু বর্ত্তিনা আরতি কৎলে। মন্ত্র থিরে, ধুপ কৎলে, মোইবুং খোঙ্গেল কুইনা খোংলে।"

অদুদগী শোভাযাত্র অমা তৌদুনা সন্ন্যাসীশিংনা স্বামীজীগী অশিবা হকচাং অদু তপ্না তপ্না পুদুনা চৎলি। "জয় গুরুজী মহারাজ কি জয়" হায়বা ধ্বনিনা মাইগৈ পূম্বা খোম্থাং য়ৈরম্মী।

"মঠকী য়েৎথংবদা চাওরবা থৈবোং পাম্বী অমগী মথাদা হকচাং অদু থম্লে। থরা কুমথরগা গঙ্গা মপান্দা য়াম্না নিংথিজনা চিতা শেম্লে। মফম অসি স্বামীজী মশামক্না হিংলিঙৈদা খঙ্গরম্বনি।"

ইচন নিবেদিতা পোৎলোইরিঙৈদা উ অমগী মথাদা ফম্লম্মী। চিতাগী মৈ অদু ভুং ভুং ভংনা চাকলম্মী। সুংশিৎ শিৎলক্লে, চিতাগী ভস্ম নোংথক্তা পাইখৎলে। অচাকপা চিতা অসিগী মনাক্তা লেপ্তুনা ব্রহ্মবান্দব উপাধ্যায়না ধ্যান তৌরম্মী। উপাধ্যায় অসি হাকুম রবীন্দ্রনাথকী বোলহুরদা লৈবা ব্রহ্মচার্য্য বিদ্যালয়দা উ মথাদা ফমদুনা উপনিষদ তম্বি। হাওড়া ষ্টেসন্দা হেক থুংলবদা স্বামীজী লৈতবা তাবদা চেল্লক্তুনা সংস্কার য়াওরম্বিবনি। ধ্যান তৌরিবা উপাধ্যায়দা কনাগুম্বা অমনা হায়বগুম তৌই,—"নংগী নশাদা লৈরিবা শক্তি থরদুনা বিবেকানন্দনা নোংচুপ জয় তৌবগী ব্রত অদু লৌশিল্লু।"

চিতাগী মৈ মুৎলবা তুংদা ইচন নিবেদিতাসু বা অসি হায়রগা তপ্না তপ্না খোং থাংদুনা চৎলি,—"স্বামীজীনা ঐঙোন্দা থবক অমা শিন্নরম্মী। ঐ থবক অদু তৌবা তাই।"

নিবেদিতা অমস্নুং ব্রহ্মবান্ধব অনিমা মখোয় মখোয়গী বাপক অদু চপচানা ঙাক্লম্মী। মখোয়না ইতিহাস শেমলক্লে।

মহাপুরুষ স্বামী বিবেকানন্দ মোঙ্গাখরে, অদুবু বাংলাদেশতা অনৌবা যুগ অমা য়াওলক্লে। মবম অসিনা স্বামীজী অসি অনৌবা যুগকী লময়ানবনি। স্বামীজীনা পায়ম্মী—A band of young Bengalees—সেবা মন্ত্রদা লাইমিং লৌরবা থবক হৈবা অমস্নুং মশাগী ওইজবা পুংথা থাদোক্লবা বাঙালী পাথং কাংবু অমা পায়ম্মী। মখোয়গী শিংলিদি ইম্পাৎকুম্না থৌগনি, থবাক পাম্বোমনা য়েংরোৎকুম্না কনগনি অদুগা মখোয়গী মশাদা ব্রজদগীসু হেন্না কনবা অনিং পৰে লৈগনি। মহাপুরুষনা লাওরম্বা খোল্লাও অদু ঙসিসু মরক মরক্তা খোম্থাং য়ৈরি। মহাপুরুষনা পায়ম্বা অদু নিংবা থুংদ্রি। ভারত্তা ঙসি ফাওবা সত্বগুনা শেংলবা রজঃ শক্তি য়াকাইদ্রি—মশাগী ওইজবা থাদোকপা, ব্রত চেৎপা ক্ষেত্রি মচা থোরকত্রি। দেশকী মচোই মচোই কাইনিং কাইনিং ভোরবা মতম অসিদা স্বামীজীগী ত্যাগনা লংলবা কর্মগী ক্ষীদমতনা লমজিং মৈরা ওইগনি। অসি নত্তনা লৈবাক্কী হিংনবা পাম্বৈ অতৈ লৈতে—নান্যঃ পন্থা বিদ্যতে।

## জৈরৈবাক্কী সেবা

### (শিষ্য অমদা হায়বা স্বামীগী রাহৈ খরা)

রাহং :— স্বামীজী, অঙকপা ফংবা ঙাংবা হৈবগী শক্তিনা ইউরোপ অমস্নুং আমেরিকাবু নিক্লম্নগা ভারত্তা হল্লকপা মতম অসিদা তুমিন লৈবিরিবা করিগীনো ?

পাওখুম :— ভারতদি হান্না মকম শেন্বা ভাই। মোংচুপকী লমদি য়াম্না লৈহাও চেল্লি। চানিংভাই থক্লিংভাই লৈত্রবা, চাক থক্তবমা মম্লাং কংলবা, লাইমা পক্লবা প্রজাশিংগী পোক্লকম ভারতা ঐনা লেকচার ফেকচার তৌরুদুনা করি কান্ননি? মশাগী বাকল খাদোক্তুনা মমামগী সেবাদা মথবাই কপ্পোকপা তম্বা—ত্যাগী পুরুষ থম্না অহানবদা দরকার ওই। ঐনা মঠ লিন্তখৎতুনা অসিগুম্বা ত্যাগী পুরুষ থম্না শেমগৎনবা থৌরাং তৌরি। মখুম ফারগা মখোয় অসিনা মী পুম্নমকী থোডজিন্দা চডদুনা মখোয় মখোয়না ওইরিবা ফীভম অদু শেংনা শেংনা খঙহনগনি। ফীভম অদু কয়ম হায়না ফহনগদগে হায়বগী মরমদা ত্যাগীশিংনা মম্লামদা ভাকনি; অদুগা লোইননা ধর্ম্মগী লেংত্রবা অচুম্বশিংদু ঈশিংগুম শেংলবা অমসুং চম্লবা লোন্দা মীয়ামদা খঙহনগনি। উত্রা—মোংপোকথংবা অভিয়াদা মভাল ফাওরক্লে—মুমিৎ খোয়কদনা কুইদ্রে। নখোয় ভসি নকি ভাখৎলো—সংসার সংসার হায়দুনা ওইজবতা তাল্লগা করি ওইগনি—মখোয়গী থবক্তি লৈবাক লৈবাক্তা খুন খুন্দা চংদুনা অমম্বা লোকমুংদা তারিবা ভারতকী প্রজাশিংদা লমজিং মৈরা ওইদুনা মতেং পাংবা, পাওতাক পীবা অসিনি। শিক্ষা ফংদ্রবা, ধর্ম্ম য়াওদ্রবা হৌজিক্কী ফীভম অসি মখোয়দা শেংনা তাকউ অদুগা হায়য়ু—"ইচিন ইনাওশা হৌগৎলো, য়াকাইয়ো, কয়া কুইনা তুমখিগদগে?" অদুগা শাস্ত্রগী অচুম্বদু অচম্বা লোন্দা খঙহল্লু। অদুককুইবসি ব্রাহ্মণশিংনা ধর্ম্ম অসিবু মনোপোলী তৌরম্মী। মতমগী ঈচেম্না মনোপোলী থম্বা য়ারকত্রবা মতম অসিদা মুৎনাইদ্রবা

ধর্ম্ম অসি প্রজা পুম্নমক্কী মফমদা শন্দোকউ। পুম্নমক্কা খঙহল্লু—ব্রহ্মণগুম্না ধর্ম্মদা মী পুম্নমক্কী অধিকার লৈ। মসিগী অগ্নিমন্ত্র অসিনা চণ্ডাল ফাওববু লোখৎহুনা নাম কাম্বিয়ু। অদুগা য়াম্না অরাইবা অমসুং অচম্বা লোন্দা মখোয়গী লল্লোন-ইতিক থবক-ইনখাং মওং চুম্নবা অমসুং চাউখৎনবা পাওতাক পীয়ু। মত্রবদি মখোয়না হৈরকরিবা লাইরিক অদু অরেম্বনি, মখোয়না বেদ বেদান্ত তন্ত্র রিবস্থু অরেম্বনি অমসুং অরাবগী মশক্তি। পুন্সি ঈপাক্তা চোংথো—মুমিৎ খরদংগী ওইরবসু থবক তৌরম্মু। জগৎ অসিদা পোক্লরবনিনা দাগ অমদি থানবা হোৎনৌ। মত্রবদি উ রা অমসুং নুংগীসু পোকপা শিবা নাই হায়দুনা উ বাগুম্না পুম্নিংবরা? পুম্নমক্কা মন্ত্র অসি খঙহল্লু—“মখোয়গী মশাদা মপান নাইত্রবা শক্তি লৈরিবনি। শক্তি অদু য়াকাইহনগদবনি।” মশাগী মুক্তি তান্দুনা করি তৌননি? মশাগী মুক্তি তানবসু য়াম্না ওইজবা তানবগী খুদম্নি। মংগী ধ্যানতপ থমখে', মংগী মুক্তিফুক্তি লংশেকখো—ঐনা তৌরিবা থবক অসে মসিদা য়্যাওরখো। অদুদা মখোয়না হান্না মফম শেমখিদবনি। ঐগুম্না বিবেকানন্দ লিশিং লিশিং পোক্তুনা বক্তৃতা তৌরখিনি, মদুগীদমক্তা করিসু চিন্তা লৈতে। উদ্রা—মহানবদা শক্তি করিমত্তা লৈত্রবনি হায়না খল্লম্বশিংদু হৌজিক্কি সেবাশ্রম, অনাথআশ্রম, চাক তাংবা তেংবাং মরুপনচিংবা লিঙখৎলক্লে। উদ্রা—নিবেদিতা অসি ইংল্লেণ্ড নিঙেঙাল ওইদুনসু মখোয়গী 'সেবা তৌরি। অদুগা মখোয়দি মজাতিগী সেবা তৌবা ওল্লোইদরা? লাইখোক লাইচৎ খোকপা মফমদা, জীবশিংনা অরাবা তাবা মফমদা, চাকতাংবা মফমদা চৎল্লু .

থবক তৌরু। থবক অদুদা শিন্নবস্তু শিদোক্নি। মং ঐগুম্বা তীল অমমা শিবদা জগৎকী কন্নি মাংবা কন্নি ওইজবা? য়াম্না চাউন্নবা উদ্দেশ্য অমগীদমক্তা শিদোকউ। শিবদি শোইদ্রবনি, অদু ওইন্নবদি অরুবা মরম অমগীদমক্তা শিবনা কৈ। রাখল অসি মুমথোং থুদিংদা শন্দোকউ, মশাগী অমস্তুং লৈবাকী মঙ্গল ওইগনি। মখোয়না দেশকী আশানি। মখোয়না থবক তৌদনা মতম মাংহন্নগা ঐ য়েংবা য়াম্না রাই। থবক তৌ, থবক তৌ। থিন্থরগনু অশিবদি নোংম নোংমগী মকশিল্লকলি। কোম্না তৌগে হায়রনা থক থমগনু—অদু ওইরবদি কন্নিমত্তা ওইরমোই।

## থবক অমস্তুং থবক্কী মন্ত্র

(কালিফোর্নিয়াদা খৃঃ ১৯০০ গী জানুয়ারী তাং ৪ দা পীখিবা বক্তৃতা)

ঐগী পুন্সিদা ঐনা তমলকপা খ্বাইদগী মরু ওইবা পান্নাদি থবক্কী পাম্বৈদস্থু থবক্কী পন্থুংকমগুম্না ঐখোয়মা পুক্লিং চংগনি হায়বসিনি। ঐম্না পান্না অসি অচোবা মী অমগী মক্কমদগী তম্লকই অমস্তুং মী অদুগী পুন্সিমক্তা হায়রিবা রাক্কম অসিগী অরংবা থুদম ওইরম্মী। পান্না অসিনা মরম ওইদুনা ঐনা অয়াম্বা মতমদা কান্ন কান্নবা হীরম থত্তবা তম্মি। অদুগা হৌজিক ঐ ভাব তাম্মে মতৌদি পুন্সিগী য়াইকবা অমস্তুং মাহে য়ানবা পৃম্নমক হায়রিবা রা অসিদা হায়বদি থবক্কী পাম্বৈদা পন্থুংকমগুম চপ চানা পুক্লিং চংবা হায়বসিদা লৈরে।

ঐখোয়গী অচোবা দোষ অমদি মসিনি মদুদি ঐখোয় অসি মুন্নিৎ চুপ্পা অরাপ্পা ক্ষিদম অদুতগু তাম্মে। ক্ষিদম অসি ঐখোয়গী

মিত্তা য়াম্না শুক্নাৎনিংঙাই ওই। মসিনা ঐখোয়বু অসি য়োৌনা চিংশিল্লি অমসুং ঐখোয়গী থম্মোয়দা অসি য়োৌনা চাউনা ফমফম কল্লি মতুদি ঐখোয়না মসিগী অকুপ্পা মরম পূম্নমক অদু উবা ঙমদে।

অদুবু থবক্না মকৈ য়াল্লক্ত্রবা মতমদা ঐখোয়না কূপ্না অমুক্তং নৈমম্ববদি থবক্কী পাম্বেশিং কূপ্না শেন্নহৌদদুনা থবক চামগী মন্সুংদা মরিফুত্তরামাপল শোইরিবনি হায়বসি খঙব ঙমগনি। ঐখোয়না হৌজিক তৌগদবদি পাম্বেশিং অসিবু হান্নবা মপূং ফাহনবা, চেৎহনবা অসিনি। পাম্বেশিং অসিবু হান্নবা চেৎনা অমসুং চংখোম্না নৈরবদি পম্বূংকম অদুদি শোইদ্রে হায়বা য়াই। উনা লেংলিবসি মুংশিৎনরি হায়বসি ঐখোয়না কাওথোকই। উনা মতোমতনা লেংবা নত্তে, অসিগুমদুনা থবক হায়বসি পাম্বেনা মরম ওইদুনা থোকপনি। মরম ওইরিবা পাম্বে অসি চংখোম্না মপূং মরা চেৎনা অমসুং খুত্তম চেৎনা নৈত্রবদি তাল্লিবা থবক অদু য়োবা ঙম্লোই। ফিদম অমসুং য়োৌনবা পাম্বে অদু অমুক্তং লেপথোক্লবদি ফিদম অদুগী মরমদা ঐখোয়না খল্লুদবা য়ারে; মরমদি পাম্বেশিং অদু ফজনা থোৌরাং তৌরবদি ফিদম অদুদি শোইদনা য়োৌরগদবনি। মরম ওইরিবা পাম্বে অদুবু নৈরবদি থবক্কী মরমদদি থোইনা অরুবা নৈত্রে। পাম্বেশিং অসিবু শোইদনবা ঐখোয়না মিৎকুপ থুদিংগী চ্যোকশিল্লবদি থবক অদুদি মশানা অদুম্মক চ্যোকশিনজগনি। ফিদম অদু য়োৌবনা থবক্লি, অদুগা পাম্বেশিং অদুনা থবক্কী মরম্নি। পাম্বেশিংবু লুনা অমসুং চ্যোকশিন্না হোৎনবা হায়বসি পুন্সিগী অথুপ্পা মন্ত্রনি। হায়রিবা য়াকম অসি ঐখোয়না গীতাদসু থেংনৈ। গীতাদা ঐখোয়বু থবক

তৌ, লেপ্পা নাইগনু অমসুং ফিভম থুদিংমক্তা তৌমি তৌরিবা থবক্তা থন্নাই হকচাং লুপু হায়না তাকপিরি। অদুগা অমুকস্ থবক অদুনা পামশিল্লুবা হায়রবদি য়াম্না রাগ লৈরুবা হায়বতুদি থোকহনগনু হায়রি। মসিগী অর্থদি কন্নিগুম্বা থোদোক অমত্তনা ঐখোয়বু থবক্কী মিৎ চোইহল্লোইদবনি; অদুগা অমুকস্ ঐখোয়না নিংলকপা মত্তমদা থবক অদু ঈরাই লাইনা থাদোক্কদবনি হায়বনি।

ঐখোয়গী পুন্সি অসি অমুক্কং মুন্না য়েংলবদি উগনি মতুদি ঐখোয়না কন্নিগুম্বা অপাম্বা থবক অমা লৈজবা শক্তি পুখোক্তুনা নোম্মি। থবক অদু মহে য়াম্রবা ফাওবদা ঐখোয়না থাদোক্কে। থবক অদুনা ঐখোয়বু বাহল্লে, নংহল্লে থঙলবা ফাওবদা ঐখোয়না মদুতবু তারে। তৌরিবা মতৌ অসি ঐখোয়গী অম্বাবগী থাক্তগী চাউবা মরুনি। খোজমুনা খোইহী চুপ্পা লাকই, অদুবু মথোং অদু খোইহী চকুগা নপশিন্নখ্রে, মহাক শত্তোকপা ঙমদ্রে। থোদো অসি ঐখোয়স্ হন্না হন্না তৌই। মসিনা তাইবংপানগী অথুপ্পা মরোলনি। ঐখোয় তাইবংপান্দা কন্নিগী লাকই? ঐখোয় খোইহী চুপ্পা লাকই, অদুগা ঐখোয়গী খোং থুং পূন্নমক নপশিনখিবা ঐখোয়না উই। ঐখোয়না ফাগে হায়না লাক্লগা ঐখোয়তুম লাংদা থুরে। ঐখোয়না তোগ তোগে সুংতাইগে হায়না লাকপনি; অদুবু ঐখোয়বুতুম তোগ তোখ্রে। ঐখোয়না বায়েলগে লাকপনি; অদুবু ঐখোয়বুতুম বায়েমখ্রে। ঐখোয় থবক শিনবা লাকপনি; অদুবু ঐখোয়বুতুম শিজিন্নখ্রে। মতম পূম্নমক্তা ঐখোয়না মসি উই, অমসুং পুন্সিগী হীরম থুদিংমক্তা মসি চংশিল্লকই। ঐখোয় অসি অতোপ্পা মীগী

য়াথল্লা থৌরি, অদুগা ঐখোয়না অতোপ্পা মীগী য়াথল পূক্লিং থৌনবা থৌরাং তৌরি। ঐখোয়না পূন্সিগী নুংঙাইবা পূম্বা ভোগ তৌনিংই, অদুগা নুংঙাইবশিংসিনা ঐখোয়গী মরু ওইবা ইন্দ্রিগী ময়োলদি চাথৎলি। ঐখোয়না প্রকৃতি হায়বদি মহৌশা লাইরেম্বীদগী পোৎ থুদিংমক শুমদুনা লৌগে লাক্লি; অদুবু মমৈদদি প্রকৃতিনা ঐখোয়দগী পোৎ থুদিংমক অমুক লৌশিনখ্রি অদুগা ঐখোয়দগী শিৎ নাম লৌথোকখ্রগা লমথাংদা হুপ্পেকলম্মি।

মতৌ অসিবু নৎলমদ্রবদি পূন্সি অসি য়াম্না নুংঙাইরমগদবনি। অদুবু করিস্থ থল্লুনু। তাইবংগী অয়াবা নুংঙাইবা, মায়পাকপা, পাক্কবা অসিগী মরক্তা লাংদবু থুদবা ভম্লবদি তাংথক মাইদনা নুংঙাইবা থুক্কম ফংবা য়াগনি।

ঐখোয়না পামশিল্লুই, ঐখোয়না লাংদা থুরুই; মরম অসিনা ঐখোয়না অয়াবা ফংই। গীতানা, মরম অসিদগী, হায়রি—থবক তৌ, তত্তনা থবক তৌ; অদুবু পামশিল্লবদি তৌগনু, লাংদদি থুরুনু। ফনমক নুংশিদুনস্তু, ফনমক পামদুনস্তু, থাদোকপদা থগ্মোয় ফমা শোক্তুনস্তু থবক থুদিং থাদোক্কে হায়বা মতমদা থাদোকপা ভম্বগী শক্তি চেন্নু। হায়রিবসি অশোনবা মীনা ভম্বা নত্তে। অশোনবা মী হায়বসিদি ইহলোক অমসুং পরলোক্তা মফম লৈতে। অশোন-বনা মীনাইগী লম্বীদা চৎলি। অশোনবনা হকচাংগী অমসুং পূক্লিংগী অয়াবা পূম চেম্নকই। অশোনবা হায়বসি অশিবনি। ঐখোয়গী অকোইবদা তীনকুপ লিশিংলক্কা লৈরি। ঐখোয়না শোম্মদুনা তীন-শিংগী লম্বী ফাত্রবদি তীনশিংসিনা ঐখোয়দা করিমত্তা তৌবা ভমদে।

অহাবগী তীন কোটি কোটি অকোইবদা পাইরম্বা য়াই। পাইরসনু, ঐখোয়গী পূক্নিং হকচাংনা শোম্বদ্রিবা ফাওবা মখোয়না ঐখোয়দা মকশিল্লকপা ঙম্মোই। শক্তি চেনববু হিংসা কৌই, অশোনবমা অশিবনি। শক্তি লৈবনা য়াইফনা পাল্লি, মখোয়গী পুন্সিদি অমরনি, হৌবা খম্বা নাইদে। অশোনবা হায়বসিনা তত্তমা অরা অনা মংবনি, অমসুং অশিবনি। হায়রিবা ব'কম অসি য়াম্না লুপ্রবা অচুম্বনি।

কাম হায়বদি অপাম্বা হায়বসি ঐখোয়গী মুংঙাইবা পুন্নমক্কী মরু ওইরি। মরুপ মপাংদা, পূক্নিংগী অমসুং থম্মোয়গী থবক-শিংদা, অমসুং মপানগী পোৎলমশিংদা ঐখোয়মা খোইদাক্লই। অদুবু মখোয় অসি নত্তনা কনানা ঐখোয়গী অরাবা পুরকপগে? মুংঙাইবা ফংনবা অপাম্বা থাদোকদবনি। অপাম্বশিংসি ঐখোয়না থাদোক্লিংবা মতমদা থাদোকপা ঙম্নবদি অরাবা হায়বদু লৈরোই-দবনি। অসিগুম্বা কর্ম্ম অমবু থবাই হকচাং য়াওনা তৌরগা কর্ম্ম অদুদগী মানং তৌনা থাদোকপা ঙম্বা মা অদুত্তনা প্রকৃতিগী মক্কমদগী খ্বাইদগী অফবা মরল ফংগনি। ল্মৈরিবসি থবক ঙম্বগী শক্তিগা থবক থাদোকপগী শক্তিগা চপ মান্নবা লৈনবা হোৎনবসিনি। করিগুম্বা পোৎ অনতা পামদবা মী য়াওই। মখোয়না মুংশিবা হৈত্তে, থম্মোয় কল্লি, করিগুম্বা পোৎ অমদা খোইজংবা লৈত্তে; মখোয় অসিনা পুন্সিগী অরাব পূম্বা শাম্মোকই। অদুবু চেকপন হায়বসি অরাবা নংদে, মসিনা মুংশিবসু খঙদে, মশাম্ব শোক্তে; অদুবু মসি চেকপন ওইদুনা অদুম্মক লৈ। অসিগুম্বা চেকপন অমা ওইগদোগী শরক্তি অপাম মুংশিগী লাংদা থুবমা কৈ।

মরুম অসিমা অপাম মুংশি য়াওদবা, থম্মোয় কনবা মী অদু পুন্সিগী অরাবা ফংদবগুম মুংঙাইবস্তু ফংদে। ঐখোয়না মতৌ অসিদি পামদে। মসিদি অশোনবগী মতৌনি অমস্তুং অশিবনি। অশোনবগী মহাও তংদ্রিবা অমস্তুং অরাবা নংদ্রিবা মী অদুগী আত্মা অদু মিৎকপ থোকত্রিবনি। মী অদুদি অইং-অশা ফাওদনা পংথরবনি। ঐখোয়না মসিমকস্তু পামদে।

অদুগা অমুকস্তু অপাম মুংশিগীদমক্তা ঐখোয়গী লৈজরা পাঙ্গল থেক্কুনা অতোপ্পা লাইশিংগীদমক ইশাবু মাংহনজবদা নত্তরা ঐখোইনা লাইশিংসিগী মথক থোংবস্তু পাম্মি। মপূংফানা চংখোললবা মী অমনা মুংশিবা পোৎশক অমগীদমক পাঙ্গল পোকই, অদুগা মসিগা লোইমনা পোৎশক অদুদা পূমলুপ লুপ্তুবস্তু ভস্মি। মসি করম্না ওইথোকই ? মসিদ ঐখোয়না তমগদবা মন্ত্র অম লৈরে।

চাক্লিবনা কদৌঙৈদস্তু মুংঙাইতে। চাকশিববু অতোনবনি হায়দুনা সমাজনা মুংশিবোই তুকচ্চবোই ভিক্ষা খরা খরা হাপ্লি। মসি ফংলগা চাক্লিবনা মুংঙাইতে।

ঐখোয় পূম্নমক চাক্লিবনি। মরমদি ঐখোয়না চৎলিবা মোয়্লিবা খুদিংমক অসি কান্নবা অমা ফংগনি হায়বগী আশাদা তৌই। ঐখোয় পূম্নমক লল্লোনবনি। পুন্সি অসি ঐখোয়না লল্লোল্লি, কনানা পূণ্যদা ওল্লি, অদুগা কনানা ধর্ম্মদা ওল্লি। অরাবনি! ঐখোয় অসি মুংশিবদস্তু লল্লোল্লি।

পুবা লংবা অমস্তুং লৈবয়োনবগী কারবার তৌরবদি লৈবয়োনবগী নিয়ম মতুংইন্না চৎপা তাই। কারবারগী মতম ফবা কত্তরা

লৈ, মমল অকা অকুম লৈ। ময়ম অসিনা মতম লৈবখিবিক্তা নোংলৈ অমগী ঋাথল কাওবা য়াদে। মসি মিংশেল য়েংবগুন্নি। মিংশেন্দা ঐখোয়গী মি তাই, ঐখোয়না শুগৎলগা মমি অদুসু শুগৎলি, ঐখোয়না মোল্লগা মমি অদুসু মোকই। মসিমি লৈবা য়োনবা অমসুং পুথোক-পুশিন হায়রিবসি।

ঐখোয় লাংদা থুই। করম্না থুই? ঐখোয়না পীরুতুনা থুবা নত্তে, ঐখোয়না কন্নিগুম্বা অমা আশা তৌরুবদগী থুন্নিবনি। সুংশিবগী মহুত্তা ঐখোয়না অৱাবা ফংই। ঐখোয়না সুংশিবা অদুগীদমক অৱাবা ফংনা নত্তে, ঐখোয়না থুম্লং পমলুবদগী অৱাবা ফংলিবনি। অপাম্বা লৈত্তবা মফমদা অৱাবা লৈতে। অপাম্বা অৱাৎপা হায়বসি অৱাবগী মরুনি। অপাম্বা হায়বশিংসি মহৈ য়ানবা য়ান্দবগী মিয়াম্না পূল্লি। অপাম্বশিংনা শোইদনা অৱাবা পুন্নকই।

থুম্লং পামদ্রবা, মপুংফানা ওইজবা থাদোক্লবা মী অদু থুাইদগী হেন্না মহৈ য়াল্লবনি—অমসুং থাঙ্গেশেংনা মহৈ য়ানবা অমসুং সুংডাইবা হায়বদু মঙোন্দা লৈ। মসি তাবদা মাতৈ চাদবগুম থোকই। পুন্সিসিদা ওইজবা থাদোকপা মীশিংবু ময়াম্না ঠগ তৌবিদুনা য়াম্না ৱাবগুম তৌদ্রদো? চুম্মি, ৱাবগুম তৌই। "ক্রৌষ্ট ওইজবা থাদোকই, অদুবু মহাকপু পাং তিংদুনা হাৎখি।" চুম্মি, অদুবু মহাক্না ওইজবা থাদোকপা অসিনা মী কোটি কোটিগী পুন্সি মহৈ য়াম্নবগী মরমসু ওইখি।

কন্নিগুম্বা অমতা পাম্নু্সু, থুম্লং ওইনা কন্নিগুম্বা অমতা আশা তৌরুম্নু। নংনা পীগদবা অদুম পীয়ু; অমুক নংঙোন্দা

মন্নাইনা হপ্পিনজরকনি—মতুংগীদমক হৌজিকমক্তি খল্লুসু। মতু লিশিং লিশিংনা পুবিরগা শোয়দনা মশাদা হপ্পিহল্লকনি—অদুবু পুক্লিংদি মতুদা হাপ্লোইদবনি। পীনবগী শক্তি লৈয়্ম, পীয়্ম - মসিনা লোইয়ে। পুন্সি চুপ্পগী পারাদি পীবনি হায়বসি মুন্না খঙউ। মংমা পীনিংদ্রবস্তু মহৌশানা শোইদনা নমতুনা পীথোকহনগনি। মরম অসিনা মশানা য়ানা পীথোকউ। মরমদি থেংলবস্তু ঙল্লবস্তু মহাক শোইদনা থাদোকপা তাবনি। মংমা তাইবংদা লন তানগে লাকই। মখুৎ খুত্রম শিংতুনা মংনা পাইশিল্লিবতু মহৌশানা চরম হেক মেৎপদা থাদোকদৌরিবনি। মংমা নিংলবস্তু নিংদ্রবস্তু শোইদনা থাদোকপা তাবনি। "থাদোক্লোই" হায়না হেক হায়বদা চৈফু লাকনি, অদুদগী চৈমাখোল ফংগনি। অরোইবদা খোৎখোৎপা থাদোক্লোইদবা মী অমতা লৈতে। ঈচেল অসিগী মায়য়োক্তা অদুক্কী মতিক চৎলিবমখৈ অদুক্কী মতিক মী অদু রাগদোবনি। ঐখোয়না থাদোক্লিংদবা অমসুং মহৌশাগী চুমথুবা নিয়ম অসিগী মতুং ইন্দবদগী ঐখোয়না রারিবনি। উমং-রামং কোক্লে, অদুবু ঐখোয়না মৈনিন ফংলি। সুমিৎনা সমুদ্রদগী ঈশিং চিংথৎলি, অদুবু ঐখোয়না কুংলবা নোং ফংলি। ঐখোয় অসি পীথোক-পীশিনগী যন্ত্র অমনি। পীথোক্লবা ঐখোয়না লৌশিল্লি। মরম অসিনা পীথোকপা মতমদা থুল্লংগীদমক করিমতা খল্লুসু। অদুক্কী মতিক য়াম্না পীথোক্লগা অদুক্কী মতিক নংঙোম্বা হপ্পিলকনি। কা অসিদা লৈরিবা সুংশিৎ অসি অদুক্কী মতিক থুনা হমদোকখ্রগা অদুক্কী মতিক থুনা মপানগী সুংশিৎ চংলকনি।

অসি নত্তদুনা কাগী থোঙ থোঙনাও অমসুং অদোম-অরাক পুরক থিংজিল্লবদি মনুংদা লৈরিবত্তু অদুম্মক লৈরনি, মপান্দগী চংলকপা ভয়রোই, অদুগা মনুংদা লৈরিবা পোৎচৈশিংদু পথরকনি, পুমথরকনি অমসুং হু ওল্লকনি। তুরেন্না অতং অথম লৈতনা সমুদ্ররোমদা চেম্থরি, অদুবু অতং অথম লৈতনা ঈমোংল্লি। সমুদ্র পাংনা চেল্লিবা ঈচেল অসি থিংগনু। হেক থিংলুরদ্রা অশিবা হায়বদু ওইগনি।

মরম অসিনা চাক্লিবা ওইগনু; অপাম্বা থাদোকউ। মন্নি পুন্সিগী খ্বাইদগী লুবা থবক্তি। লম্বীদা থেংনগদোবা থুদোংথিবশিংদু শঙ্কুকনু। খুদোংথিবশিংদু পুক্লিংনা লাম্বা ফংলবসু হকথেংনন্ত্রিবা মখৈ ত্তাংদাংবা থঙদে। অরাপ্পদগী লমহাং অমগী মওং চাওরাক্লা থক্লই। ফরে, মসিদা করি কাইবগে? ঐখোয়না থাঙ্গৈশেংনা লমহাং অদুবু থঙ্গদবদি ঐখোয় ইশামক্লা লমহাং অদুদা লৈরবা মত্তমদদনি। হোৎনবা খুদিং মহৈ য়ান্দ্রফাও, ঈখেং তাদুনা চিংখাইরবা ফাওবা ঐখোয়না খুদোংথিব মরক অসিদা ঐখোয়গী থম্মোয় মিংহল্লদনা ইশাদা লৈরিবা ঈশ্বরগী শক্তি ফুদোকদবনি। মহৌশানা ঐখোয়বু থুং হলহন্নিংই—থুংফুগী থুংথ অমা, মীনম্বগী মীনম্বা অমা, লৌমগী লৌনম অমা—অসুম হায়না ঐখোয়বু থুংহলহন্নিংই। মরম অসিনা থুং হল্লোই হায়রবদি, লাকশিনগে হায়রবদি অমসুং অপাম-মীহৌ লৈরোই হায়রবদি ঈশ্বরগী ওইবা অথোইবা শক্তি অমা চংই।

সুমিৎ থুদিংগী ঐখোয়না অপাম-সুংশি থাদোক্লবগী বাক্লেপ্ল লোই। ঐখোয়না ভুং হন্না য়েংই অমসুং অপাম সুংশিগী পোৎশক

অমম্লুং মীশকশিং উবা ফংই। হায়রিবা পোৎশিংসিনা ঐখোয়বু বাহনখিবদু থম্মোয়দা ফাওই। ম্লুংশিরুবগীদমক্তা ঐখোয়না নিংবা কাইবগী কোমদ পুংথরুই। অতোপ্পা মীশিংগী মথুক্তা ঐখোয় অসি মীনাই ওইরুরে, লোকখাদা তোইনা তারুরে। অমুক নৌছৌনা বারেপ তাই—"হন্দকতগীদি ইশাবু ইশান বারকচরগে, ইশাবু ইশানা ভম্না চৎলগে।" অদুবু বারেপ তাজে হায়বদু মভাই মতম অদু লাক্লগা হান্নগী হান্নগুম অদুম তোরকই। উচেক অদু লাংদা থুই, মাম্থোক্লবগী পোন মম্লুংদা ফ্রিং ফ্রিং চোংই। পুন্সি হান্নবসি মসিনি।

থুদোংথিবশিংদু ঐ থগুই। মখোয় অসি য়াম্না অকীবগী মশক্নি। মখোয় অসি থল্লুবদা মী অয়াম্বনা নিংহন্নদুনা আশা থাদোকই অমম্লুং পুকচেল শেংবা, অশেংবা প্রেম অমম্লুং ফজং-নিংভাই অমম্লুং লেমজনিংভাই ওইবা পোৎশিংবু থাজরক্তে। মরম অসিনা নহা ওইরিভেদা য়াম্না ভাকপিহৈরবম্লু থৌজান হৈরবা, মরাল ওইরম্ব অমম্লুং দোষ পক্লমদবা মীশিংন অহল ওইরক্লবা মতম্দা মাম্থুম্বী উপ্পা মীমম্বা ওইরকই। হান্নরিবা মীশিংসিগী পূক্লিং অসি কোচিকোৎলাংনা থল্লি। মপাম্লোংদা ফজনবা থুজিন তোই। মখোয় অসি শাওগন্দে, বা পংনা ভাংদে। মখোয় অসি বা ভাংবনা কবলি; অদুবু মখোয়গী থম্মোয় অদু শিবা মরম্না বা ভাংদে। মখোয় অসিনা শাওম্লু শাওদে, চৈশু চৈদে; অদুবু মখোয় অসি শাওবা ভম্বনা কবনি, চৈবা ভম্বনা শরুক জিশিং হেম্না কধনি। অদুবু মখোয় হৈম্নবোই, ভম্নবোই। মখোয়গী থম্মোয়দা অশিবা লৈ, মরমদি থখোয়

অদু অইংবা মথুংদা নমথখিবা মরম্না করিমতা তৌবা ঙমদ্রে, চৈ-থাংবা ঙমদ্রে, অয়াকপা যাহৈ অমা ফাওবা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে।

মসি পুন্নমকসি ঐখোয়না হুপ্লেকদবনি। মরম অসিনা অথোইবা ঈশ্বরগী শক্তি অমা চংই হায়রিবসিনি। মী অথোইবগী মগুনসু ওইবা য়াদে। ঈশ্বর অথোইবগী শক্তিতনা লানবা ঙমগনি। মসিগী শক্তিতনা জঞ্জাল, অরা-অনা পুন্নমক অসি ইশাশোক্তনা লাপ্তোকপা ঙমগনি। ঐখোয় ইশা কেন্না য়াই, চিংথেকপা য়াই অদুন্নদি ওইরগা ঐখোয়গী থম্মোয়দি অসুম অসুম অরাংবা থাক্তা কারকনি।

হায়রিবা থবক অসি য়াম্না লুই ; অদুবু তত্তনা শাজেন তৌরগা অরুবসি লাপ্তোকপা ঙমগনি। ঐখোয় ইশানা কায়হৌরুদ্রিবমথৈ করিগুম্বা ফত্তবা অমতা থোক্লোই হায়বসি মুন্না খঙ্গদবনি। হকচাং অসিনা মখোং শোমদ্রিবমথৈ করিগুম্বা লাইনা অমগী মরু পোকথাইবা ঙমদে। অনাবা হায়বসি ভীল ঙাক্তনসু পোকহনবা নত্তে, ঐখোয়গী ইশাদা হান্নরা লৈরবা করিগুম্বা স্বভাব অমনসু পোকহল্লি। ঐখোয়না মতিক চাবা পোৎ অদু ঐখোয়না ফংবতনি। মরম অসিনা মাপন পুম্বা থাদোক্তুনা মসিমতং খঙসি মদুদি অরাবা হায়বসি কদৌডৈনসু মতিক চাদনা ফংবা নত্তে। মতিক চাদবা চৈকু লৈতে, ঈথুংনা লম্বী য়াংলুদবা ফত্তবা অমত্তা লৈতে। ঐখোয়না মসি মুন্না খঙকম থোকই। মশাবু নশানা বিচায় তৌদুনা অমুক্তা য়েংউ, উগনি—ফংখ্রিবা চৈকু খুদিংমক নশানা শেমজখিবা ঙাক্তনি। মংনা তথ্যাই অমা অদুগা মপানগী জগৎনা তথ্যাই অমা হাপ্লগা অরা অমা পুম্বা থোক্লিবনি।

জ্ঞান অসিনা ঐখোয়বু তপথহনগনি। অদুগা মসিগা লোইননা আশাগী মঙাল অমস্তু ফাওরকনি। আশা অদুদি মসিনি—"মপাননগী জগৎ অসি ঐনা লাক্লবা ভমদে, অদুবু ঐগী ইনাক্তা অমস্তুং ইশা মস্তুংদা লৈরিবা অসিদি ঐনা লাকশিনবা ভস্মি। অরা অনা অমস্তুং চৈনাখোন থোকহনবদা অনি অসি চংলবদি ঐগী শরুক অমদুদি ঐ পুথোক্লরোই হায়না লেপখ্রবদা অরা অনা করম থোকপা ভমগনি? ইশাবু ইশানা লাকশিনবা ভয়রবদি চৈক্ত অদু থক লাক্লরোই।"

ঐখোয় অসি অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা দোষ পূম্বা অতোপ্পদা থৈজিনবা হৈনরক্লি। ঐখোয় অসি অতোপ্পবু চুমথোকুবা পোক-লকপোই থল্লি, ইশাগীদি থক থল্লুবা লৈতে। ঐখোয়না অরাবা ভাবগা ঐখোয়না হায়, "আ! সংসার অসি ভূত প্রেতকী মকোল ওইরে।" ঐখোয়না অতোপ্পবু শাপ তৌই, অমস্তুং চৈ, "করাদা পংথবা গাথাশিংনো!" অদুবু ঐখোয়না তশেংনা ফরবদি করিগী-দমক অসিগুম্বা সংসারদা লৈগনি! সংসার অসিদা ভূত ডাক্তা লৈরবদি ঐখোয়স্তু ভূত ওইগদবনি নত্রবদি কদাইদা চেল্লুখি? "আঃ সংসারগী মীশিংসি ওস্তোক্লা মতলবী ওইখ্রে!" চুম্মি; অদুবু ওইজবা তানবা মতলবীশিংদুগা করিগী তিয়রুরি? মসিগী মরমদা থল্লু।

ঐখোয়না মতিকচাবা পোৎতবু ঐখোয়না ফংবনি। তাইবংপান অসি ফজে, ঐখোয়দি কৈ হায়রবসিমুক মচিন থিবা অতৈ অমুক লৈত্রে। মসি কদোইভৈদস্তু ওইথোক্তে। তমথিরবা মীনম্বা অসি ঐখোয়না ইচিন্না হেক হেক হায়।

তমগদবা অহানবা পারাদি অসিনি—অতোপ্পবু শাপ তৌগনু, মপান্থোংদা দোষ থৈজিনগনু। মী অমা ওইনা লেপ্লু অমসুং দোষ পূল্লমক নশাগীনি হায়বসি খঙউ। মসি মতম পূল্লমক্তা চুল্লবা ৱাফম্নি হায়বসি খঙলক্কনি। নশাবু নশানা ৱারকউ।

মীওইবগী মপোকপু লাইপোক্নি হায়না থাগৎলে। মীওইবা লাইনি, মীওইবনা ভমদবা লৈতে, মীওইবগী মশাদা অমকপা লৈতে, দোষ পক্তে, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না থাদোকপা ভম্বনি—অসিনচিংবা হায়রগা মিৎকুপ অমগী মনুংদা নুংঙ্গেং অমা থুদি থিরুবদা নপ্রগা অঙাং অমনা ঐখোযবু চৈন'খোন খজিক্তুং পীরক-পদা ঐখোয়গী ইশাদা চৈনাখোন অমসুং অশ'ওবা ফাওই। লাইনিদি হায়রগা লম্বীগী অপংবা অমনা ফাওবা ঐখোযবু শাওহন্দুনা লংনরি—মসি খল্লুবদা ঈকাইদ্রা? ঐখোয়না থাঙ্গেশেংনা লাই ওইরবদি মসি থোক্কদ্রা? সংসার অসিনা লানবনি হায়বা চুমগদ্রা? পূমশেং শেংবা লাই ওইরম্লবদি করিম্থু লৈত্রবা ঠগ অসিনা ৱাহনবা ভমগদ্রা? নখোযনা থাঙ্গেশেংনা থাদোকপা ভম্লবদি লাই ওইগদ-বনি। মতমতুদা তাইবং কনানা নহাকপু শোকপা ভমগদগে? নরক্কী তরেৎ শুবা মরোল অদু তান্না চৎলব ফাওবা নশাদা করি-মতা শোক্লোই, করিগতা দাগ লৈরোই। অদুবু ঐখোয়না ৱারোই, মপানগী জগত্তা দোষ তৌই। মসিনা ঐখোয়সি ইশানা থাগচ্চ-রিবা থাক অদুদা য়োদ্রি মপানগী ঈরাংদা লুপ্লি হায়বসি শেংবা তাকই। মপানগী জগৎ অসিনা ঐখোয়বু ওৎলি হায়বসি খল্লিব-মথৈ ঐখোয়না অরাবগী মথক্তা অরাবা হাপকৎলি। ঐখোয়না

হায়, "আঃ ভূতপ্রেতকী [illegible]! [illegible] অসিগা ঐবু ওৎলে; মী অদুনা ঐবু মাংহল্লে"। [illegible] ঐখোয়না অৱাবদা চিন্থিবা অমস্ত [illegible]।

ঐখোয়না ভম্লিবমথৈ ইশা ইশাবু [illegible], অমস্তুং ৱারক-দবনি। অতোপ্পগী ৱাদা পূক্লিং [illegible]জিল্লোইদবনি। পাম্বৈশিংসি হান্নমা মপুং ফাহমখিসি, পন্থু ফম অদুদি মৱাইনা লোকচনি। মরমদি ঐখোয় ইশানা ফৱবতদা অমস্তুং শেংলবত্তদা জগৎ পূন্নমকস্ত ফৈ অমস্তুং শেংই। মসিন' পন্থুংফমনি। ঐখোয়না পাম্বৈনি। মরম অসিনা ঐখোয় ইশানা ইশাবু হান্না শেংদো[illegible] [illegible] [illegible] ফাহনখিসি।

## পূক্লিংগী পাঙ্গল

### ( কালিফোর্নিয়াদা খৃঃ ১৯০৯ গী জানুয়ারী তাং ৮ দা পীখিবা বক্তৃতা )

পৃথিবী পূন্নমক্তা, যুগ যুগ খুদিংগী লাইতিন্দা থাজবা অসি চৎনরক্লি। ঐখোয় পূন্ননক অঙকপা থৌদোক কয়া থোকখিবগী বা তাহ, অদুগা ঐখোয় অয়াম্বনা হকথেংননা অসিগুম্ব থৌদোক-শিং থেংনবস্ত য়াওরে। ঐ ইশামক্না থেংনখিবা থৌদোক খৱা লীগে। নিপা অমা লৈরম্মী। নিপা অসিদা কনাগুম্বনা কৱি-গুম্বা ৱাহং অমা হংগে হায়দুনা চৎপদি মচিন থোকত্রিভৈদা নিপাদুনা হেক্তা ৱাহংগী পাওখুম খুম্মি। নিপা অসি তুংদা খোকদোরিবা থৌদোকস্ত হায়বা ভম্মি হায়রৈ। ঐ নিপা অসিগী

মওং মতৌ য়াম্না য়েংনিংলে, মরম অসিনা মরূপ থবগা লোইনব! মহাকী মনাক্তা চৎলি। ঐখোয় খুদিংমক বাহং অমমম হংগে হায়না নিংই, অমসুং কাওখিদনবা ঐখোয়গী বাহৈশিং অদু চে মচেৎ অমমমদা ইশিল্লি। মকমদু য়ৌরগা নিপা অদুনা ঐখোয়বু হেক উবগা বাহংশিংদু মথং মথং হায়রকই অমসুং বাহং খুদিংগী পাও-খুম পীরকই অদুদগী মহাক্না চে মচেৎ অমদা কবিনে! অমা ইবগা থুপচিল্লে অদুগা মদুগী মনমদা ঐবু সই ভৌহল্লগা হায়রকই, "মসি য়েংলুসু, ঐনা হংলত্রিবা ফাওবা ফুরিৎখাওদা হাপ্তুনা থম্মু।" অসুম্না ঐগী মরূপ খুদিংমকসু তৌরে। মসিগী ভুংদা ঐখোয়গী পুন্সিদা ভুংদা থোকলকদবা থৌদোক থরা হায়রে। অদুদগী মহাক্না হায়রকই, "কবিগুম্না লোন অমদগী মখোয়মা পাম্বা বাহৈ অমা নত্রগা বাহৈপরেং অমা থল্লু।" ঐমা মিপা অদুনা হৈতবা সংস্কৃত লোন্দগী য়াম্না শাংলবা বাহৈপরেং অমা থল্লম্মী। অদুদগী ফুরিৎখাওদগী চে অদু লৌথোকউ হায়না ঐখোয়দা হায়রম্মী। ঐগী সংস্কৃতকী বাহৈপরেং অদু চে মচেৎ অমদা ইদুনা লৈরম্মী। বাহৈপরেং অসি মহাক্না হান্নমা ইশ্রবমি। অদুগা লোইনমা মসিমসু ইরম্মী—"ঐনা ইরিবসি চুম্মি হায়বা ভাক্লনবা মিপা অসিমা বাহৈপরেং অসি খনগনি।" মসি চুম্মি। অসুম ভৌদুনা মরূপ অমদসু থল্লু হায়রে। ঐগী মরূপ অদুনা আরবী লোনগী বাহৈপরেং অমা থল্লি। মিপা অদুনা আরবীদি সংস্কৃতগী হেন্না খঙলে। আরবী বাহৈপরেং অদু কোরান-দগীনি। বাহৈপরেং অসিমক চেদা ইদুনা লৈরম্লে।

অত্তোপ্পা মরুপ অমমা ডাক্তরনি। মহাক্না জর্মনগী হীদাক লাইব্রেরীগী বাহৈপরেং অমা খল্লম্মী। বাহৈ পরেং অসিমক চেদা ইতুনা লৈরম্মী।

মুমিৎ কয়ানিমরুম লৈরগা ঐনা নিপা অসিদা অমুক চৎলুই; মরমদি অহানবগী থোঁদোক অতুদা মহাক্না ঐবু চালাক তৌথ্রমাল্লে খল্লুই। ঐনা মরুপশিংগা লোইননা চৎলুই। হন্দকস্থ নিপা অদু য়াম্না নিংথিনা মমায় পাকখি।

অমুক্না ঐহাক হায়দ্রাবাদ সহরদা চৎলুই। মফম অসিদা ব্রাহ্মণ অমনা পুথোককম খঙদনা পোৎচৈ কয়ামরুম পুথোকপা ঙম্মি হায়নরে। নিপা অসি মফম অদুদা কারবার তৌই অমসুং ভদ্রলোক অমনি। ঐনা মঙোন্দা মহাক্কী মিত্রং অদু উৎপিনবা হায়রে। মতমদুদা নিপা অদু অরুম হোঁদুনা মারম্মী। সাধুনা শোক্নগা অমাবা কোকই হায়না থাজনবা অমা মতমদুদা ভারত্তা লৈরম্মী। ব্রাহ্মণ অদুনা মকোক্না ঐবু শোকপিয়ু হায়ররে। ঐনা হায়রম্মী,—"য়াম্না ফৈ; অদুবু মিত্রংদুদি অমুক্তা ইমাংদা উৎলু।" মহাক্না উৎকে হায়না হায়রম্মী। মহাক্না নিংবা মতুংইন্না ঐনা মকোক্না শোকপিরে, অদুদগী মহাক্না মাগী বাশক ভাক্নবা শেম শারে। ব্রাহ্মণ অসি নিংথ্রী শেৎলম্মী। অদুদগী ঐখোয়না মশাদগী পোৎ পুম্নমক শৃৎ মাম্না লোঁথোক্নে। ঐ কম্পোর অমা ইল্লম্মী। ইস্থমথা ওইবা মরম্না ঐনা মঙোন্দা কম্পোর অদু পীরগা ব্রাহ্মণ অদুবু কাচিন অমদা ফমহল্লম্মী। মী কুনমঙাগী মমিৎশিংনা মাবু মুম্না য়েংদুনা লৈরি। ব্রাহ্মণ অদুনা হায়,—"হোঁজিক, ইবিনিংবা

অমা ইবিরো।" ঐখোয় পুম্নমক ভারত্তা খক হৌদবা উহৈ-ৱাহৈ-শিংগী মমিং ইরে। ইবা লোইরগা চেক্লেৎশিংদু মঙোন্দা পীরে। অদুদগীদি মাগী কম্পোার মথাদগী অঙ্কুর চরোং চরোং, কমলানচিংবা হৈ বড়া বড়া পুথোরক্লে। পুথোরক্লিবা হৈ-ৱাশিংদু ওল্লবদি মঙোন্দগী লৃম্বা শরুক অনিরোম হেনগনি। মহাক্লা ঐখোয়বু হৈ অদু চাও হায়। অদুবু মাগী যাদু ওইরমগদ্রা হ'য়দুনা খরনা য়াদ্রে। অদুদগী মহাক মশামক্লা চাবা হৌরক্লে মানা চারবদুদা ঐখোয়সু চারে। হৈ অদু করিমতা শোইদে।

মমৈথংদা মহাক্লা গোলাপ মপৈ অমা পুথোক্লম্মী। গোলাপ-শিংদু তগৎ তগৎ তেকই, লৈনাশিংদা লিক্লা পকই, লৈমা অমত্তা ভুকথদে। ঐনা মঙোন্দা করম খোকহল্লিবনো হায়না হংলুবদা মহাক্লা খুৎকী চালাক্লি হায়না খুমলকই।

অমবু ওইরবসু মসি খুৎকী চালাক ঙাক্তদি নত্তে। অসুক য়াম্বা পোৎশিংসিবু মহাক্লা কদাইদগী ফংগদগে?

অসিগুম্বা অঙকপসিদি ঐ য়াম্না উরে। ভারত কোয়রবদি অয়াম্বা মক্ষমদা অসিগুম্ব' অঙকপশিংসি উবা ফংই। মসি লৈবাক খুদিংদা লৈ। অসিগুম্বা অঙকপশিংসি উংনবা হোৎনবদা ওইদবা চালাকসু য়াম্না য়াওই; অদুবু ওইদবা চালাক অদুসু অওইবগী মতৌ তম্লিবনি। অঙকপশিংসিগী মনুংদা অচুম্বা খরা লৈবা তাই, ওইদবনা অচুম্বসিবু মতৌ তমজবনি; মরমদি ইনৎ নত্তবা অমগী মতৌতম্বা ওইথোক্তে। মরম অসিনা মতৌতম্বা হায়বসি করিগুম্বা অচুম্বা অমগী মতৌ তম্বনি।

থাইনা মমাংঙৈদা চহি লিশিং লিশিংগী মমাংদা অঙকপশিংসি হৌজিক্তগী হেন্না ওইথোক্লম্মী। লৈবাক অমদা মী য়াম্না তাম্নবদি পূক্লিংগী পাঙ্গল হস্থবকমাল্লে নিংই। অ.চৌবা লৈবাক অমদা মী খরত লৈরবদি পূক্লিংগী তৌবা ঙম্বা হেনগৎলি। হিন্দু হায়বসি পোৎ খুদিংমক মচা থাইদুনা য়েংগনবা জাং অমা ওইবনা অচুম্ব-শিংসিগী মচা থাইদুনা য়েংলম্মী অমসুং লাইথাই তাদুনা পূক্লিংগী পাঙ্গলবু বিজ্ঞান অমা ওইনা নৈনরম্মী। অঙকপশিংসি তাইবংগী ওইনা অহানবদা উদ্রবস্তু মখোয়সি ওইথোকই অমসুং হৌনশানি হায়বসি মখোয়না উরম্মী। লেংলি-পাল্লিবনা নিয়মগী মখা পোনবগুম অঙকপশিংসিস্ত নিয়ম অমগী মখাদা লৈ। অঙকপা শক্তি চেনবা মী পোক্লিবসি মহৌশা লাইরেম্বীনা মচিং হৌদুনা তৌবা নত্তে। অঙকপশিংসি নিয়ম অমগী মখাদা খঙবা য়াই, তম্বা য়াই অমসুং হৈবা য়াই। বিজ্ঞান অসিবু হিন্দুশিংনা রাজ যোগ হায়না কৌই। ভারত্তা বিজ্ঞান অসি নৈনবা মী লিশিং লিশিং লৈ, অমসুং ভারতবাসী খুদিংমক্না নিতিগী লাই খুরুম্বদোনা বিজ্ঞান অসিবু নৈনৈ।

অসিগুম্বা অঙকপা শক্তিশিংসি পূক্লিংগী মমুংদা লৈ হায়বসি হিন্দুশিংনা খঙবা ঙম্মী। ঐখোয়গী পূক্লিং অসি জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী পূক্লিংগী শরুক অমনি। পূক্লিং খুদিংমক অতোপ্পা পূক্লিং খুদিংমক অতোপ্পা পূক্লিং অমগা মরী লৈনৈ। পূক্লিং খুদিংমক অমদবু লৈরবস্থ জগৎ পূম্নমক্না রারী শাই।

রাখল পোখ্বাংগী থৌদৌ উত্রিবরা ? মিপা অমনা অসিদা কয়গা রাখল অমা খল্লি। মহাক্না খল্লিবা রাখল অদু অতোপ্পা মফম অমদা কল্লিবা মী অমগী মশাদা ফাওই। মিপা অমনা রাখল অমা অথাপ্পদা লৈবা মী অমদা থানিংলে। অতোপ্পা মিপাদুম্না মঙোন্দা রাখল অমা লাক্লে হায়বসি খঙলে। মিপা অসিনা রাখল অদু হেক লাকপগা লৌশিল্লি। মসি শাজেন তৌরগা ওইথোকই, লাইগী নোংদম নত্তে। মসিদা লাপ্পা মকপগী রা লৈতে। অদুম্নদি ওইরগা রাখলনা চুমদ্রিং হেক্তা চৎলগা অতোপ্পগী মফমদা য়োক্নবা নত্তে। অহানবদা ঐগী রাখল অসি মুংশিৎকী ঈথক্তা য়ামশিনবা তাই। ঈথক অসিনা মহাক্কী থোপ মমুংদা হেক য়োৌবদা মহাক্না মদুবু অমুক নহাক্কী রাখন্দা শাগৎপা তাই। ঐনা রাখল অদু তরংগী ঈথক্তা তিনবা য়ানবা কুপ্পা কুপ্পা শাদোকই, অদুগা মহাক্না রাখল অদু অমুক শাগৎলি। মসি অরোঈবা থবক্নি। অদুগা টেলিপ্যাথী ( পুক্লিং লিপরূবা ) কৌবা বিজ্ঞান্দদি মসি শাদোক-শাজিন তৌদে, অপাম্নে।

মসিনা তাকপদি যোগীশিংনা হায়নবা পূক্লিং লিশাংগী মরীল লৈ হায়বসি তাকই। পূক্লিং হায়বসি জগৎব্রহ্মাণ্ডনা শিল্লি। ঐগী, নংগী অমসুং মাগী পূক্লিংশিং অসি সমুদ্রগী ঈথক মচা মচাগুম ব্রহ্মাণ্ডগী ওইবা পুক্লিংগী শরুক মচেৎ অমমম্নি। পূক্লিং লিশাং মরীল তত্তবনা ঐথোয়না অমগা অমগা রাখল পোখ্বাং তৌমম্নি।

ঐথোয়গী অকোইবদা তৌম্নিবসি ঐথোয়না উরে। পৃথিবী অসি ঈথিল্লি। হিংনবগীদমক হকচাং য়োকপদা শক্তি থম্না শিজিন্নপ্রবম্নু

লৈমহৌৰিবা শরুক অদুনা অয়ুক মুমিদাং থাইদনা অতোপ্পদা ঈথিল পীরি। ঐখোয়গী হকচাং, ঐখোয়গী ধর্ম্ম-কর্ম্ম, ঐখোয়গী জ্ঞান, ঐখোয়গী আত্মানা অতৎ-অথম নাইদনা অতোপ্পদা ঈথিন পীরি। মসি ঐখোয়গী অকোঙবদা তত্তনা থোক্লিবনি। খুদম অমা য়েংসি —নিপা অমা লাক্লগা নঙোন্দা পুং অমা চুপ্লা বা ঙাংলি। মহাক অসি পণ্ডিতনি, মাগী লোন্দা-পুদা য়াম্না চঙখোল্লি; অদুদ্মদি ওইরগা অরোইবদা নংগী থম্মোয়দদি মমি করিমতা থনমদে। অতোপ্পা নিপা অমা লাকই। মাদি বা খজিক্কমক ঙাংলম্মী— মদুসু মমৈ-মকোক নিংথিনা নাইদে, ব্যাকরণসু য়াওদে; অদুদ্মদি ওইরগা মহাক্না মমি য়ম্না চেৎনা থনম্মী। ঐখোয় অয়াম্বনা মসি উরি তারিবনি। মরম অসিনা বাহৈতমা মমি থম্ব ঙমদে হায়বসি ঐখোয়ন উরে। মমি তানবা হোৎনবদা রাখলসু বাহৈসু শরুক অদুম থোকপগী শরুক অমতমক থোদাং পুই; শরুক অনি অদুনা মী মশাহুনা পুজে। মী অমগী মত্তিক-মগুণ হায়বসি মী অদুদগী পোরকপা ঈথিন্না ঐখোয়দা য়ৈররিবা অসিবুনি।

ঐখোয়গী য়ুমশিংদা য়ুমগী মকোক লৈ। মখোয় অসি থরম্না জিংথিনা য়ুম পুক্ত, থরনা পুদে। ঐখোয়না থবক ঙমদ্রগা অতোপ্পবু য়ারোই। হোংবা চাউবা অসিনা ঐগী থবক থুগাইরিবনি, য়েৎলি-বদি অসিনচিংবা হায় থবক শোইরগা কনাগুম্বা অমতনা মশাগী মরালনি হায়না য়াবা তৌদে। মী খুদিংমক্তা মশা মশাবু লাক্কে তারিৎই অমস্তুং শোইবগী মরম পূম্বা অতৈদা মতম্রগা লাইবক্তা থৈজিল্লি। য়ুমগী মকোকশিংনা থবক শোইরগা য়েংগদবনি—অতৈদা

কজনা ঘুম পুরগা মখোয়না ভমত্রিবা করিগীনো? মুন্না য়েংলবদি খঙগনি মতুদি খেন্নরিবসি মী মীগী মতিক মঙাম খেন্নবদগীনি।

মীওইবগী লমজিং মৈন্না পায়রম্বা অচোব: মীশিংগী পুন্সি য়েংবদা মখোয়গী মতিক-মঙাম্না চাউরম্বনি হায়বসি খঙবা ঙম্মি। মমাংঙৈগী অচোবা কবিশিং অমসুং জ্ঞান লৈবা মীশিং য়েংসি। অশেংনমক হায়রবদা মখোয়না ৱাখল কয়াবু খল্লম্বগে? লমজিংবশিংনা ঐখোয়দা পীরম্বা ৱাখল অমসুং মখোয় খুদিংগী লাইরিকশিংতু অমুক্তা য়েংসি। পৃথিবী অসিদা ঙসি ফাওবদা খল্লকলিবা অশেংবা অমসুং অনৌবা ৱাখন্দদি খুজোকমুক্তনি। মখোয়গী লাইরিক পাবদা মখোয়গী ৱাখলশিংতু ঐখোয়দা য়াম্না ভক্না থোক্তে; অদুবু মখোয়গী মতমদদি মখোয়সি মতিক মগুণ লৈবা মহাপুরুষ ওইরম্মী। করিনা ওইহল্লিবনো? মসি মখোয়গী ৱাখলনা নত্তে, লাইরিক্না নত্তে, ঙাংলম্বা ৱানা নত্তে মসিদি হৌজিক্তি লৈত্রবা করিগুম্বা পোৎশক অমনা মখোয়বু মহাপুরুষ ওইহল্লম্বনি। হায়রসু হায়রে মীগী মতিক মগুন্না শরুক অহুম থোকপগী শরুক অনি শরুক য়াই, অদুগা মাগী জ্ঞান অমসুং ৱাহৈশিংনা শরুক অহুম থোকপগী শরুক অমতমক শরুক য়াই। ঐখোয়দা হৌজিক ফাওবা কাওরিবা ঈথিল অসি মখোয়গী মতিক-মগুন্নি। ঐখোয়গী থবক পুম্বা তুংদা লাকপা মহৈনি। মী অতুনা লৈরবদি মহৈ শোইদনা লাকনি; মরমদি, মরম লৈরবদি লেপ্পা মহৈ—ইন্নরকই।

মহৈ ভম্বগী ফিদমদি মী শেম্বনি। অদুবু মসিগী মতুঙ্তা মপান্ডদা য়ং তৈদুনা তোক্লে। মনুংদি ইহাম হাম্নগা মপান্দা তৈবদা

করি কান্নগনি ? ভিকপী তন্বীবগী উদ্দেশ্যদি মী অমবু চাউহনবনি। অকোইবদা লৈরিবা মীশিংদা ঈথিন পীরিব, মম্নগুম্না মীবু শুক্নৎলিবা মী অদু শক্তিগী কোক্ষু ওইরবনি। মহাক্না নিংবদা থবক থুদিংমক মহাক্না পাংথোকপা ঙম্মি। মাগী মতিক মগুণগী শউম হেক কংবদা পোৎ থুদিংমক লেংঙ্ক।

হায়রিবা ৱাক্ষম অসি ঐখোয়না থঙলবস্থ ভাইবংগী লেংলি পাল্লিবা অসিগী নিয়ম্না ৱাক্ষম অসিবু শন্দোক্না তাকপ ঙমদে। ৱামায়ণগী অমদি পদার্থ বিদ্যাগী কয়ম্বা নিয়ম্না মসিবু শন্দোক্না তাকমি ? ওক্সিজেন কয়ানা, হাইড্রোজেন কয়ানা, কার্বোন কয়ানা নত্রগা ভোঙাম ভোঙানবা মোলেকীউলস কয়ানা, সেল কয়ানা মী অমগী মতিকমঙন হায়বা থুপথুবা পোৎ অসিবু শন্দোক্না তাকপা ঙমগদগে ? অদুবু মী অমগী মতিকমঙন লৈ হায়বসি লেপ্পা থঙই। লৈবতা নত্তে মহাক্না ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরগা ময়াম্বু থোই, থবক তৌই অমস্থং মমান্নবশিংবু থোগৎলম্লগা তাইবং থাদোকই। মহাকী জ্ঞান, লাইরিক অমস্থং মানা ভৌরম্বা থবক অদুদি থোঙ্গুল ওইনা থরতা মমি ওইনা তাহৌবনি। মসি থল্লু। ধর্ম্মগী গুরুগা দর্শনশাস্ত্র হৈবা পণ্ডিতকা চাংদম্নৌ। পণ্ডিতশিংনা অঙকপা কংবা লাইরিক ইরমদুনস্থ মখোয়না মীওইবগী থম্মোয়লকা কাওনা পংনা চংশিনবা ঙমদে। ধর্ম্মগুরুদি হিংলিভৈদো লৈবাক লৈবাক কোইনা চৎলি। খেন্নরিবসি মতিক-মগুন্দা খেন্নবনি। পণ্ডিতকী মশাদা মতিকমঙম থরতা লৈ; অদুগা ধর্ম্মগুরুগী মফমদনা অঙকপা কংনা লৈ। পণ্ডিতকী মশাদা ঐখোয়না জ্ঞান কংই,

অদুগা ধর্ম্মগুরুগী মশাদমা অহিংবা পুন্সি ফংই। পণ্ডিতশিংগী মশামা ঐখোয়না উরিবা মতাল অসি রামায়ণগী মচম খরা তিন্নবগা ওইমকপা মতালনি, মসি ডান্দবসু য়াওই। অদুগ ধর্ম্মগুরুগী মৈ অসিদি মৈরাগুম্না পায়দুনা কোইনা চৎলগা অতোপ্পবু লমজিং পীবা মৈরানি। রাজযোগনা মীওইবগী মতিকমগুন হাপ্পা ফজা নিয়মশিং পুথোক্লে অমসুং নিয়মশিং অসি ফজনা চৎলবদি মী খুদিংমক মাগী মাগী মতিকমগুন চাউহনবা ঙমগনি হায়রি। মসি ওইথোকপা য়াবা থবকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবনি অমসুং শিক্ষাপূম্বগী মন্ত্রসু মসিনি। মন্ত্র অসি মফম খুদিংদা অমসুং মীপুম খুদিংদা শিজিন্নবা য়াই। য়ুম্মুরেন, লাইরবা, ঈনাকখুনবা, কাৱবারৱাল', সাধুসন্ন্যাসী অমসুং মী খুদিংমক্তা মন্ত্র অসি শান্নদুনা মাগী মাগী মতিকমগুন চাউখৎহনবা য়াই। লেংলি-পাল্লিবা পূম্নমকপু পূল্লিবা নিয়ম অদুগী মরুমদা খরা হেন্না কূপশিনবা নিয়ম লৈরি। হায়বদি মিৎনা উবা জগৎ, পূক্নিংগী জগৎ, অধ্যাত্মিক জগৎ হায়দুনা তোঙান তোঙান লৈবা নত্তে; তোইগুম্বসুং অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু পোৎ অমখক্তনি। অমরোমদা হায়রগা মসিদি মতোম অসুম অসুম ওইথখিবা মতৌনি—খ্বাইদগী পোবা পোৎ অদুবুনা হকচাং কোই, অদুগা খ্বাইদগী কূপ্পা অদুবুমা আত্মা কোই। ঐখোয়গী জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিসু তৌরিবা মতৌ অসিগা চপমানৈ। জগৎ অসি অসুম অসুম হুইথখিদুনা শম্নাদগী হেন্না কূপথি অমসুং মমৈথংদা ঈশ্বর ওইখি।

খ্বাইদগী হেনবা শক্তিদি অকূপ্পদা লৈ অপোৌবদা লৈতে'। মী অমনা অরাম্ব পোৎ অমা থাঙ্গৎপা মতমদা মাগী মপাম্বোম

অদু চাউখৎলকই অমসুং মশাপূম্বা পূমনোম মোম্বা মতৌ অমা উবা ফংই। মতম অসিদা মাগী মপাম্বোম অদু কল্লি হায়না ঐখোয়না নিংই। তৌইগুম্বসুং থাঙ্গেশেংবা কল্লিবদি লংলাযুক কূপ্পা শিংলি-শিংতুনি; ময়মদি শিংলিশিং অসিনা পাম্বোমগী পাঙ্গল নী। শিংলি অমসুং হেক থদত্তুনা পাম্বোমগী পাঙ্গল হেক পীদবদা পাম্বোম অদু থবক তৌবা ঙমদে। কূপপ্রবা শিংলিশিং অসি মখোয়দগী হেন্না কূপ্পা কোক্তুগী পাঙ্গল লৌই, অদুগা পঙ্গল অসিনা অমুক থন্না হেন্না কূপ্না পুক্লিংনচিংবদগী পাঙ্গল লৌরকই। মরম অসিনা শক্তিগী ভুংমকমদি অকূপ্পদা লৈ। অপোবা লোম্বা পাঙ্গল অসিনা লেংওৎপা উবা ফংই, তৌইগুম্বসুং অকূপ্পনা লেংওৎ-পদি উবা ফংদে। মরমদি অকূপ্পনা লেং-ওৎপসি অসিয়োমা কূংই-মচুদি ঐখোয়না মদুবু উবা ফংদে। ঐখোয়না করিগুম্বা যত্র অমনা নক্রেগা থিজিন-হুমজিনবনা মপানগী লেংওৎপা মরামদিগী মক্ত ওইরিবা অকূপ্পদুবু ইথুৎ চনবা ঙম্নবদি মপানগী লেংওৎপা পূন্নমকসু ইথুৎচনবা ঙমগনি। ঈপাক অমগী মনুংদগী কোঙ্গোলগী ঈফুৎ হৌরক্লি; অদুবু ঈফুৎ অদুনা ঈমায়দা কোঙ্গোল ওইবা কায়কত্রিবা ফাওবা মনুংদগী হৌরকপদু খঙদে। অসুম তৌনা পুক্লিং হায়বসি থবক ওইনা থোরক্লি ফাওবা ঐখোয়না পূক্লিংনা ঈহৌরকপা মতৌদু উবা নৈতে। ঐখোয়গী থবক অমসুং পুক্লিংদি ঐখোয়না লাকপা ঙমদে হায়না ঐখোয়না তত্তনা যাকংলি। কদায়দা লাকলি? অকূপ্পনা লেংওৎপদু ঐখোয়না থুৎচনবা ঙমবদি পূক্লিংগী মচা অদুনচু যাথল অমসুং থবক ওইবা থোকক্রিবগী

মমাংদা ঐখোয়না লাকশিনবা ওয়্রেবদি ঐখোয়না অকুপ্পা অমসুং অপোবা অনিমক ইনিংতোনা শিজিন্নবা ওয়েগনি। অসিগুম্বা অকুপ্পা শক্তি অমসুং অকুপ্পা মরমশিং অসিবু মচা থাইনবা, মরু থিজিন্নবা অমসুং খঙবা ওন্নবা বিজ্ঞান মন্ত্রগা পান্বে অমা লৈরবদি ঐখোয়না ইশা ইশাবু লাকশিনবা ওয়েগনি। মশাবু লাকশিনবা ওত্নবা নিপা অহু অতোপ্পা মীবুসু লাকশিনবা ওন্মি। মরম অসিনা অশেংবা অমসুং লীচৎ চুম্বা হায়বসি ধর্ম্মগী অথোইবা মচাক ওইরি; মরমদি লীচৎ চুম্বা অশেংবা মীওনা মশাবু লাকশিনবা ওন্মি। পুক্লিং পুম্নমক চপ মান্নে; মরমদি মখোয়সি অমত্তা ওইব পুক্লিংগী তোঙান তোঙানবা শক্লক্তি। লৈথোম মতুম অমা মুম্না খঙলবা মী অমনা পৃথিবী পুম্নমকপু মশক খঙই। মশাগী পুক্লিং বাখল লাকশিনবা ওয়্রেব মী অদুনা পুক্লিংগী অকুপ্পা মশক খঙই অমসুং মহাক্না পুক্লিং খুদিংমকপু খুজ্জনবা ওন্মি।

অকুপ্পা শরুক অসিবু ঐখোয়না খুজ্জনবা ওয়্রেবদি মপান্থোংগী কন্তবা অয়াম্বা ঐখোয়না থৈদোকপা ওয়েগনি, অরা-অমা কয়া তকথোকপা ওয়েগনি, অচোপ্পা ঈকাইবা কয়া থোকহবা ওয়েগনি। অসি কাওবদা ঐখোয়না কান্নবগী শরুক উবা ফংলি। অদুবু মসিগী বাংমদসু থরা হেন্না কুপ্পা পোৎ লৈরি।

হৌজিক্তি ঐনা ময়ামগী মমাংদা বাকম অমা থাজৎকে। বাকম অসি ঐনা হৌজিক্তি প্রমাণ তোৱোই, ওপগী বারেপ অমা ওইনত্তা ময়ামগী মমাংদা হংগৎকে। অঙাং খুদিংমক মাগী মপামপুশিংমা কায়পা থাক্তা কায়কই। মপামপুশিংনা মহু কান্নবা

হোংলবদা চহি লিশিং চংই, অদুগা অতাং অদুদি চহি থম্রগী মনুংদা কাখোকই। অহানবদা অতাং অসি থাইনগী শা-তাগী লীচং চংলি—মহাক্না কুম্নাক তিলকাংলচিংবা খোঙনা নেত্তুনা হাৎলি। অহানবদ মহাক অসি মপামপুনা থাইনা ভোয়ম্বা মত্তো অদু তৌই। অমুম চাউমকপগা লোইননা মহাক অসি মপামপুনা কাখিবা থাক অদু মথং মথং কাম্লকুনা মমৈদা চাউথংপগী থাক য়োই। অদুদা খেম্নবদি অতাংনা থাক অদু থম্না হেন্না থুনা কাখোকই। হৌজিক্কি মীওইবা জাতি পুম্নমক অমসুং শা-তাগী জাৎ পুম্নমকপু পুল্লপা য়েংসি। মখোয় অসিনা করিগুম্বা মকম অমা য়োননবা তাল্লি। মকম অসিবু মপুংফানা চঙখোনবা হায়মা কৌশি। অসিগুম্বা নিপা নত্রগা মুপী থম্না লৈ মদুদি মখোয়গী পুন্সিদা মীওইবগী চাউথংপগী মতাং থুদিংমক তুনা তিল্লি। মীওইবা অতৈগুম্বা মপুংফাবগী থাক য়োৎত্রিকাওবা হম্না হম্না মুপ থুদিংগী পোকপগী মহুত্তা হায়ব্রিবা নিপা নত্রগা মুপীশিংসিনা মখোয় মখোয়গী তেল্লবা পুন্সিদা লমশাং অদু থুংলবা চেম্নোকই। অদুগা মসিগী লমজেন অসি মচেন থঙলবদি অমুকহু তেলহনবা য়াই হায়বসি ঐখোয়না খঙই। সংস্কৃতি য়াওদবা মী কাংবু অমা চানবগা, শেংনবগা অমসুং নৈনম্নগা মচাক মছম অসিদা পীম্নগা ঐথং অমদা থম্নে হায়না খনসি। অদু ওইরবদি কাংবু অসিনা তপ্না তপ্না চাউথংপগী থাক্তা কাম্নকনি। ঐখোয়না উ-বা হৌম্নকপদা থম্না থুনা চাউহনবা য়াবগুম চাউথংপগী থাক্তা কাম্নকপ-সিনু থম্না য়াংশিনহনবা য়াই। থুচ্ছেমগী পান্দমনা চাউথংপগী

খোঙচৎ অসি ঐখোয়না ইতৎ ততনা য়াংশিনহল্লি। মীওইবগী চাউখৎপগী খোঙচত্তি কয়িগী থুজিমহনবা' য়ারোইদগে। মীওইবা কাংলুপ অমা ওইনা খোঙচৎ থুনা চাউখৎহনবা য়াই। নৈবাক্ক নৈবাক্কা ওজা গুরু থ'রিবা কয়িগীনো? মীওইবা জাতি অসি খল্লা থুনা চাউখৎহনবগীদমক্তনি। মী অমবু দি চাউখৎপদা য়াংশিনহনবা য়াদ্রা? য়াই। অদুগা চাউখৎ-খোঙচৎকী ভমখৈ অমদি কক্পা য়াগদ্রা? মী অমনা মপোক অমদা কয়ায়াম্না চাউখৎকদগে হায়বদু হায়বা ভমদে। মী অমনা অসি ফাওবা য়োবা য়াই, অসিদগীদি তেনবা য়াদে হায়বা বাক্ম অসিগী অর্থ য়াওদে। ফিভম অমসুং অবস্থানস্ত অওকপা ফংনা য়াংশিনহনবা য়াই। মীওইবা জাতিনা হৌজিক্তগী চহি কোটি কোটিগী মতুংদা সিদ্ধ হায়বদি মপূংফাবা হায়বদু ওইরক্কদবদু মী অমনা ভসি হয়েদো ওইবা য়াই। যোগীশিংনা অবতার, লাইপোক্চিংবা হায়রিবদু মখোয় অসিবুনি। অবতারশিংসিনা হন্দক্কী মপোক্তা সিদ্ধ ফংই। পৃথিবীগী ইতিহাসতা মতম অয়াম্বদা ঐখোয়না অসিগুম্বা লাইপোকশিং থেংনৈ। হন্দক্কী মপোক অসিদা মীওইবা জাতিনা চৎকদবা লমম্বাং থুংলুরবা অমসুং পনথুংফম য়োরুরবা মী অমথক হন্দক্তা থেংনৈ। অদুবু খোঙচৎ য়াংশিনহনবসি নিয়মগী মথাদা পাংথোক্কদবনি। নিয়মশিং অসি ঐখোয়না থিজিন্দুনা মখোয়গী অথুপ্পা মচাক্নাজা অদু খঙবা ঐখোয় ঐখোয়গী পুন্সিদা শিজিন্নবদি ঐখোয়না খোঙচৎ য়াংনা চাউখৎকনি। ঐখোয়না মপোক অসিদা খোঙচৎ য়াংনা চাউখৎতুনা সিদ্ধ ফংবা য়াই। মসি ঐখোয়গী পুন্সিগী

অৱাংবা শরুক্নি। পূক্নিং অমসুং পূক্নিং শক্তিবু নৈনৱিবা বিজ্ঞান অসিনা তাল্লিবসি অৱাংবা থাক অসিবুনি। শেন-থুমনা অমদি পোংচৈনা অমনা অমবু মতেং পাংবা, অদুগা পুন্সিগী লম্বীদা করম্ব চংকদগে তম্বিৱিবা শিক্ষা-দীক্ষা পূন্নমক অসিদি মশা ভাক্নি।

যুগযুগ থুদিং ৱানা ভাইবা, পোংকী জগত্তা শান্নপোৎ ওইবা, মতমগী ঈপাক্তা উতুপ তাওবগুম তাওবগী মহুক্তা ৱাজযোগ কৌবা বিজ্ঞান অসিনা য়াম্ন থুনা সিদ্ধ পুরুষ পুথোক্নবা ঙোংনৈ। মসিগী বিজ্ঞান অসিনা মপোন মৱিল লৈবা পান্মি—মহোশাদ অসুম থাদোকপগী মহুক্তা ইথুংনা থবক পায়থকুনা পিকখ্রবা পুন্সিগী ভমখৈদগী লাম্থোকপা পান্মি। মসিনি অনৌবা অমসুং অচোবা ৱাখল হায়র্নসি।

মীওইবগী জ্ঞান, শক্তি অমসুং নুংভাইবা অসুম অসুম হেনগৎলক্নি। জাতি অমা ওইনা ঐখোয় অসি অসুম অসুম চাউখৎলকই। মী মী ওইনসু মসি চুমত্র? মসি খৱ ফাওবদি চুন্মি। ঐনা ফুট খৱা ফাওবতা উবা ঙম্মি। অদুগা মী অমখক্তি মমিং উইশিল্লগা মথংগী কাদা করি থোক্নিবগে হায়বদু উবা ঙম্মি। মসি নহাক্না থাজদে হায়ৱবদি চয়োল অহুমগী মনুংদা চৈনবা তম্বা য়াগনি। মসি কনাগুম্বা মী অমদসু হেক্তা তম্বিবা য়াই। কনাগুম্বশিংনা মহৈ অসি মিনিট মভাগী মনুংদা হৈদোকই। হায়ৱিবশিংসি চুন্মি হায়না উৎপা য়াই।

হায়ৱিবশিংসিনা চুয়বদি ঐখোয়না কদাইদা ভমখৈ থমগনি? কা অম্লিদা ফম্লিবা মী অমন খল্লিবা ৱাখল অদু খংবা ঙম্নবদি অতোপ্পা কা অমদা নত্রগা করিগুম্বা মফমদা ফম্লিবা মী অমগী

রাখল খঙলোই করম্না হায়গনি ? মসি খঙবা ঙম্লোই হায়না ঐখোয়না হায়বা ঙমদে। অদুগা করম্না খঙলিবনো হায়বদুদি ঐখোয়না হায়বা ঙমদে। পোৎকী জগতুদা হৈশিংজবা পণ্ডিতশিংনা মসি ওইথোক্কে হায়বা য়ারোই—মখোয়না হায়গে হায়না হায়রবদা "ঐখোয় খঙদে"—হায়রবসি মঙাই। বিজ্ঞান্না মপানগী তথ্য (অচুম্বা মতৌ) খর খোমজিল্লি, ময়ামগী ওইনা পান্দুনা য়েংই, নিয়ম শেম্মি অদুদগী অচুম্বদু পুথোকই—বিজ্ঞান্না তৌরিবদি মসি-তনি। অদুবু অচুম্বা মতৌ তথ্য অদুবু থাজদ্রবদি করম্না বিজ্ঞান চত্থগনি !

মী অমনা ফংবা য়াবা শক্তি মপান নাইদে। করিগুম্বা পোৎ অমদা থবাই হেক ভারুবদা পোৎ অদুদা পূমলুপ হেক্তা লুপ্পি অদুগা অতৈ পূম্নমক কাওপোকই—মসি ভারতকী থোইদোকপা মতৌনি। বিজ্ঞান কয়া য়াম্না ভারতগী হৌখিবগে হায়বদু মম্বাম্না খঙলিবনি। অঙ্ক ভারতগী হৌখি। নখোয়না ঙসি কাওবা সংস্কৃতকী ময়েক্তা শূন্য কাওবা ১, ২, ৩ নচিংবা থিরী। বীজগণিত (অঙ্ক মরু) ভারতগী হৌখি হায়বা অদুগা নিউটন্না পোকত্রিঙৈগী চহি লিশিং লিশিংগী মমাংদা মধ্যাকর্ষণ ভারত মচানা খঙখিরম্মী হায়বা ময়াম পূম্নমক্না খঙনরিবদুনি।

ভারতকী থোইদোকপা মতৌ অসি উরে। ভারত ইতি-হাসকী করিগুম্বা মতাং অমদা ভারতমচা পূম্নমক পূক্নিংগী পাঙল পুথোকপদা থবাই লুপ্পম্মী। মসি পুথোক্লগা মখোয়গী মিংবা পূম্নমক থুংলগনি হায়না খল্লরম্মী। মিত্রং, যাদু অমসুং অতৈ

অতোপ্পা পূক্লিংগী মতৌশিং অসি থোইনা ঙকপা মতৌ মত্তে, তৌইগুম্বস্ুং নিতিগী ভক্তনা ভম্বি তিকপীবা বিজ্ঞান অমা ওইরম্মী। মখোয়না হায়রনা নৈমখিবা পদার্থ বিদ্যাগুম চাং নাইনা পূক্লিংগী বিজ্ঞান নৈনরম্মী। মীপুম থুদিংমক পুক্লিংগী বিজ্ঞান্দা অসি য়োনা পরাই য়াওনরম্মী মতুদি পদার্থ বিজ্ঞান থোওইনখিদে। যোগীশিংগী তোঙাম তোঙানবা সম্প্রদায়শিংনা মখল মথা য়াম্না চাংয়েং য়েংলম্মী। খরনা মঙাল চাং য়েংই। তোঙান তোঙ নবা মঙালনা হকচাংদা করম করম্বা মওং থোকহনবগে হায়বতু য়েংননবা মখোয়না মচু মচুগী কি, হৈ অমস্তুং য়ুম শিজিন্নরম্মী। খরনা মখোন্দা চাং য়েংই। মখোয়না নাকোং মেনশিন্দুনা অমস্তুং থাদোক্কুনা মখোনগী চাং য়েংই। খরনা মনম্না চিংবদা চাং য়েংই।

তৌরিবা চাংয়েং পূম্নমক অসিগী উদ্দেশ্যদি পোৎকী মরু হুনবনি, অকুপ্পা মরী মখোঙ থিবনি। মখোয়গী মনুংদা খরদি অঙকপা ফংবা শক্তি ফংখি। মখোয় অয়াম্বনা সুংশিত্তা তাওবা ঙম্মি অমস্তুং সুংশিত্তা ফাওবা ঙম্মি। নোংচুপকী ফাওরবা পণ্ডিত অমদগী ঐনা ঘারী অমা তাই-মতু লিগে তাও। ঘারী অসি মমিৎনা শংশং উক্লরবা সিংহলগী গবর্ণরনা পণ্ডিত অসিদা লীবনি। নৈশাবী মচা অমা পুথোরক্লে, অদুগা চৈতেক থরা কাতু কারম শিরগা নৈশাবী মচা অসি থোঙ্গাই চন্দুনা ফমহল্লি। ঙাইহাক্তুং ফম্লবা তুংদা চৈশিং অদু লোথোক্লে, নৈশাবী অদু শুক্রংদা ফম্লে। গবর্ণর অসিনা মতৌ অসি থাজদ্রদুনা থাংশাং পুথোক্লগা নৈশাবী মচাদুগী

মখাদা কন্না হাইদুনা যেংই। অদুবু গার্ণরন করিমতা থেংনদে। মসি করিনো? মসি মিত্রং নত্তে যাদুসু নত্তে অদুবু মসি খোইদোকপা অঙকপা মতৌ অমনি। ভারত মচাগী মফমদদি মসি অঙকপা নত্তে, তৌইগুম্বসুং তত্তনা থোকপা থৌদোক অমনি হায়না খল্লি যেক্লবা মায়োক্লরবা মতমদা হিন্দুশিংনা হায়, "ও, ঐখোযগী যোগী অমা লাক্লগা য়েক্লবা পৃম্বা তকথোক্লনি।" মসি ভারত মচাশিংগী কা হেন্না থাজবা হায়বা অদুনি। থাংদা নত্রগা খুত্তবু করি শক্তি লৈগদগে? মসিদি আত্মাগী শক্তিনি।

মসিনা চুম্নবদি পূক্লিংনা শক্তি উংশিংবসি হৌনশানি। অদুবু করিগুম্বা বিজ্ঞান অমনা চাউখৎপদা য়াম্না লুবগুম পূক্লিংগী বিজ্ঞান অসিসু চাউখৎপদা য়াম্না লুনা থোকই। বিজলীগী বিজ্ঞান নত্রগা ইঞ্জিনিয়ারিং তম্বদা চহি কয়া য়াম্না চংই? তম্বা লোহরগসু মপূং ফাদ্রি, অরেম্বা পুন্সিগী চহিশিং অদুসু নৈনবা তাই, অদুত্তদা মপূং ফাবা হায়বদু ওইরকই।

অদুগা অমুক বিজ্ঞান অতৈদি লেংদবা পোৎ নৈনৈ। ঐখে যনা চৌকি অসি শিদোক্লুনা য়েংবা য়াই অদুবু রাজযোগ কৌবা পূক্লিংগী বিজ্ঞান অসিদি মখোঙ যাংবা পূক্লিংবু নৈনবনি, মসিবু য়েংগে হায়না হেক তৌরুবদা মিৎকুপ্তা পাইথোকই। হৌজক্লা পূক্লিং অসি মওং অমদা লৈ, মথংগী মিৎকুপ্তা মসি অমুক হোংই, হোংবগী অরোইবা লৈতে। অচোংবা অমসুং অওনবা ময়াম অসিগী মরক্তা পূক্লিংবু ফারগা য়েংবা তাই, তম্বা তাই, খঙবা তাই অমসুং লাকশিননা তাই। "মসি কয়াদা লুপ্তবা বিজ্ঞানো? মসি শাজেন য়াম্না চংহ।

ঐনা মসি ময়ামদা তম্বিদ্রিবা কম্বিগীনো চায়না ময়াম্না হংই। মরমদি মসি কাগীগী থবক নত্তে। ঐনা অসিদি লেপচুনা ময়ামদা য়া ঙাংই, ময়াম্না কান্নফম ইখঙ-খঙদনা যুম যুমদা হন্নখি। ঐস্নু কান্নফম খঙদনা যুমদা হল্লি। অদুগা ময়াম্না হনখ্রগ য়ারেম থোরেম্নি হায়না হায়গনি। কম্বিনা ঐনা ঙাংলিবা পূম্নমকসি ময়াম্ন য়ারেম শুইহল্লি। রাজযোগকী মরমদা ঐ খজিক্কমক খঙই। থর খিক্রুং খঙলিবসি চহি কুনথ্রা চংনা শাজেন তৌরগা খঙলকপনি, অদুগা মসিগী মরমদা ময়ামদা ঐনা ঙাংলক্লিবসি চহি তরুক শুরে। চহি কুনথ্রা য়াম্না কন্না শাজেন তৌরকপনি। নোংমগী পুং কুন্থরিসিগী মনুংদা পুং কুন শাজেন তৌই, কম্বিগুম্বা কান্দা ঐ অহিংদা পুং অমতমক তুম্মি, কম্বিগুম্বদনা অহিং চুপ্প শাজেন তৌই, কম্বিগুম্বদনা স্বর হোনবগী মখোন ফাওবা তাদ্রবা চিক্রবা মফমদা, কম্বিগুম্বদন চীংগী লোকনুংদা ফমদুনা ঐন শাজেন তৌই। অদুবু ঐনা অসি ফাওবদা ইখঙ খঙদ্রি। রাজযোগ অসিগী ক্ষিবান থম্নতমক ঐনা শোকপা ফংলি। অদুবু ঐনা মসিমদি লেপ্পা খঙই মদুদি রাজযোগ অসি অচুম্বা, মপান নাইদ্রবা অমম্বুং অঙকপা বিজ্ঞান অমনি হায়রবসিদি ঐনা মুম্না খঙলে।

ময়ামগী মরক্তা কনাগুম্বনা রাজযোগ অসি শাজেন তৌগে নিংলবদি য়াম্না পূক্লিং চেৎনা পায়খৎপা তাই। ঐখোয়না কম্বিগুম্বা কারবার অমা তৌবদা অথাং কনবা, পূক্লিং চেৎপা চংই। রাজযোগ শাম্নগে হায়রবদি মসিদগীস্নু হেন্না য়াশক অমম্বুং পূক্লিং চেৎপা তাই।

কারবার অমা তৌবা ভাররদা ঐখোয়না কয়া য়াম্না পুক্নিং চংবা তাবগে অমুক্তা খল্লু। কারবার অসিদি মুংশি হৈত্রবা শাজেনি। ইপা, ইমা, ইচু, ইচা শিররবা ফাওবদা কারবাদি লেপ্পা য়াদে। থম্মোয় কাইররবা ফাওবা কারবার মক্ষমদা চত্তবা য়াদে। কারবার হায়রবদু মসিনি, অদুগা মসি চুম্মি হায়নসু ঐখোয়না খল্লি।

রাজযোগ কৌবা বিজ্ঞান অসিদি অতৈ কারবার পুম্নমক্তগীসু হেন্না পুক্নিং চংবা দরকার ওই। মী অয়াম্বনা কারবারদা মহৈ য়াল্লি, অদুগা রাজযোগতদি মতৈ য়ানবা পংনা ভমদে। মরমদি রাজযোগ অসিদি শাজেন তৌরিবা মী অদুগী শাওং-শাদাদা অয়াম্বা লৈ। মী পুম্নমক কারবারদা শেপ্পাও পাররবসু মীপুম থুদিংনা থরদা ওইররবসু ফংই। রাজযোগ অসি মপুংফাবা হৈখিবা মী লৈ অমসুং মসি অচুম্বা বিজ্ঞান অমনি হায়বসি মসিবু নৈনরিবা মী থুদিংনা ফংবা মভান-মশেক থরদগী তশেংনা হায়বা ভম্মি।

রাজযোগকী চাউরাকপা হৌরম খরা হাররে। বিজ্ঞান অসিদি মশাগী মভান্দা মতোমতা লেপচবা অতৈগা শিংনরিবা বিজ্ঞান অমনি। মাইগৈ অসিদা মতাং তৌবা, ঠগ তৌবা, মিল্লং তৌবা অমসুং যাদু তৌবা মী য়াম্না লৈ। করিগীনো? মরমদি কাররবারনা মতোইনা চাউখৎলবদি কারবার অসিদা যাদু অমসুং ঠগ চংবা হৌনশানি। মখোয় চংই হায়দুনা কারবার অসি ফত্তে হায়বা য়াদে। রা অমগা লৈরি—যুক্তি তর্ক তাবসি থোপকী চর্চ্চা ওইবা য়াই, অভকপা বারী তাবসু মুংভাইরম্বা য়াই। অদুবু কমাগুম্বনা মসিদগী হেন্না চখ নিংলবদি বক্তৃতা তাবতনদি ওইরোই। রাজযোগ

অসিদি বক্তৃতানা তাকপা য়াদে ; ময়মদি মসিদি অতিংবনি—অহিং-নতন অতিংবদা শম্নবা য়াই। ময়ামগী মনুংদা কনাগুম্বনা রাজযোগ অসি তমগে হায়রনা চপযুংনা নিংলবদি ঐনা খঙজবা খরা উপায় তৌবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইজগনি।

# মীওইবগী থাঙ্গেশেংবা লীচৎ
## (লণ্ডন্দা পীখিবা বক্তৃতা)

মীওইবনা ইন্দ্রিগী নুংঙাইববু চু পায়বগুম্না পায়। অদুবু মীওইবনা লৈরিবা জগৎ অসি ফনমক নুংঙাইদনস্ু "মসিবু অশেংবরা" হায়ন ইখঙ খঙহৌদনা হংনিংবা মতম অমা লাকই। ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা পূমলুপ লুপখ্রবা অমসুং মিৎকুপ অমত্তসু মসিগী মরীদা চিংনরুক্রবা মীশিংসু শিবা হায়দুনা মতম অমা লাকই। মতম অসিদা মখোয়না "মসিবু অশেংবরা" হায়বা বাহং অসি হংই। ধর্ম্ম হায়বসি বাহং অসিগা হৌমিন্নরকই অমসুং বাহং অসিগী পাওখুমগা লোইমিন্নৈ। ইতিহাসনা খোঙ্গুল লীবা ভমদ্রবা কুইখ্রবা মতমগী মমাংদা, লৈবাকমচা তাবগী—মমী-শামীগী মঙান মশেক্তা হায়রিবা বাহং অসিমক মীওইবনা হংনরম্মী—"মসিদগী করি ওইরকদৌরি?" "অশেংবা হায়বদু করিনো?"

কঠ উপনিষদনা বাহং অসিগা লোইননা হৌই—"মী অমনা শিবা মতমদা পৌরী চিংনবা অমা থে'কই। কাংবু অমনা মী অদু মপোকসিমগী লোইখ্রে হায়রি, অতোপ্পা কাংবু অমনা মী অদু হিংলি হায়রি। অনিসিগী মনুংদা কনানা চুম্লিবনো? বাহং অসিগী তোঙান

তোঙানবা পাওথুম পীনৈ। অদুগা পুক্নিংগী মথল ঈথক নেম্নবা কাংবু অমনা "শিরগা কমদোবা? অশেংবা কদাইনো?" হায়বন-চিংবা মাহংশিংসি নমথবনা হোৎনৈ। অদুবু শিবা হায়বদু লৈরিব-মখৈদি নমথনবা হোৎনরিবা পুম্নমক অরেম্বা ওইগনি। জগৎ পুম্বনা লোতুনদুনা ঐখোয়গী মিৎয়েং অসিবু হৌজিক লৈরিবা অসিদগী হেন্দনবা হোৎনরম্বা য়াই। অদুমক্তদা শিবা হায়বসি লৈরিমখৈদ মাহং অসি অমুক হেক্তা লাক্কনি—"খ্বাইদগী অশেংবনি, খ্বাইদগী অচুম্বনি হায়না ঐখোয়না চু পায়বগুম পায়রিবা পোৎশিংসি শিবা মতমদা অসুম্মক লোইরবরা?" জগৎ অসিদি মিৎকুপ অমগী মসুংদা মাংখ্রি। মাংখ্রবা চীংদোন অমা লৈ। চীংদোন অসিগী মাংমদা মপান নাইদ্রবা লোকনা ময়া কাখৎতুনা লৈরি। চীংদোন মথক্তা লেপ্পা মতমদা সংসারদা মরা চেৎনা তাব্রবা মী ফাওবা নিংহম্নদুনা মাহং অসি হংই—"মসিবু অশেংবরা?" থোরবা মাখলগী শক্তিনা শাগৎপা পুন্সি অমগী আশা ভরসা পুম্নমক মিৎকুপ অমগী মসুংদা খ্বাই মাংখ্রি। মখোয়সিবু অশেংবরা? মাহং অসি খুমগদবনি। মতম্না মাহং অসি মুখ্খৎপা ওমদে, কুইর-কুইরগা অহোইনদুম মৈরা কল্লকই।

অদুদগী মখোয় মুংঙাইনিংই। মুংঙাইবগীদমক ঐখোয়না পোৎ তাম্নরি। ইন্দ্রিগী মুংঙাইবা ফংনবা ঐখোয়না পোৎকী জগৎতা কোইচেন চেল্লি। মুংঙাই য়াইফরিবা মহা অমদা পুন্সি অসি কমদোই হংলুরবদি পুন্সি অসি অশেংবনি, অচুম্বনি অমসুং মহাক্নসু শেংই অমসুং চুম্মি হায়না থল্লি শোইদনা হায়রকনি।

হায়রিবা মহা অসিনা অচল ওইরক্লদুনা নিংবা থুংলকপ্রবা কাঙ্গদি মহাক্না মসি লাইবক্নি হায়রম্বনি। মমৈদা মহাক্না নিংজবা অয়াবা থুংবা ভয়রক্রোই। মহাক্না চৎখিবা মফমদা লাম্থোকপা ভেন্ত্রবা চেকপন থেংনগনি। পোৎ খুদিংমক মতম থরভগী ওইরম্বা উগনি। মুংভাইবা, অরাবা, কেবামৌবা, লনথুম, প ঙ্গল, লাইরবা ঈনাকথুমবা করি অমুক হায়নি পুন্সি অসিমকস্থ ভুং কোইবা নত্তে হায়বা খঙলকনি।

মীওইবদা কিয়েপ অনিথক লৈ। অমনা অকাংবী কাংবুনি। মথোয় অসিনা পোৎ পুম্নমক অসি করিস্থ নত্তে, ঐথোয় করিনভা খঙদে, হৌখিবস্থ, খঙদে, ভুংগীস্থ খঙদে, হৌজিকনীস্থ খঙদে হায়না হায়। ঐথোয়না নিংশিংগদবদি মসিনি মতুং হৌখিবা অমস্থং ওইরকদবনু থাজদ্রবা মীদুদি অভাওবা মতম করিস্থ নত্তে। মসিদি মমা মপা য়াওদনা অভাং অমা পুথোকনি হায়বগা পাংথক্লি। মী অমনা মিৎকুপ অমতংদং অকাংবী ওইনা লৈবা ঐ উরকত্রি, চিন্তদা পংভাং ভাংবতনি।

অত্তুদগী অভোপ্পা কিয়েপকী কাংবু অমস্থ লৈরি। মথোয় অসিনা অতৎ-অথম লৈতনা হোংলিবা জগৎ অসিগী মরক্তা অশেংবা কদাইনো হায়দুনা কোইথি থি। ঈ-ভোং অমত্তুং শরুনা শাবা পঞ্চভূত অসিদা অশেংবা অমা লৈরিবরা? মীওইবগী বাখলগী শাংলবা ইতিহাস অসিনা মীওইবনা থিরক্লিবসি মসিনি। লাইনা মনাংভৈদা মীওইবগী পূক্নিং বাখলদা মভান মশেক থমদুনা কাওখিবগুম ভোই। মতম অদুগী মীশিংন পঞ্চভূতকী বাংলাদ

খরদি মান্নরবসু খরা হেন্না মপূং মরা ফাবা, খরা হেন্না চঙখোনবা অদুগা হকচাং অসি ভুমখ্রবসু মাংদনা লৈবা অশেংবা পোৎ অমা উবা ফংখি। অশিববু চাকথেক্লিবা মৈবু য়েংলগা ঋগ্বেদকী শ্লোক অমনা অসুম্না হায়রি—"হে মৈ, নংনা মহাক অসিবু কোন্দুনা পুথৎপীয়ু—অশি অনা লৈতবা, পম্বোগী লৈফম য়োনবা নংনা মহাকপু অরংবা অমসুং চঙখোনবা হকচাং অমা পীবিদুনা পুথৎপীয়ু।" পৃথিবীগী ধর্ম্ম খুদিংদা ভাব অসি উবা ফংগনি। মসিদগী ঐখোয়না ভাব অমা ফংই। মীওইবগী মপোক অসি হান্নগী কিভমদগী হুস্থরকপনি হায়রবসি পৃথিবীগী ধর্ম্ম পুম্নমক্না হায়। ধর্ম্মশাস্ত্র খুদিংমক অমসুং পুরাণ খুদিংমক্না হায়রিবসি মসিনি। ইহুদীশিংগী ধর্ম্মশাস্ত্রদা অদাম্না লৈখা তারকপগী বারী অদুগী মনুংগী অচুম্বা অর্থ অদুসু মসিনি। হিন্দুগী ধর্ম্মশাস্ত্রশিংনা মসিবু হন্না হন্না পল্লি। হিন্দুশিংনা সত্যযুগ কৌবা মতম অমা লৈরম্মী, মতম অদুদা মা অমনা হিংগে হায়রিবা মতম অদুকী মথৈ হিংদুনা লৈবা ভস্মি, মতম অদুদা মীওইবগী পূক্লিং বাখল য়াম্না শেংই অমসুং থৌই হায়না অনুমান তৌই। মতম অদুদা ফত্তবা লৈরমদে, অবা-অনা লৈরমদে। হৌজিক্কী যুগ অসিদি সত্যযুগতগী লৈখা তাররবা যুগনি হায়না হায়রি। মসিগা লোয়ননা ঐখোয়না ঈশিং ঈচাওগী বারীসু মফম খুদিংদা থেংনৈ। মসিগী বারী অসিনসু হৌজিক্কী যুগ অসি সত্যযুগতগী লৈখা তাররবা যুগনি হায়বসি উৎলি। অসুম অসুম ফত্তবা হেন্নিল্লক্লুনা মমৈথংদা ঈশিং ঈচাও অমনা মীওইবা কৌবা জাৎ অসিবু

থুম্নাংলি অদুদগী অমুক নৌনা মথৎকলোমদা কাখৎপা হৌই। মমাংদগী অশেংবা থুদম অদু যৌননবা তপ্ন তপ্না মীওইবনা কাখৎলি। মখোয় পূন্নমক্না ওল্ড টেষ্টামেন্টকী ঈশিং ঈচাওগী বারী তাৱিবনি। বারী অসিমক বেবীলন, মিশর, চীন অমসুং ভারতকী থাইনগী মীশিংগী মরক্তসু খংনরম্মী। মমাংদগী ঋষি মনুনা গঙ্গা মপান্দা লাই খুরুমলম্মী। অদুদগী ঙা মচা অমা লাক্লুনা কনবিয়ু হায়রে। মনুন ঙা মচা অদু খুজাই মনুংদা হাপচিল্লি। "নং করি পাম্মি?" মনুনা ঙ মচা অদুদ হংই। ঙা মচাদুনা খুম্মি, "ঐবু ঙাজাও অমন য়োংকদবগী তান্নরকলে, ঐগী ঈথরাই কনবিয়ু।" মনুন ঙ অদু খুজাইদা হাপতুনা য়ুমদা পুরে। অদুবু অয়ুক্তদি ঙা অদু খুজাইদুমুক চ উরম্লে। ঙা অদুনা খুজাইদা লৈবা চন্দ্রে হায়রে। অদুদগী মনুনা ঙা অদু পুখ্রী অমদা থাদরে। মথংগী সুমিত্তা ঙ অদু পুখ্রীমুক চাউরমদুনা অদুদসু লৈবা চন্দ্রে হায়রে। অদুদগী মনুনা ঙা অদু তুরেন্দা থাদরে। মথংগী অয়ুক্তা ঙা অদুনা তুরেল ফুল্লম্লে। অদুদগী মনুনা ঙা অদু সমুদ্রদা থাদরে। ঙা অদুনা হায়রকই, "হে মনু, ঐদি তাইবংপান শেম্বা মপুনি। ঐনা নংঙোন্দা লাক্লগা ঐনা তাইবংপান পুম্বা থুম্নাংকদোরি হায়বিহৌনবগীদমক মূর্ত্তি অসি লৌবনি। নহাক্না বাকয়ৈ অমা শেম্মু। বাকয়ৈ অদুদা জীব খুদিংগী জোড়া অমমম্ হাপউ অদুগা নহাক্না ইমুং মনুংগী মীশিংসু বাকয়ৈ অদুদা চংশিল্লু। অদুদগী ঐনা ঈশিং মনুংদগী ইচি অমা থিন্দোরক্কনি। ইচি অদুদা বাকয়ৈ অদু পুনশিল্লু। ঈশিং হনথখ্রবা মতুংদা

য়াকয়ে মনুংদগী থোরক্নবা পৃথিবীদা থুন্নাবা হৌ।" অঙুম-অঙুম-অঙুমা পৃথিবী অসি ঈশিংনা থুম্মংখি। মমুনা জীব পুন্সিগী জোড়া অমমমগা, পাম্বী থুদিংগী মরুগা অদুগা মাগী ইমুং মনুংগী মীগা কলহোই। ঈশিং হুম্বথুবা মতুংদা মমুনা ভাইবংদা থুন্নাবা হোই, অদুদগী ঐখোয় অসি মী হায়না খঙনখি; মরমদি ঐখোয় অসি মনুগী মচামশু ঙাক্লি।

হৌজিক্তি মীওইবগী লোম্না মনুংগী অচুম্ববু কোংদোক্লবগী কম্না লাক্লে। অঙাংনা মরোল লৌকম খঙদনা লোল্লি। খ্বাইদগী য়াংবা অচুম্বা য়াকম অসি চায়নিংবদা হায়বা ভমত্রদুমা লৌকম খঙদবমি হায়না ঐনা থাজে। খ্বাইদগী স্তাম নৈবা পণ্ডিত অমগী মরোমগা অঙাং অমগী মরোনগা চাংদা খেন্নবতমি মশক্তি অমতনি। হৌজিককালগী য়াম্না শেংবা, নিয়ম মাইবা, অচ্চুপ্পা মচা তাবা মরোনগা থাইনগী মশেনমন্নাংবা, থুপ্পা নৈবা, লাইতীমগী মরোমগা চাংদা খেন্নবতনি, পোৎশক্তি অমতনি। পুন্নমক অসিগী মরুমদা য়াম্না চংখোল্লবা ভাব অমা লৈরি। ভাব অসি কোংদোকমবগীদমক য়াম্না কম্না হোৎনৈ। থাইমগী অপুম্বা পুন্সিগী য়াম্বী মনুংদা সনাগী কোমশেং মতুম লৈ, অদুমা হৌজিককী মচা তাবা শেংলবা লোমগী মরুমদদি পোৎথি পোৎকুম ঙাক্তা লৈ। মরম অসিনা লাইতীমগী য়াবী অসি হোংবা চাউবা অমগী য়াথলগা চুমদে হায়রদুনা হেক্তা লংশেকপা চুমদে। ধর্ম্মগুরু অসি অসিনা শেংনম্বা য়াম্বীশিং থাজগদবনি হায়না ধর্ম্মবা হায়বগী পর্ব্বু

নোক্লগদবা লৈরবদি হৌজিক্কালগী তৌরিবা মওংমতৌ অজিকুনা অনুকা হেন্না নোক্লগনি। হৌজিকী মতমদা কমাগুম্বনা লোক, বুদ্ধদেব মত্রগা ক্রাইষ্টনা হায়রম্বী হায়দুনা কবিগুম্বা অমত্তং পারুরবদি নোক্লরি। অদুগা হক্সলে, টিনডল মত্রগা ডারউইননা হায়রম্বী হায়রবদি পূম্না য়োৎশিল্লি। হক্সলেনা হায়রম্বী হায়রবদি বা মথা অমুক তানিংঙাই লৈত্রে। অদুদি হৌজিক ঐখোয় অন্ধবিশ্বাসতগী কোক্লরবা? কোকত্রি—থাইমগী মীশিংনা ধর্মগী মরীদা অন্ধবিশ্বাস লৈরম্লবদি হৌজিক্কালগী মীশিংনা বিজ্ঞানগী অন্ধবিশ্বাস লৈ। থাইনগী অন্ধবিশ্বাসকী মরক্তা পূজিগী অখেনবা মশক তাকপা অধ্যাত্মগী মঙাল ফংই, অদুগা হৌজিকী অন্ধবিশ্বাসনা অপাম মিহৌবা থেংনগনি। থাইনগীনা লাইবু ঈড়াংলম্মি, হৌজিকীনা লনথুম, মিংচৎ অমস্তুং শক্তিবু তান্নবনি।

পূরাণদা অমুক ওনশিনসি। পূরাণগী বারী পূম্নমকী মরমদা তাইবং মী হায়বসি হান্নগী ফিভমদগী হন্থরকপনি হায়বসি তাকই। হৌজিকী মতমদা অমুক য়েংলবদি বাকম অসিবু অমুক কক্থৎনা ওইনা উই। শারেপ তানবগী বাপু য়াবা (ইভোলুশনিষ্ট) মীশিংনা বাকম অসিবু য়াদে। মখোয়গী মত্তা মীওইবা হায়বসি থরোইদুনা জীবদগী অস্তুম অস্তুম মশক ওন্নকপনি হায়। মরম অদুনা মখোয়না পূরাণগী বারী য়াদে। পূরাণগী অমসুং হৌজিকী তোঙাম তোঙানবা বাকম অনি অসি তাইশিনরা য়ানা ওয়াথী অমা ভারত্তা লৈ। ভারতকী পূরাণদা চক্রগী বা য়াওই—অমসুং থোক্লগা খুদিংমক ঈথকঈহৌওম্না চাউথংলকই হায়না য়াওই। অদোম

খুদিংমক হন্থরকপগা লোইনৈ, অমুক হৌরকই, মথংদা অমুক হন্থরকই। খোঙচৎ অসি চক্রগী মওংদা লৈদুনা চৎলি। বিজ্ঞানগী মিৎয়েংদা য়েংলবসু মী ওইবা হায়বসিনা লিশাংশিংমা শারেপ তানবা হায়বসি ওইথোক্তে। শারেপ তানবা খুদিংমক শারেপ হুঞ্জনবা অমগা লোইনৈ। হৌজিক্কী বিজ্ঞানগা হায়গনি মদুদি করিগুম্বা যন্ত্র অমদগী ঐখোয়না হাপখিবা পাঙ্গল অদুতমক ফংগনি; মরমদি করিগুম্বা অমত্তা তরংদগী ফংবা য়াদে। মীওই-বনা থরোইগুম্বদগী শারেপ তাল্লকলবদি থরোই মপুং অদুদা বুদ্ধদেব অমসুং ক্রাইষ্ট হায়রনা হানজিল্লবনি। অদু মত্রবদি অসিগুম্বা অঙকপা মীশিংসি কদাইদগী থোরকনি? অহাংবা শূন্দ্রংদগী করিগুম্বা অমত্তা থোকপা য়াদে। অসুম্না পুরাণগী বারীশিংসি হৌজিক্কী বিজ্ঞানগা তাইশিনবা য়াই। যুগ কয়া চংনা, মতাং কয়ামুক্তা শক্তি অমনা চঙখোনবা মী অমা ওইত্রি-ক্কাওবা ততুনা অতুম অতুম ফু.দারক্লি। শক্তি অসি থাঙ্গৎশেংনমক অহাংবা শূন্দ্রংদগী থোরকপা য়ারোই। শক্তি অসি হায়রমা লৈরবনি। মীওইবগী হৌরকফম অসি থরোইবু ওইরবসু মরুমবু ওইরবসু হায়রিবা থরোই অমসুং মরুম অসিদা শক্তি অসি হায়রনা লৈরবনি।

পঞ্চভূতমা শাবা হকচাং অসিমা আত্মা অমসুং বাখলগী শক্তি থোকহনবরা নত্রগা বাখল অমসুং আত্মানা হকচাং থোক-হনবরা হায়বগী মরীদা য়াম্না কয়া য়েংনৈ। পৃথিবীগী ধর্ম্ম অয়াম্বনা বাখল কৌবা শক্তিমা হকচাং থোকহল্লি হায়। হৌজিক্কী

মতমদা মী কাংবু অমনা পূক্লিং থাখল হায়বসি হকচাং কোবা যন্ত্রগী শরুকময়াম পূনশিল্লগা থোরকপনি হায়না হায়। থাক্ম অসি নৈনসি—পূক্লিং, থাখল নত্রগা আত্মা অসি হকচাং কোবা যন্ত্র অসিগী মচাক অমস্নুং মহাও ময়াম পূল্লগা থোরকপনি হায়-বদি থাহং অসিগী পাওখুম অসি খুমদনা অদুম্বক লৈরে। হকচাংদি করিনা শাই? করম্বা শক্তিনা হকচাংগী শিংকুপশিং পূনশিল্লি? ঐখোয়গী অকোইবদা লৈরিবা পোৎশিংদগী মচাক খোমজিল্লগা করম্বা শক্তিনা তোঙান তোঙানবা হকচাং শাবা ঙম্বগে? অমগা অমগা মপান নাইদনা খেন্নহল্লিবসি করম্বা শক্তিনো? হকচাংগী শিংকুপশিং পূনশিল্লগা অ'ত্মা'নচিংব' থোরকই হায়বসিদি শগোল মমাংদা পাড়ৗ থামগুম্বনি। মরমদি হৌজিকস্ সু খুমগদবা লৈরি হকচাংগী শিংকুপশিং করম্না পূনখিবগে অমস্নুং করম্বা শক্তিনা পূলহনখিবগে? করিগুম্বা অতোপ্পা শক্তি অমনা শিংকুপশিংসি খোমজিনখি—পূনশিল্লবা অদুদগী আত্মা থোরকই—করিগুম্বা পোৎ-শক থরবু পূনশিনখিবা আত্মা অসি পূনশিনখিবদগী থোরকপনি হায়বদি মসি পাওখুম ওইদ্রে। অয়াম্বা থাক্মস্ু ককথত্তনা অচুম্বা থোদোক অয়াম্বা চুম্না তাকপা ঙম্বা অদুগুম্বা থাক্মতবু ঐখোয়না লোক্ম থোকই। হকচাংগী মচাক খোমদুনা হকচাং শাগৎলিবা শক্তি অদু হকচাংগী থোঙদা ফুদোরক্লিবা, শক্তি অদুনি হায়বদা হেন্না মরম চাই। মরম অসিনা হকচাংনা ফুদোরক্লিবা পূক্লিংগী শক্তি অসি হকচাংগী অকুপ্পা শরুক পূল্লগা ওইরকপনি অমস্নুং অসিগুম্বা শক্তি অসি মনিংতম্না তোপ্প লৈবা ঙমদে হায়বসি

অর্থ য়াওদে। অদুগা পোৎতগী শক্তি থোকপস্থ য়াদে। মশিগী মহক্তা পোৎ লৈতে হায়না প্রমাণদুম তৌবা য়াই। পোৎ হায়বসিগী শক্তিগী তাংকক অমা ওইজবতনি। অথাবা, অকমবা অমসুং করিগুম্বা মওং অমবু অয়াংবা শাফু অমদগী থোকপনি হায়না প্রমাণ তৌবা য়াই। ঈশিং নত্রগা মহী লাংবা পোৎনা নোংলৈ-মুংশিংকী খোঙচত্তা চেল্লবদি অথাবা শরুক থোয়কই। অকমবা নোংলৈনুংশিং অমনা চীংগী মূর্ত্তি লৌরকই অমসুং নুংশিং অসিনা অথাবা পোৎ পূম্নমক ফাওদৎপা ঙম্মকই। মীয়াংগী কুপ্পবা লংলা অসি অঙকপা ফংনা য়াংনা চেল্লবদি য়োৎকী য়োৎজী-গুম্বা কল্লি অমসুং চাউরবা উ ফাওবা ফাওদৎপা ঙম্মি। মিশ্লেং অসোমদা য়েংলবদি পোৎ হায়বদু লৈতে হায়না প্রমাণ তৌবা য়াই।

হকচাংগী থোঙদা থোরক্লিবা শক্তি অসিদি কদাইদগীনো? শক্তি অসিনা মপান্দগী মচাক খোম্লগা হকচাং অসি শাগৎলি। কনামতনা ঐগী অমসুং নংগী হকচাং শাবা লাক্লে। মী অমনা ঐগীদমক চিঞ্চাক চাবিবা ঐ খক উরকত্রি। ঐ ইশানা চিঞ্চাক অদু চাবা তাই, ঈ-তোং অমসুং শরু—চিঞ্চাক অসিদগী শুংবা তাই। অসিগুম্বা অথুপ্পা শক্তি অসি কয়িনো? হৌখিবা অমসুং তুংগী বাখলশিংসি অয়াম্বগী মফমদা অকিবগী মশক ওই।

ঐখোয়গী ইশাদা লৈরিবা শক্তি অসি কয়িনো? থাইজগী ধর্মশাস্ত্রদা শক্তি অসি হকচাংগী মওং পুবা অয়ংবা পোৎশক অমা ওইনা লৌনরম্বা উই। অসিগুম্বা অয়ংবা পোৎশক অসি

হকচাং কুমথুবা কাওবা লৈ হায়না থাজনৈ। মতুংদা অমংবা পোৎশক অসি শক্তি অদু নত্তে, অতোপ্পা অমা লৈরি হায়বা থম্না হেন্না চুম্বা বাখল অসি খংখি। হকচাং শাগৎপদা অতোপ্পা শক্তি অমা চংলবদি, অমংবা পোৎ অদুসু শাগৎপদা অতোপ্পা শক্তি অমা চংগনি। শক্তি অসিবু সংস্কৃত্তা আত্মা কৌই। আত্মা অসিনা অমংবা পোৎ অসিগী থোঙদা অমোবা হকচাং কাওনা খুদোয়কই। অমংবা পোৎ অসি পৃক্রিংগী তুংনফম্নি হায়না লৌনৈ, অদুগা আত্মাদি মসিগীসু বাংমদা লৈ। শক্তি অসি পৃক্রিং নত্তে, অয়মদি মসিনা পৃক্রিংবু থোই, পৃক্রিংগী থোঙদ থবক তৌই। মংগী আত্মা অমা লৈ, ঐগীসু অতোপ্পা আত্মা অমা লৈ, ঐখোয় খুদিংমক তোঙান তোঙানবা আত্মা অমসুং হকচাং লৈ। মখোয় অসিগী পাম্বৈনা ঐখোয়না মপানগী জগৎ অসিবু শিজিন্নৈ। আত্মা অসি কন্নিনো অমসুং মসিগী শাজৎ কন্নিমো হায়না থাহংনৈ। মসিগী মরমদা য়াম্না থম্নৈ, আন্দাজনচিংবা য়াম্না তৌনৈ। দর্শনশাস্ত্রগী তোঙান তোঙানবা মিৎয়েংনা মসিবু য়েংডুনা নৈনৈ। আত্মা অসিগী মরীদা ভাখিবা বারেপ থম্না ঐনা ময়ামগী মমাংদা পুথোকচগে।

তোঙান তোঙানবা দর্শনগী বাপুনা মসিমদি য়াৎনৈ মতুদি আত্মা অসি মওং লৈতে, শকওং লৈতে, শকওং অমসুং মওং লৈতবা পোৎশক অদুদি মতম পুম্নমক্কা মাংবা লৈতনা লৈবা পোৎশক অমা ওইবা ভাই। বাথলগা লোয়ননা মতমগী থোংচৎ হোই, অথাপ অনকসু পৃক্রিংদা লৈ। কারণ (থবকী মরু) মতম

য়াওদনা লৈবা ওমদে। মরমদি মকোক মথংগী ৱাখল লৈতবা থবকী মক্ক করণ লৈবা য়াদে। কাল দেশ অমসুং কারণ অসি পুক্লিংদগী থোকই হায়রবদি পুক্লিংদা লৈ। অদুবু আত্মা অসিদি পুক্লিং ৱাখলগী ৱাংমদা লৈবা মরম্না কাল দেশ অমসুং কারণগী ৱাংমদা শোইদনা লৈগনি। অদুগা মসি কাল, দেশ অমসুং কারণগী ৱাংমদা লৈবা মরম্না মসি শোইদনা মপান নাইদবা ওইগনি। অদুদগীদি ঐখোয়গী দর্শনশাস্ত্রগী থাইদগী ফজবা অমসুং অৱাংবা জ্ঞান থোরক্লে। অসিগুম্বা মপান নাইদবা পোৎশক অসি অমত্তনি, মসি অনিগুবা য়াদে। মরম অসিনা ঐগী আত্মা, নাগী আত্মা হায়না তোঙান তোঙান উনরিবসি অরানবনি। থাঙ্গেশেংবা মীদি অমথক্তনি, মসি মপান নাইদে, মাদি মতম পুম্নমক্তা মাংবা লৈতে। মপান্থোংগী উৱিবা মীশক অসিদি ফজমক মহাক্না চাউদুনসু থাঙ্গেশেংবা মী অদুগী মমীত্তা ওইজবনি। থাঙ্গেশেংবা মী অদুদি দেশ কাল অমসুং কারণগী ৱাংমদা লৈ; মরম অসিনা অশেংবা মী অদুদি মনিংতম্মি, অকা-অপুন লৈতে। ঐখোয়না উৱিবা মপানগী মীশক অসিদি দেশ, কাল অমসুং কারণনা পুন্সি নক্রগা দার্শনিক অমগী মরোল্দা পুনবগুম তৌই; অদুবু থাঙ্গেশেংবদি পুনবা ওমদে। মতম পুম্নমক্তা লৈবা, মপান নাইদবা মওংমতো অসি ঐখোয়গী আত্মাগী অচুম্বা লীচৎনি। আত্মা খুদিংমক লোইবা থবা নাইদে; মরম অসিনা আত্মাদি পোকপা শিবা নাইদে। অতাং থবা পরীক্ষা তৌই। ওবাবা মতুখায়দা থবা লুরূপ তৌবা প্রশ্ন হংই। অমদা হংই—"পৃথিবী

অদি কিন্নহৌনা তাক্লিবা কৱিগীনো?" ওৱা অসিনা মধ্যাকর্ষণ শক্তিগী পাওখুম খুমহন্নিংহৌনা হংবনি। অদুবু ছাত্র য়াম্মনা খুন্না হৌমদ্রে। মতম অসিদা পিকখ্রবা মুপীমচা অমনা অতোপ্পা মাহৎ অমা হংজিন্দুনা খুমলম্মী—"পৃথিবীনা কদাইদা তাগনি?" মাহৎ অসি অর্থ য়াওদে; মরমদি পৃথিবীগী কাবা তাবা লৈতে। মথাক মাইক্রবা অহাংবা শূন্যং অসিদা অকা-অকুম লৈতে—অকা-অকুম অসিদি অমগা অমগা মরী লৈনবা মাহৈনি। লোইবা থম্বা মাইদরা মথাক মাইদবা পোৎশক অদুগী অচং-অথোক লৈবা হৌবদে। মরমদি মসি কদাইদগী লাকনি অদুগা কদাইদা চৎকনি?

অদুম্বা মীওইবনা অচং-অথোক মাইবা হকচাং অমসুং ৱৈৎথিবা ওইরক্লদবগী মাথম থোকপা ভুম্নবা মতমদা মী অদু থরা-হেন্না মাংবা থাক্তা কারে হায়বা য়ারে। হকচাং অসি অশেংবা মী অদু মত্তে, অকা-অকুম নাইবা পূক্নিংসু অশেংবা মী অদু মত্তে। পূক্নমকী মাংমদা লৈবা আত্ম অদুতনা মতম চুপ্পা লেংদনা লৈ। হকচাংগা পূক্নিংগদি অতৎ অথম লৈতনা হোংই। ভুরেলগী ঈচেল অসি ঈথোক ঈনোৎ য়াম্না হৌদুনা অতৎ-অথম লৈতনা হোংই; অদুবু ভুরেল অসি ময়ক তত্তনা অদুম্মক চেল্লকই নিংই। হকচাংগী অকুপ্পা শরুক খুদিংমক তত্তনা হোংলি, কমা-মতমা ভাইহাকতংগী ওইরবসু হকচাং অসি লেংদনা থম্বা ভুমদে। অদুবু ঐথোয়না হকচাং অসিবু করিমত্তা হোংদনা লৈরোই অদুম্মক নিংই। পূক্নিংসু অসি মভাই—মিৎকুপ অমনা মুংভাই, মিৎকুপ অমদনা বাই, মিৎকুপ অমদনা কল্লি, মিৎকুপ অমদনা শোল্লি—

মসিদি লেপ্পা নাইদবা লৈমিবা যোংলৈসুংশিংকুম্নি। হোংবা মাইবশিংসি আত্মা ওইবা য়ারোই; মরমদি আত্মাদি আনন্দনি, লোয়বা খপ্পা মাইদবা পোৎশক অমনি। অহোংবা অমসুং অওনবা হায়বসি ভমথৈ মাইবা পোৎশক্তা থোকই। অসিগুম্বা অমসু অসি করিগুম্বদসু ওল্লি হায়বসি তাবা য়াদবা য়ানি। ঐ হোংবা য়াই, নং হোংবা য়াই, বিশ্বজগৎকী শরুক খুদিংমক অহোংবা অমসুং অওনবা মাইরি; অদুবু বিশ্বজগৎ অসি পুন্সা লৈরবদি মসি হোংদে অমসুং ওন্দে। অরেংবা খোঙচৎ হায়বসি অমগা অমগা মরী লৈনবা য়াহেনি। ঐনা অতোপ্পা পোৎশক অমগা মরী লৈননা লেংই; অদুবু বিশ্বজগৎ অসি পুন্সা য়েংলবদি মসিনা অতৈ করিগা মরী লৈমরগা লেংগনি? বিশ্বজগৎ অসি নত্তবা অতৈ লৈতে। মরম অসিনা মপান নাইত্রবা বিশ্বজগৎ অসিদি লেংদে, হোংদে, মপান নাইদে অমসুং অশেংবা মীশক হায়বদু মসিনি। মরম অসিনা অশেংবা পোৎশক্তি ভমথৈ মাইবা পোত্তা লৈতে, ভমথৈ অমসুং মপান মাইদবদা লৈ। ঐথাক মীওইবা হায়বসি তত্তনা হোংবা পিকখ্রবা জীবনি হায়বসি ওইদবা মায়ানি। মী হায়বসি মপান মাইদে, মফম খুদিংদা, য়োই হায়রবদি অয়াম্বনা ভরে। তশেংবদি ঐখোয়না তোবা থবক খুদিংদা, ঐখোয়না থাংবা খোঙথাং খুদিংদা, ঐখোয়না খৎপা লৈ খুদিংদা, ঐখোয়না অনুভব তোবা থম্মোয় খুদিংদা ঐখোয়না মপান মাইদবা মতৌ অসি তত্তনা হোংলি।

মসিগী য়াফম অসি হায়রবদা মী অয়াম্বনা তুজুংলৈ। কা

মীগী থোইদোকপা মওংমতৌ অদু মাংলগদ্রা হায়না মখোয়না পাখক্লবা হংই। মী মীগী থোইদোকপা মওংমতৌ হায়বদু করিনো ? ঐদি মসি করিনো য়েংনিংই। অভাংগী মকোক হোৌদে। অদুগ চাঞ্জিরকপগা লোইননা মকোইসু হৌরকই। মকোই হৌরকপা মতমদা অভাংগী থোইদোকপা মওংমতৌ মাংখ্রে হায়গদ্রা ? অদু ওইরবদি ঐগী মিৎ নাম ভাংলবদি নত্রগা থুং নাম তেক্লবদি ঐগী থোইদোকপা মওংমতৌ মাংখ্রে হায়বা য়াদে। অদু ওইরবদি হৱানবনা হৱানবগী শাজৎ থাদোকউ য়াররোই, মু থকপনা মু থক্লপা থাদোকউ য়াররোই ; করিনা থাদোক্লরবদি মখোয় মখোয়গী থোইদোকপা মওংমতৌ মাংখিদোরি। থাজৈশংবদি মপান নাইদবা অনম্বদা মশা মশাগী থোইদোকপা মওংমতৌ লৈ, হকচাংদা লৈরা-মক্তে। হোংবা নাইদবা মতৌদি মসিতনি। অতৈ পোৎ খুদিংমক্তিং অতং অথম্ লৈতনা হোংদোক হোংজিন তৌরি। অদুগা থোই-দোকপা মওংমতৌ হায়বসি স্মৃতি হায়বদি নিংশিংবগী পাজন্দমক্তু লৈতে। মরমদি কোক্তা চৈনাখোন অমা কংদুনা ঐনা হৌখিরা পুন্সিগী থোদোকশিং নিংশিংদ্রবদি ঐগী থোইদোকপা মওংমতৌ-পুম্নাং মাখ্রে. লোইরে হায়বা তারি। ঐনা নিংশিংবা থোক্লবা পুন্সিগী শরুক অদুদি ঐ থক হিংখিদ্রি হায়বা বাপু অসিদি মী অমগী থোইদোকপা মওং মতৌগী খুল্লবা মিৎয়েংনি।

ঐখোয়দি মীবু ওইদ্রি। মপান নাইদ্রবা মী অদু ওইদে তাদ্রি। মহা কনা মীওইবগী অশেংবা নীচৎনি। লৈরিবদি মহাক্তদি মহাক্রাচ্ছ রিথজগাৎ অসি শিনবা থুংনা লৈ। অমখৈ নাইবা পোক্তা-

অহুকী মতিক খোইদাম্বিবমখৈ অহুকী মতিক ঐখোয় অশিনবী খায়াতা চংশিন্নি। মরম অসিমক্তি ঐখোয়না অশিববু মাল্লা কিক্লবিবনি। বিশ্বজগৎ অসিদা লৈব্রিবসি অমত্তনি হায়রা মমুং-আনা খঙলবা মতম অমুতদা অশিবগী অকিবা কোকনি। মতম অ-মুক্তিদা মহাক্না হায়গনি—"ঐদি পোৎ খুদিংদা, হকচাং খুদিংদা-জীব খুদিংদা লৈ।" মতম অসিদতা কিদবা মক্তৌ ফংগনি। তত্ত্বদা হোংলিবা সংসার অসিদা অমরগী হ্ম পনবদি মাল্লা-য়োক্লিংই। অশেংবা মী হায়বহু আত্মা অসিনি; মরমদি মহাক্তি মপাম্ন মাইদে হায়না সংস্কৃতকী দার্শনিক অমনা হায়খি। মপাম মাইখবা অমত্তবু খাইদোকপা য়াদে, মচেৎ মচেৎ শোক্না য়েন্থোক-পচু য়াদে। মহাক্তি মতম পূম্নমক্তা হোংদনা, লেংদনা অমত্তুং চপ্প লেপ্পুনা লৈ। অশেংবা মী অমা হায়বহু মহাক্তনি। মপাম্নোংদা মাল্লিবা মী ঐখোয়না অশেংবা মী অসিগী খোইদোকপা মওং মতৌ কোংনবা তাল্লি। ফত্তবনা অকবা ওইরকপা, শাবা মী ওইরকপা অসিনচিংবা অহোংবশিংসি আত্মাদা ওইবা অহোংবা নত্তে। মখোয় অসিদি মহোশা স্বভাবকী অহোংবশিংনি; আত্মাগী মতাল ফুদোরকপনি। মখোয়গা ঐগগী মরক্তা যুখল অমা-লৈরে হায়না খনসি। যুখল অসিদা অহোবা মচা অমা লৈ। অহোবা অসিদা য়েংলগা ঐনা মী কয়ামরুমগী মমায় উবা ফংই। অহোবা মথুল অসি থবা লাওহল্লবদি থবা হেমা মাল্লা উবা ফংই। যুখল অহু পূমলো লোথোকশ্রবদি ঐগা মখোয়গা মাল্লোনবা লেপমিন্নগনি। অদুগুম তোরিবৈপ্পা মরক্তা নহাক্তি ফারিবদা

হোৎনে অমস্তুং লেংদে। অহোংবা অমস্তুং অওনবা মাইথিবদি অহোবা মথুল অচুত্তনি। মখোয়না অস্থম অস্থম ঐগী মাংদা কোংদোয়কপতনি। আত্মা অসিগী মতৌস্থ মসিনি। মপুংফানা শায়েপ তানগদবা নত্তে। ঐখোয় হায়না মপুং ফারবনি অমস্তুং অফা অপুন লৈত্রবনি। ধর্ম্ম অমস্তুং ঈশ্বরগী ভাব করিনো? কুংগী লম্বী থিরিবা করিগীনো? মীওইবনা ঈশ্বর থিরিবা করিগীনো? জাতি থুদিংদা, লৈবাক থুদিংদা করিগীদমক মীওইবনা মীদা, ঈশ্বরদা মত্রগা করিগুম্বা মকম অমদা কিদম অমা তাররিবা করিগীনো? মরমদি কিদমগী ভাব অসি ঐখোয় ইশাদা হায়না লৈরবনি। ভাব অসি ঐখোয়গী থম্মোয়দা তিং তিং চোৎলি, অসিবু ঐখোয়না মপান্দগীনি হায়না শেরায়না লৌরবতনি। ঐখোয়গী মনুংদা লৈরিবা লাই অসিনা মহাকপু কোইথি থিহল্লি। স্বর্গ, পাতাল, লাইশঙ, মন্দির, পৃথি শিনবা থুনা কুইনা মাবু থিজুনা কোইরুরগা লমথাকমদা হায়রবদি ঐখোয় ইশা ইশাগী আত্মাদা অমুক হন্নিল্লকই। মকম অসিদা ঐখোয়না অমত্তা ওইবা মহাকপু থেংনৈ। মহাক অসিবু থিবদা পৃথি শিনবা থুংলুরে, গীর্জা, মসজিদ, লাইশংদা য়াম্না কল্লুরে। অথুপ্পা পুম্নমক্কী খ্বাইদগী কেন্না থুপ্পনি, লৈচিন নোংকাই য়োম্বনি; অমকপাদগী খ্বাইদগী মকপনি, পুন্সিগী অশেংবা মতৌনি হায়নরিবা অমত্তা ওইবা মহাক অচু অতৈ করিস্থ নৎলমত্রে ঐখোয়গী আত্মাদি ওইরগে। মনুংগী মহাক অসিবু ফোংদোকউ, শেংদোকদবা নত্তে, মরমদি মহাক হায়না শেংচুনা লৈরবনি। মপুং ফাহনগদবা নত্তে

মরমদি মহাক হায়রম' মপূং ফায়রবনি। প্রকৃতি হায়বসি মখলঙ্গুবরি মুন্সিবা অশেংবা পোৎশক অমুবু লুমশিন্দুনা থম্মি। ঐখোয়না তৌরিবা অকবা মাখল অমসুং থবক খুদিংমক মখল অমিবু শেগাইনবনি। অদুকী মতিক অকবা থবক তৌরগা মপান মাইদবা মক্তবা ঈশ্বর অদু অদুকী মতিক কোংদোয়কই।

মীওইবা পূম্বগী ইতিহাসকী মায়ৌদি অসিনি। মখল অসিনা অদুকী মতিক পাথমল্লগা মরুমদগী মঙাল অসি অস্থম অস্থম ঙামবা হেল্লকই; মরমদি ঙামবা হায়বসি মাগী মহৌশানি। অসিবু থঙবা ঙমদে। ঐখোয়না অয়েম্বদা মসিবু থঙ্গে হোৎনৈ। থঙবা য়াবা পোশক অমা ওইরবদি মাগী মওং মতৌ ওইরিবসি ওইরক্লোই, মরমদি মহাক্তি মপাম মাইদবা হীরম্মি। জ্ঞান মায়কবসিদি ঙমথে য়াৎপনি অমসুং পোৎশক অমা ওইনা পুথোকপগনি। অদুগা মহাক্তি পোৎ খুদিংমকী মপান মাইদ্রবা হীরম্মি, বিশ্বজগৎকী পুৎপা মাইদ্রবা সাক্ষীনি অমসুং ঐখোয়গী আত্মানি। জ্ঞান হায়রসিদি মথাথংবা থাক অমনি। ঐখোয় ইশামক্না মপান মাইদ্রবা থৌরম ওইরবদা করম্না ঐখোয়না মসিবু থঙবা য়াগনি। মসিগী পুন্সিমকী অশেংবা মওং মতৌনি অমসুং মীপুম খুদিংমক্না মসিবু তোঙান তোঙানবা মওংদা কোংনবা হোৎনম্মি। মরমবদি পৃথিবীদা শাজৎ-লীচৎকী নীতি অমুক য়াম্না লৈরিবসি করিগীনো? নীতিশাস্ত্রগী ব্যাখ্যা কদাইদনো? নীতিশাস্ত্রগী মরুওইবা মাহৌ অমা লৈ, মাহৌ অসিবু তোঙান তোঙানবা মওংদা কোংদোইরক্নি। মাহৌ অদুদি মীগী মনবা তৌবা হায়বসিনি। মীওইবগী অমমিং

ঈথিন্দি মী অমসুং শা-চাদা দান তৌবা অসিনি। অদুবু অসি পূন্নমক অসি "ঐ বিশ্বজগৎনি, বিশ্বজগৎ অসি ঐনি" হায়বা লেংত্রবা অচুম্বা অসিবু তোঙান তোঙানবা মওংদা হায়জবতনি। মত্রবদি অসি পূন্নমকসিগী মরম অতে করি ওইগনি? ঐনা করিগী-দমক অতোপ্পগী ফমবা তৌকম থোকই? করিনা ঐবু তৌ হায়না ইমশিল্লি? অসি পূন্নমকসি অমত্তা ওইবা মান্নবা বাখল্দগী থোকপনি। কন্নবা থম্মোয় ফাওবা করিগুম্বা কান্দা অতোপ্পগী অৱাবদা অৱাবা কোংদোকই। মশাগী বাখল থাদোকপা হায়বসি অচুম্বা নীতি পূন্নমকী মরুনি। মসিদি মপাঙ্গোংদা উৱিবা ঐ অসিগা মন্নী লৈনবা বাখল পূন্নমক থাদোকপনি। 'ঐ' 'ঐ' হায়বা অহঙ্কার অমসুং মমতা অসি মমাংতৈগী অন্ধবিশ্বাসনি। হৌজিক্কী উৱিবা ঐ অসি অদুক্কী মতিক লোইশিনখ্রগা অশেংবা ঐ অদু অদুক্কী মতিক ময়েক ল্যানা চোংথোরকই। মসি নীতিশাস্ত্র পূন্নমকী হৌফম ওইবা মরুনি। মী অমনা খণ্ডলবসু খণ্ডত্রবসু, পৃথিবী পূম্বনা য়ান্নবসু য়ানত্রবসু হায়রিবা লীচৎ অসি চৎননবা হোৎনরি। মী পূন্নমক থাঙ্গে-শেংনদি খণ্ডদ্রগা লীচৎ অসি চৎলি। হৌজিক্তি ঐথোয় তশেংনা মশক খণ্ডনা চৎলি। 'ঐ' 'ঐ' হায়দুনা কোইতান তান্নরিবা ঐ অসিদি অশেংবা ঐ নত্তে, মসিদি অশেংবা ঐবু ফাজিনবনি হায়বসি নিংথিনা খণ্ডলবসি। হৌজিক্কী ঐ অসিদি মপান নাইত্রবা অশেংবা অদুবু হাইফেক্তুং উবা মিৎয়েংনি, মপান নাইত্রবা মৈ অদুগী পিক্লবা মৈরিক অমনি। উৱিবা ঐ অসিগী অশেংবা লীচৎতি পোকপা শিবা নাইদবা মপান নাইদবা মঃতৌনি।

জ্ঞান অসিগী কান্নবা অমসুং ফলদি করি কন্নিনো? হৌজিক্কী মতমদা পোৎ খুদিংমক কান্নবগী খন্দা ওল্লি—পাউণ্ড কয়া, শিলিং কয়া অমসুং পেনি কয়াগী দাগনো হংনৈ। অচুম্ববু শেন্না নত্রগা কান্নবনা ওনগনি হায়বসি কনাগী অধিকারনো? কান্নবনা অচুম্বগী চাং য়েংগদবা নত্তে। অদুন্নদি ওইরগা অচুম্বদা খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা ফংই। অয়াম্বনা নুংঙাইবসি কুইরোইদবা, মাংখিগদবা পোৎশিংদা ফংনবা তানৈ। অদুবু ইন্দ্রিদা নুংঙাইবা ফংবা য়াদে। ইন্দ্রিদা নত্রগা ইন্দ্রিগী ভোগ তৌবদা থাঙ্গেশেংনা নুংঙাইবা ফংখিবা মী অমত্‌া লৈতে। নুংঙাইবা হায়বসিদি আত্মাদা লৈ। মরম অসিনা আত্মাদা নুংঙাইবা থিবনা মীওইবগী খ্বাইদগী কান্নবনি। মথংগী বাফম্না মসিনি মদুদি অপংবা হায়বসিনা অবাবা পুন্নমক্কী মরুনি। অদুগা পোকপা শিবা নাইদবা মহাত্মা কপ্পি, বাই অমসুং মহাক্তি ভমখৈ নাইবনি হায়বসিনা খ্বাইদগী শাখিনা পংবা নত্তোনি। পোকপা শিবা নাইদবা অমর ওইবা, মতম পুন্নমক্তা শেংনা লৈবা, মপুং ফাবরা আত্মা অসিবু অপিকপা পূক্লিংনি অমসুং অপিকপা হকচাংনি খল্লিবসি অপংবা পুন্নমক্কী মুক্ষন্নি অমসুং পূকচেল পিকপগী মমানি। ঐ অসি অপিকপা হকচাং পুবনি হায়না হেক খল্লকপদা ঐনা মসিবু য়োক্লনবা, থাক্লনবা, ভাক্লনবা অমসুং ফজহন্নবা অতৈগী মহাম তারবস্থ কন্না হোৎনরকই। মতম অসিদা ঐগা নংগা তোঙান তোঙান তারে। তোঙান তাবগী বাথল অসি হেক লাকপদা অবাবা পুন্নমক্কী থোঃ হাংলবনি। ভসি তাইবংমী মরক্তগী খরদং চোংথোক্ত বা

পুক্‌চেল পিকপা, ওইজবা তানবা, মিৎয়েং খুবমচিংবা হুপ্পেকপা শ্রবদি ভাইবংপান অসি হয়েংদি লাইরৈবাক ওইগদবনি। অদুবু যন্ত্রকল অমসুং পোৎকী জ্ঞান চাউখৎপমদি মুংঙাইবা য়ারোই। মখোয় অসিদি অরাবদা হাপকৎলি, মৈদা ঘী হৈরগা মৈরীদা কনবা হেল্লকই। আত্মাগী জ্ঞান য়াওদনা পোৎকী জ্ঞানতনদি মৈদা ঘী হৈবগুম্বনি। মসিনা ওইজবা তানবদা হালেংদ্রবা মীশিংগী মথুত্তা ময়ামগীদমক কখোকপগী ওয়তৈনবদা মীগী মরন-মথুম অমসুং সম্পত্তি মুন্নবগী থুৎলাই পিশিল্লি।

অদুদি মসি থবক্তা পানবা য়াবরা ?—যাহৎ অসি হংনিংঙাইনি। লৌকিকী সমাজদা মসি শিজিন্নবা য়াব্রা ? অচুম্বনা লীরবসু নৌর-বন্ধু করিগুম্বা সমাজ অমগী খোঙলৈ মতুংইন্না জগোই শাদে। সমাজনা অচুম্বগী খোঙলৈ মতুংইন্না জগোই শাবনি। অচুম্বনা মুক্ষম ওইদুনা সমাজ শাগৎকনি, সমাজগী পোইরৈ য়েংদুনা অচুম্বনা চৎকদবা নত্তে। ইশাগী ওইজবা থাদোকপগুম্বা অচুম্বা অসিবু চৎপা শুমদ্রবদি জঙ্গলদা লৈরুবনা মতিক চায়ে। মদু থৌনাফবা মীগী মত্তৌনি। থৌনা মখল অনি শুই। থৌনা অমনা তোপকী মমাংদা লেপ্পবগী থৌনানি, অমনা আত্মাগী মশক খঙমবা হোৎনবগী থৌনানি। ভারত্তা লাম তারবা সম্রাট অমদা ভারতকী মুণিঋষিশিং উবক্লচৎল্লু হায়রে। য়াম্না থিরবা মতুংদা নুং মথক্তা ফমদুনা লৈরবা অঙ্গ অমা থেংনরে। সম্রাটনা ঋষি অদুবু মহাক্কী দেশত্তা চৎসি হায়রে। "চৎলোই," ঋষিনা হায়রকই, "বম অসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইদ্রি।" সম্রাটনা হায়রকই, "ঐ মংহোন্দা লুপা, ফম অমসুং

শেনথুম পীগে। ঐ পৃথিবী পুম্বগী নিংথৌয়েন্নি।" ঋষি অদুনা খুম্নকই, "চৎলোই, ঐ অদু পুম্নমক কন্নিসু পামদে।" সম্রাটনা খুম্নকই, "মং চত্রবদি হাংকনি।" নিপা অদুনা য়াম্না ইংনা মোমোন্স তৌনা হায়রকই, "সম্রাট, খ্বাইদগী পংবা বা অমা মংনা হায়রে। মংনা ঐবু হাৎপা ঙম্লোই। মুমিৎনসু ঐবু কংহনবা ঙম্লোই, মৈনসু ঐবু চাকথেকপা ঙম্লোই, থাংনসু ঐবু ককপা ঙম্লোই; মরমদি ঐদি পোকপা নাইদে, শিবা নাইদে, মতম মফম খুদিংদা লৈবা শক্তি পুম্বগী মপুনি।" মসি আত্মাগী থৌনানি, সম্রাটকী থৌনাদুনা মোংশা মন্ত্রগা কৈগী থৌনানি। খৃঃ ১৮৫৭ কী লালহৌদা স্বামী অমা লৈরম্মী। মহাক অসি মহাপুরুষ অমনি। পাঙন লানহৌবা অমনা স্বামী অসিবু থাংনা থিল্লে। হিন্দু লালহৌবশিংনা পাঙন অসিবু ফাদুনা স্বামীগী মনাক্তা পুরক্লে অদুগা হাৎকে হায়না হায়ররে। স্বামী অদুনা তপ্না য়েংথৎলক্লগা হায়রকই, "ইনাও ইবুঙো, ইবুঙো মহাক অদু নহাক্নি, ইবুঙো মহাক অদু নহাক্নি।" অসি হায়রল্লগা নিপা অদু নোঙ্গাথি। মসি অতোপ্পা খুদম অমনি। অচুম্বদু নখোয়গী সমাজদা চনশিনবা ঙমব্রবদা নখোয়গী আইন-কানুন অমসুং ব্যবস্থা অমসুং নখোয়গী নপাম্বোমগী পাঙ্গল অদু কন্নি কাম্নরিবগে? নখোয়গী সমাজ অমসুং পাঙ্গলগী মরমদা করম্না চাউথোক্লিবনো? পাউণ্ড, শিলিং, পেনি নত্তনা থবক্তা চন্নবা য়াবসি অতৈ কৈত্রবরা? খ্বাইদগী চঙথোনবা অচুম্ববু নিঙ্গিগী থবক্তা শিজিন্নরিবা সমাজ অদু খ্বাইদগী হেন্না চাউই। মসি ঐগী মতনি—অচুম্বগীদমক সমাজনা মতিক চাত্রবদি য়ারিবনথৈ

থুনা মতিক চাহল্লু, অদুগা অফবা ওইগনি। নিপা-মুপী খাইদবা হৌগৎলু, অচুম্বদা থাজবগী থৌনা, অমসুং অচুম্ববু শিজিন্নবগী থৌনা চেল্লু। জগৎ অসিমা থৌনা ফবা নিপা-মুপী চামরোমদং দরকার ওই। অচুম্ববু খঙ্গে তাম্বা, অচুম্ববু পুন্সিদা উৎকে থৌরাংবা, অশিববু কিবগী মহুত্তা তয়াম্না কৌশিনবা ওম্বা, মহাক্কি আম্মানি, বিশ্বজগৎ অসিনা মহাকপু মাংহনবা ওয়োই হায়না লেপ্না থাজরিবা অসিগুম্বা থৌনা অসি শাজেম তৌদুনা য়েংউ। অদু ওইরবদি নহাক মনীংতম্বা হায়বদু ওইগনি। মতম অসিদা মহাক্না মহাক্কী অশেংবা আত্মা মশক খঙ্গনি। "আত্মা অসিদি অহানবদা মসিগী মরম তাগনি, অদুদগী খনগনি অদুদগী ধ্যান তৌগনি।"

হৌজিক্কী মতমদা বাখলবু চিংথরগা থবকপু য়াম্না থাক্সৈনবগুম তৌরি। থবক তৌবা হায়বসি য়াম্না কৈ; অদুবু থবক্কি বাখল্দগী থোরকই। হকচাংগী শদোংদা পাঙ্গলনা ফুদোরকপবু থবক কৌই। অদুবু বাখল লৈতবা মফমদা থবক লৈবা হৌমদে। মরম অসিনা থম্মোয়দা অরাবা বাখল অমসুং ফিদম হানজিল্লু অদু ওইরবদি অচৌ অচৌবা থবক থোরক্কনি। অমাংবগী রা পনগনু, মসিগী মহুত্তা ঐখোয় অশেংবনি হায়য়ু। ঐখোয় শোল্লি, পোল্লগা শিগদংবনি, ঐখোয়দি কাওশিংনি অসিনচিংবা মতুবা বাখলশিংসিনা ঐখোয়বু পূমপং পংহল্লে।

নোংশা অমোম অমগী বারী লৈ। নোংশা অমোম অসি গর্ভ লৈরে। নোংমা মহাক্না মচিঞ্জাক থিবা অতুম লাকপদা য়াও

শম্মু-অমা চাক্তাবম্বা উবে। মহাক্না য়াও লাকে হায়দুনা চোংশিল্লি; অদুমু নোংশা অমোম অদু চোংবসিদা শিরে। মবুক্তগী নোংশা মচা অদু মমা য়াওদনা পোক্লে। নোংশা মচা অদু মমা য়াওদনা য়াওশিংনা য়োক্লে। নোংশা মচা অসি য়াওগুম্না শজিক চাবা, মকুম-লাকুম, মখোং-লাকখোং পুম্নমক য়াওগুম্না ভৌরে। খরা লৈরগা নোংশা অসি চাউরক্লে; অদুবুদি মহাক্তি মশামক অসি য়াওনি হায়না খল্লি। নোংমদি অতোপ্পা নোংশা অমা মচিঞ্জাক থিরা লাক্লে। য়াও মরক্তা নোংশা অমা শজিক চাবা অদুগা মন্নাক উবদা কিদুনা ময়ামগা চেনমিন্নবা উবদা নোংশাদু পুমক্তক ঙক্লে। নোংশা অসিনা য়াও নোংশা অদু য়াও নত্তে, নোংশানি হায়বিগে হায়দুনা য়াও নোংশাগী মনাক্তা চংশিল্লি। অদুবু য়াও নোংশা অদু মহাক চংলকপদা হৌদুনা চেল্লি। অদুম ওইনমক নোংশা অসিনা খুদোংচাবা তাপ্পা অমা ভাইরে। নোংমদি য়াও নোংশা অদু ভুমদুনা লৈরম্মী। নোংশানা মাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই, "নং নোংশানিনেহাই।" য়াও-নোংশানা খুম্নকই, "নত্তে ঐ য়াওনি।" অসি হায়রগা য়াওগুম্না খোংলক্লে। নোংশানা য়াও-নোংশাবু পাং অমা তাম্না চিংদুনা পুরে অদুগা হায়রকই, "য়েংউ, অসিদা নংগীগা ঐগীগা মমি তারে।" অদুদগী কুপ্না চাক্লে। য়াও-নোংশানা মশাগী মমিদা অমুক য়েংই, অদুগা নোংশা অপেংবদা অমুক য়েংই। অদুদগীদি মহাক মশামক নোংশানি হায়বসি থাজরে। হৌজিক্তি নোংশাগুম্না খোংবা হৌরক্লে, মহোশাগী য়াওগী মখোং থাদোকখ্রে। অসিগুম্নমা

ঐখোয়সু মোংশানি। শেংলবা মপূংফাবা অমসুং মপাম মাইক্রব আস্তানি। ঐখোয়গী ইশাদা 'বিশ্বজগৎকী শক্তি তূংদুনা লৈল "হে মরূপ, নং করিগী কপ্লি ? নংদি পোকপা শিবা মাইদবনিদ নং করিগী কপ্লি ? নংগী অনা-অয়েক অমসুং অবাবা লৈরে, নংদি মপাম মাইত্রবা অতিয়াগুম্বনি। অতিয়াসিদা মচু মচুগী লৈচিন্না অতিয়াসিদা চংদুনা মিৎকুপ খরা কুপ্লন্নগা মাংখ্রি। অদুবু অতিয়া অসিদি মতমলৈবা খিবিক্তা চপ মান্ননা মপাম নাইদনা শংদুনা লৈরি।" উ য়ামখিবগী মখোক অমা অমম্বদা লৈরম্মী। হুরানবা অমা মাইকৈ অদোমদা অমম্বদা লাকপদা উরে অমসুং মহাক্না হায়রকই, "মদুদগীসি পুলিসনি।" পাখং অমনা মাগী মুংশিবী ভাইদুনা অসুম লৈবদা উতুপ অসি উরগা মাগী মুংশিবীনি হায়রকই। ভূতকী বারীমা কিহল্লবা অভাং অমনা উতুপ অসি উরগা ভূতনি হায়দুনা কপ্লি। অদুবু উতুপ অসিদি মতম চুপ্পদা উতুপ ওইদুনা লৈ। ঐখোয়না তাৎবং অদিবু ঐখোয় ঐখোয়গী মিৎয়েংনা য়েংই। হৌজিক য়েংলি— কা অমদা টেবল মথক্তা সনাগী থাও অমা লৈ। মনাক্তা অভাং অমসু লৈ। হুরানবা অমা চংলক্লুনা সনাগী থাও অদু হুখে। অভাং অদুনা সনাগী থাওদু হুখ্রে হায়না নিঙ্গদ্রা ? নিংলোই। অসিগুমদুনা ভাইবংপান অসিদা মন্নুংদা লৈরিবা পোৎ অহ ঐখোয়না মপান্দা উই। অভাং অদুগী থম্মোয়মুংদা হুরাম্বদা লৈতে, মরম অসিনা মহাক্না মপান্দা হুরানবা উদে। জ্ঞান পুরু- মকসু অসি মন্তাই। সংসারগী পাপতাপ, ককতবনচিংবগী শা

হায়গনু। অসিগী মহুত্তা ভাইবংসিদা ফত্তবা কয়া থেংনগদৌবা বাংলি থগুউ। পাপনু থেংনগদৌবা য়াম্না বাংলি—মফম খুদিংদা পাপ লৈরি। ঐখোয়না তেংবাংবা ভল্লবদি চুমথোক্লবা তেংবাংসি চুমভা চৈ-থাংবদা করিমত্তা কাম্নবোই। চৈহৎপীরগা মী শোম্হরকই। করিমা পাপভাক, অবা-অমা, কল্লক-মিহৌ পুম্নমক অসি শোনব-দগী থোকপনি। নিত্তিগী শোম্নহনবা মন্ত্র কামশিনবিদুনা ভাইবং-পান অসি অসুম অসুম শোম্হরক্লে। মীওইববু অভাং হেক ওই-রকপদগী অশোনবনি অমসুং পাপচেনবনি হায়না তম্বিরকই। মসিগী মহুত্তা মখোয় পুম্নমক শিবা নাইদবা অমর অদুগী য়াইফরবা মচামগুনি হায়বসি পিকপ্রবা জীব কাওবদা তম্বিয়ু। অভাং ওইরি-বৈদেগী ছোনা চাউখৎনিভভাই ওইবা, তেংবাংনিভভাই ওইবা পাঙ্গল লৈবগী বাথমা মখোয়গী থোপ্তা চংবা ওইসনু। পাঙ্গল হাপ্পা বাথলশিংসি লৌনবা ওনশিল্লু; পূক্নিং হকচাং শোম্হনবা অমসুং য়েথুবা বাথলশিংদা নভুং ওনথোকউ। নতোমতবু হায়জো—"ঐ মহাক্নি, ঐ মহাক্নি।" বাহৈ অসি অহিং-সুংখিল থাক্তনা ঈশৈগুম্না মংগী থম্মোয়দা মিনসনু অদুগা শিরমদাইদনু "ঐ মহাক্নি, ঐ মহাক্নি" হায়না শোনবা ওইসনু। মসিনি অচুম্বা হায়বনু। পৃথিবী পুম্বগী মপান নাইত্রবা শক্তিচু মথুত্তা লৈরে। পূক্নিংবু মরোল মপ্নমা কুপ্নিবা অন্ধবিশ্বাস পূম্বা ছন্দোকখ্রো। ঐখোয় থৌনা কনা চোংথোক্লসি অচুম্বা মশক থভলো অমসুং অচুম্বচু পাজেন তৌরো। পম্বুংকম অদু থরা থাপ্লমরা য়াই, অদুবু হৌগৎলো, য়াকাইরো অমসুং পগু ফম ম্যোত্রিকাওবা লেপ্লগনু।

# মক্তম থুদিংদা ঈশ্বর

(লণ্ডনদা খৃষ্টাব্দ ১৮৯৬ কী ওক্টোবরগী তাং ২৭ তা পীখিবা বক্তৃতা)

ঐখোয়না কনা কয়া থিংগে লাক্লতুনসু ঐখোয়গী পুন্সিগী অমম্বা শরুক অসি ফত্তবনা থল্লি হায়বসি ঐখোয়না উরি। এলহৌদেগী ঐখোয় মীওইবনা ফত্তবশিংসি কোক্লবা প্রতিকার থিবক্লি, অদুবু ফত্তবশিংসি হান্নগী হান্নগুম্না অদুম্মক লৈক্লি। ঐখোয়না অদুকী মতিক প্রতিকার থিব্রিবমখৈ অদুকী মতিক ঐখোয় অসি খরা হেন্না কুপ্না ফত্তবনা কোইশিল্লি হায়বসি খঙলকই। অসিগুম্বা অক্লবা ফিভমদগী কয়নবা ধর্ম্ম পুম্নমক্না ঈশ্বরগী থাকম পুথোকই হায়-বসিসু ঐখোয়না খঙলে। চৎনথোক খঙবা মীশিংনা পৃথিবী অসিবু লৈরিবা ফিভম অসিদা অসুম্মক লৌনবা হায়রি। ফিভম অসিদা অদুম্মক লৌরবদি ফত্তবা ওাক্তা লৌশিনবা তারে। তাইবংপান অসিগী মাংমদা পোৎ অমা লৈরি হায়না ধর্ম্ম পুম্নমক্না হায়রি। ধর্ম্মনা হায়রি—ইন্দ্রি মঙানা শাবা পুন্সি অনম্বুং পোৎকী জগৎ অসিনা অয়োইবা নত্তে, মসিদি মপান্দা তৈবা য়ংগুম্বনি অমম্বুং অচুম্বা অদুগী পিকথ্রবা মচেৎ অমতনি। মসিগী মরমদা অমম্বুং মাংমদা পুম্নশেং শেংবা মপান নাইদ্রবা অমা লৈরি, মসিদদি ফত্তুবা মরীক অমত্তা পক্তে। খরনা মসিবু ঈশ্বর, খরনা আল্লা, খরনা জাহোভা, খরনা জোভনচিংবা কৌনৈ। বেদান্ত ধর্ম্ম চৎপা মীশিংনা মসিবু ব্রহ্ম কৌই।

তাইবংপানগী পুন্সি অসি থাদোকপনা কৈ হায়বসি ধর্ম্মনা তাকপা পাউতাকশিংগী মচিনি। ফত্তবশিং কয়ম্না কোকহনগদবে

হায়রুনা হংবসিগী পাণুমদি তাইবং খোঙচৎ খাদোকপসিনি। মসিগী মতাংদা য়ারী অমা লিংশিংই—নিপা অমগী মর্মায়দা কাঙ্ক অমা তৌংই। নিপা অসিগী মরূপ অমনা কাঙ অসি হাৎলিং-ঙুনা কঁয়া ফুরুবদা নিপাদুসু শিরে, কাঙদুসু শিরে। ফত্তবা কোক্রকী প্রতিকার থিবদা ঐখোয়না তৌগদবা অসিসু অসিগা মান্নে। চহি লীশিল্লবা অমসুং তাইবংপানবু মুয়া খঙ্কবা মী অমত্তনা পুন্সি অমসুং তাইবংপাম অসি ফত্তবনা থল্লি হায়বসি য়াদবা তৌরোই।

অদুদি ধর্ম্ম পূর্নমক্না তাক্লিবা প্রতিকারদি করিনো? ধর্ম্মনা হায়রি—তাইবংপাম অসি অরেম্বনি। তাইবংপাম অসিগী রাংমদা অশেংবা লৈরি। মসিগী প্রতিকার অসিনা পোৎ থুদিংমকপু ম্যাংহনবগুম তৌই। অদুদি মসিনা করম্বা প্রতিকার ওইগনি? অতৈ অতোপ্পা পান্থে লৈত্রবরা? বেদান্তনা হায়রি—ধর্ম্ম পূর্ন-মক্না হায়বিবত্ত চুম্মি; অদুবু মসি মওং চুম্না খঙদবা ওই। ধর্ম্মনা হায়বা রাফম অসি য়াম্না শেংবা হায়বদু থোক্তবনা ধর্ম্মগী রাফম অসি শেয়াম্নসু লৌনৈ। ঐখোয়না হৌজিক দরকার লৈরিবদি কোক্কা থম্মোয়গা তিন্নবা অসিনি। থম্মোয় অসি মগুণ লৈবা পোৎ অমনি। থম্মোয়সুংদগী পুন্সিগী অচোবা রাখল পূর্ন-মক্কু থোরকই। ঐদি কোক য়াওপ্রবসু থম্মোয় মচা অমত্তং পানজবদুনা থম্মোয় য়াওদবা কোক চাক্কা চাইবা পুন্সিদগী য়াম্না হেন্না পামজৈ। থম্মোয় পানবা মীগী মফমদদি পুন্সি অসি হিংবদা ওইথোকই, চাউখৎপা য়াই; অদুগা থম্মোয় য়াওদবা কোক চাক্কা চাইবা মীদি লেপকং কংদুনা শি।

অদুগা মসিমস্থ ঐখোয় খঙই মতুদি থম্মোয়তনা লমজিং[illegible] পুবা মীশিংসি তাইবংগী মীনম ছবিবা অমস্থং কত্তবা ময়াম মায়োক্তে অমস্থং তাইবং লাংগী কোমস্থংদা পুথগল্লি। মরম অসিনা থম্মোয়গা কোক্কা তিম্নবসি পাম্মি। তিম্নবা হায়বসিদা চাং অম্বদা থম্মোয়গা কোক্কা য়ামশিন্নবগী বা নত্তে; তৌইগুম্বস্থং মী খুদিংনা মপান্ম মাইদবা থম্মোয় অমস্থং অনুভূতি লৈবা অদুগা অমুকস্থ মপান্ম মাইদনা অচুম-চুমদগী বাখল লৈবা অসিবুনি। পৃথিবী অসিদা ঐখোয়না পাম্নিবা পোৎকী ভমথৈ লেপ্পা ভমত্রা? পৃথিবী অসিগী ভমথৈ লৈত্রা? মক্কম অসিদা ঐখোয়গী থম্মোয় পাকথোক্লবগী মপান্ম নাইদনা লম লৈবগুন অচুম-চুমদগী বিচার অমস্থং সংস্কৃতি পাকথোক্লবগীস্থ লম লৈ। কোক্ক থম্মোয়গা লোইবা থম্বা নাইদনা তিম্নসনু, অনি অসি থত্রাংমনা চেনমিন্নসনু।

হায়রিবা বাক্কম অসি ধর্ম্ম পূম্নমকস্থ খঙই। অদুবু ধর্ম্ম-শিংনা হেক লাম্লিবদি থম্মোয়তনা চিংদুনা পুখিবগী মস্তাংদনি। তাইবংপান অসি কত্তে, তাইবংপান থাদোকউ—মসি অকবা পাওতাক্নি হায়বদা কবিস্থ চিংমনিঙাই লৈতে। অচুম্বা খঙনবগী-দমক অয়ামনবা থাদোকউ হায়বসিদা মত অনি শুক্কম থোক্তে। অকবা কংমবগীদমক কত্তবা থাদোকসি হায়বসিদা মত অনি শুক্কম থোক্তে। অচংবা কংনবগীদমক অশিববু থাদোকউ হায়বসিদা মত অনি শুক্কম থোক্তে।

অদুবু হায়বিবা বাক্কম অসিন ইস্ত্রিগী পুন্সি অসি থাদোকপা তাবরদি ঐখোয়দা কবি লৈহোম্বিবগে? পুন্সি হায়বসি ইস্ত্রিগী

পুন্সি মতম্না করি অমা অমুক থওমম্লিবগে ? অসিগুম্বা পুন্সি অসিবু থাদোক্লবদি ঐখোয়দা করি অমুক লৈহৌম্লিবগে ?

ঝাকম অসি ঐখোয়না বেদান্তদর্শন নৈনয়কপা মতমদা খুন্না থম্বা ওমগনি। হৌজিকমক্তদি বেদান্তনা সমস্যা অসিগী লৈজিন্না পুথোক ওন্মি হায়বসিদা হায়খিগে। মফম অসিদা বেদান্তনা তাকে লাক্লিবা জগৎপু লাই ওইহনবগী মতাং অদু ময়ামগী মংদা থাঙচ্চগে।

অশেংবদি বেদান্তন্ত সংসার অসিবু কৈ হায়রদে। সংসার থাদোকপগী ঝাকম অসি বেদান্তদা চঙখোম্না তাকপগুম অতৈমা কনিংবদা তাক্কে। অদুম্বদি ওইরগা মুংসাম্বর ফুমবা পাণ্ডাক্তি বেদান্তনা থক তাক্কে। বেদান্তনা তাক্লিবদি সংসার অসিবু ঈশ্বরগী পুক্তমদা থাঙৎপনি। ঐখোয়না উরিবা, খঙলিবা মপামগী সংসার থাদোক্লগা সংসার অসিগী থাক্লেংবা মতৌ খঙবা বেদান্তনা তাক্লি। সংসার অসিবু থাঙৎলু, মসি ঈশ্বরনি। খুদিংমক্তি লৈরবা উপনিষদ অমগী অহোবদা অস্নুম্না হায়রি—বিশ্বজগৎত্তা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক পরব্রহ্মাম্না কুপকদবনি।

পরব্রহ্মাম্না পোৎ খুদিংমক কুপ্পা হায়বসি মফম মাওদনা অদুনা পুক্তহবা নত্তে, ফত্তববু উশিন্নদবসু নত্তে তৌরিগুম্বসুং পোৎ খুদিংমক্তা পরব্রহ্মবু উবা ওদগী মতৌবুনি। অদুম্না ঐখোয়না সংসার থাদোকদবনি হায়রি—সংসার থাদোক্লবদি করি লৈহৌরি ? ঈশ্বর লৈহৌরি। মসিগী অর্থ করিনো ? অংগী মুপী লৈ—মসী

সুপী অদুবু থাইনখো হায়বা নত্তে; মংগী সুপীদা লৈরিবা ঈশ্বর অদুবু থওউ হায়বনি। মচা মগু থাদোকউ—মসি করি হায়রিবগো? শাস্ত্রগী শারুৎ চৎপা মীশিংনা মচামগুবু য়ুমদগী তাদোকপগুম্বা থাদোকখিগদ্রা? নত্তে, মসি নত্তে। মসিদি ধর্ম্ম নত্তে, হিংচা-য়াভম্বগী মত্তৌনি। মসিনা হায়রিবদি মচামগুশিংগী মশাদা লৈরিবা ঈশ্বর অদুবু থওউ হায়বনি। অসুম্বা পোৎ খুদিংদা ঈশ্বর উনবা হোৎনবসি ধর্ম্মনি। অচংবদা, অশিবদা, অৱাবদা নুংঙাইবদা ঈশ্বরদি চপ মান্নবা লৈ। জগৎ পুম্নমক অসি ঈশ্বরনা থম্না শল্লিবনি। মমিৎ পাংথোকউ—ইবুঙো মহাকপু য়েংউ। বেদান্তনা তম্বিরিবদি মসিনি। মখোয়না শাগৎলিবা সংসার অদু থাদোকউ, মরমদি মখোয়গী বুদ্ধি; অচুম চুমদগী বাখল মপুং ফাদ্রি থওবা উবা ৱাৎলি, অদুগা নখোয়না শাগৎলিবা সংসার অদু অশোক্নবনা য়ুম্ফম ওইবনি। ঐখোয়তনা শাগচ্চবা সংসার, অসুক কুইনা ঐখোয়না য়াপংনা চিক্নুনা য়াম্নরিবা সংসার অমম্নুং অসুক কুইনা মসিগী মরমদা নৈনরক্লিবা সংসার—অসিগুম্বা সংসার অসি থাদোকউ। মমিৎ পাংথোকউ অদুগা অদুগুম্বা সংসার লৈরমদে—মদুদি মওনি, মায়ানি হায়বসি থওউ। থাঙ্গেশংনা লৈরম্বদি ব্রহ্মনি। সুপীদা, অঙাংদা, নিপাদা, অফবদা, ফত্তবদা, পাপতা, পুণ্যদা, অশিবদা, অচংবদা পুমথুং থুংনা লৈরম্বা অশেংবা মীশক্তি ব্রহ্ম অসিনি।

মদি ঙাম্না অকিবা কংনা চকপা য়াকনি। অদুবু খোমজনা

চাক্লে, উৎকে, খঙ্গোকে নেপ্নিবসি মসিবুনি। মসি হৌখংবক পগী য়াহৌদোক্নি।

অসুম্না ঐখোয়না সংসারগী খুদোংথিবা অমসুং কষ্টশা পূম্না য়াম্নোক্না হোৎনৈ। অতে করিমত্তা পাম্নমু। করিনা ঐখোয়দু য়াহল্লি? ঐখোয়গী অরাবা পূম্নমক্কী মরুদি অপাম্বনি। ঐখোয়না পোৎ অমা পাম্মি, অদুবু ফংদ্রে; অদুদগীদি অরাবা লাক্লে। অপাম্বা লৈত্রবদি অরাবা লৈরোই। অদুবু মসিদসু শেম্নাম্না লৌনিংঙাই লৈরি। মরম অসিনা অপাম্বা থাদোক্লগা অরাবা কোকপা হায়বসি উত্তুনা তাকপা দরকার ওই। য়েংউ, চেকপমশিংসি অপাম মিহৌ লৈতে, মরম অসিনা অরাবা নংদে। অদুবু মখোয় অসি চাউখৎপা নাইদে। চৌকি অসিগী অপামমীহৌ লৈতে, মরম অসিনা মসি কদৌঙৈদসু অরাবা নংদে। অদুবু মসি চৌকি ওইদুনা অদুম্মক লৈ। মুংঙাইবদা য়াইকবা অমা লৈ, অরাবদসু য়াইকবা অমা লৈ। থোনা ফমমবা থোক্লবসু কষ্টবদা কায়বা অমসু লৈ হায়বসি ঐনা হায়গে। ঐখোয় পূম্নমক্না অরাবগী পান্না খঙনরি। ঐখোয়না করিগুম্বদসু তৌরোই থনবা থবক কয়া ঐখোয়না তৌথ্রে। য়ানিংদনা তৌখিবা থবকশিংদু হৌজিক্কি ঐখোইগী গুরু ওইরে। ঐ ইশাগী রা হায়রগা ঐ কষ্টবমা মম্না তৌই, অকবদি থরক্তনি—অদুবু ঐ য়াম্না হরাওই। মরমদি অঁক কষ্টবা থবক খুদিংমক্না ঐডোন্দা কায়বা পান্না অমমম্ ওইরম্মী। হৌজিক ঐনা ওয়রিবা ঐ অসি ঐনা তৌখিবা থবক অমখুং থমখিবা রাখলগী মহৈনি। থবক খুদিংমক অমসুং রাখল

খুদিংমক লেপ্না মাংদে। পূম্নমক অসিগী মহৈনা পূনশিল্লগ ঐগী চাউথংপগী খোঙচং ওইরি।

ঐখোয় পূম্নমক্না অপাম্বা হায়বসি ফত্তে হায়বা খঙই, অদুবু অপাম্বা থাদোকপগী অর্থদি করিনো? অপাম্বা থাদোক্লবদি পুন্সিদি-করম ভোগনি? মসিদি কাঙ হাংপগী মতৌগুম্না অপাম্বসু মীয়া পূমশি শিরনি। মসিগী উপায়দি মসিনি—মামচাং সম্পত্তি থম্বা য়াদে হায়বা যা নত্তে। অকে-অমোগী পোৎমচিংবা নিত্তিগী দরকার ওইবা পোৎশিং অদুম্মক থমগদবনি। হায়রিবা পোৎলম-শিংসি হেন্নবু ময়াং কাইনা থম্মু; অদুদা অচুম্বতদি মশক খঙউ অমসুং অচুম্বদুবু থম্মোয়মুংদা চেৎনা থম্মু। অচুম্বদুদি মসিনি—শেনথুম অমসুং সম্পত্তি কনাগীসু নত্তে। মরম অসিনা ঐগীনি অমদি ঐন মপুনি হায়বা বাখল অসি থাদোকউ। মহাক্তি কনাসু নত্তে, ঐসু কনা নত্তে, অসিগুম্বা অতেসু কনাসু নত্তে। পোৎ খুদিংমক ইবুঙ্গো মহাক্কীনি। অহোবা ল্লোক্লা পোৎ খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ হায়বসি খঙউ হায়না তাকপিল্লে। ঐখোয়মা ভোগ তৌরিবা সম্পত্তিদা ঈশ্বর লৈ। ঐখোয়গী পুক্লিংদা হৌরক্লিবা অপাম্বদা ঈশ্বর লৈ। ঐখোয়গী অপাম্বা কোক্লথা লৈরিবা পোৎশিংদা ঈশ্বর লৈ। ঐখোয়গী ফজরবা কিজোম্বা লিককোল সবালুপানচিংবা লৈতেংদা ঈশ্বর লৈ। অচুম্বা বাখলসি পরীক্ষদি মসিনি। মিৎয়েং অসিগী মঙান্দা পোৎ খুদিংমক মশক্কা হোংলক্কনি। খোঙথাং খুদিংদা, বাঙাং খুদিংদা, হকচাং খুদিংদা, পোৎ খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু উবা ঙম্নবদি দৃশ্য পূম্নমক পূমহোং

হোৎলকনি। অদুদগীদি অবা অমানা থল্লবা সংসার অসি স্বর্গধাম ওইরকনি। যীশুনা হায়, “স্বর্গধাম নশাদা লৈরে।” বেদান্ত অমসুং ধর্ম্মগুরু খুদিংমক্তসু মসি হায়। “উবা ঙম্বা মমিৎনা উজবসু; তাবা ঙম্বা মনানা তাজসনু।” ঐখোয়না অসুক কুইবা থিরক্লিবা মহাক অদু ঐখোয়না মতম চুপ্পদা লৈমিন্নে হায়বসি বেদান্তনা প্রমাণ তৌই। ঐখোয়মা পংবদগী মাংখ্রে থল্লুই, অমসুং পৃথিবী শিনবা থুংনা কপ লাওড়ুনা কোইথি থিরুই। অদুবু অচুম্বদুদি অসুক কুইবসি ঐখোয়গী থম্মোয়দা লেংদনা লৈরি। অতৈদা মত্তে ঐখোয়গী থম্মোয় মনুংদতা ঐখোয়মা অচুম্বগী মশক ওইবা মহাকপু উবা ফংগনি।

সংসার থাদোকপা হায়বসি থাইমগী অপোবা অর্থদা লৌখিনদ্রি ঐখোয় থবক শুদ্রে, উতুপ তাবগুম্না তাদুনা লৈরনি, বাথকক্ত থরকোই, থককসু তৌরোই। ঐখোয় অসি লাইবক্তা থারুনা মশাগী থৌদাং তৌত্রবা মীশক ওইরগনি. থৌরাক খুদিংমক চেন্দুনা পুগনি, মকম অমদগী অমদা মাইপৈ শনাই থরুদনা চুংশিনবা হুনা, মাইপৈদ্রা, ঈথক্কা হৌবা মাইপৈদা কোইত্তাও তাওদুনা লৈরগনি। অদুবু সংসার থাদোকপগী অর্থদি মসি মত্তে। ঐখোয়না থবক শুগদবনি। অপাম্বনা ইনশিনবা চুম্নগী মীওইশিংনা থবকী মশক করি থঙদগে? মশাগী অনুভূতি অমসুং ইন্দ্রিয়না থৌইনশিন পীবা মীশিংনা থবকী মশক করি থঙগদগে? অপাম্বা অমসুং ওইদবা থিবা থাদোকপা মীশিংতনা থবক তৌই। মতমদ

য়াঙজবা মীশিংতনা থবক তৌই। থবক্কী করিগুম্বা কান্নবা অমা কংগে হায়না আশা তৌদবা মীশিংতনা থবক তৌই।

লাই য়েংলগা নুংঙাইরিবসি লাই য়োনবা নত্রগা লাই য়েংলিবা মীচুম ? লাই য়োল্লিবা মী অদুদি হিসাবতা মকোক ঙাওরি, অমাং-অতোং য়াম্না কন্না পারি। মাগী মমাকোংনা হুম্নক্লিবা শেন অদুতবু তারি। অদুগা লৈবা য়েনবদা করিমতা রাগ লৈতরা মী অদুদি লাই অদু য়েংলগা নুংঙাইরি। মগাক্লা লাই অদু য়েংই অমসুং য়াম্না নুংঙাইরি। অসুম্না তাইবংপান পূম্বসি লাই অমনি, অপাম্বা পূম্নমক মাংখ্রব মতমদা মীওইবনা সংসার অসিবু ভোগ তৌগনি, অদুদগীদি ঐগীনি মাগীনি হায়বা বাখল অসি থাদোক্লখিনি। শেল পুথোকপ মীসু চৎখ্রে, অরৈবা মীসু চৎখে, অয়োনবা মীসু চৎখ্রে, পৃথিবী অসি য়াম্না ফজখ্রবা তসবির অমগুম্না ইমাংদা তাচুনা লৈরে। মহাত্মি কবি অথোইবনি, পুরাণগী কবিনি, বিশ্বজগৎ অসি মহাকী কবিতানি, কবিতা অসি তান, ছন্দ অমসুং শৈরেংনা মপান নাইদবা আনন্দগা (নুংঙাইবা) লোইননা ইখিবনি।— ঈশ্বরগী মবীদা মসিদগী থরা হেন্না ফজবা ভাব ঐ কনোইকুম থেম্নখিদ্রি। অপাম্বা থাদোক্লবা মতমদতা ঐখোয়না বিশ্বজগৎ অসিবু মশক খঙনা ভোগ তৌবা ঙমগনি। মতম অসিদদি পোৎ-খুদিংমক লাই ওইরম্লগনি। পোৎ খুদিংমক্না মহাক মহাকী অশেংবা মশক উৎলগনি, মতম অসিদা ঐখোয়না ইশা ইশাবু য়েংলগা মামোন তৌরগনি। মতম অসিদা নহামমখে ঐখোয়না কপ-

লাওরুবা পূম্বা অচাংগী শান্নবা ওইরম্লে হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙমলকনি।

মরম অসিনা নহাক্না মথৌ তৌ হায়না বেদান্তনা হায়রি। মপান্থোংগী মায়া অসি থাদোক্তুনা ঐখোয়গী ইথৌ তৌনবা বেদান্তনা পাওতাক পীরি। মসিগী অর্থদি করিনো? মসিদি পোৎ খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু উবনি। অসুম্ন থবক তৌ। চহি চাম পুন্সিগে হায়না নিংউ, তাইবংগী অপাম-মুংশি পুম্নমক লৈয়ু, শুপ্নদগী মখোয় অসিবু লাইগী খুভমদা থাঙ্গৎলু, স্বর্গধামদা ওন্থোকউ। তাইবং অসিদা মীগী মতেং পাংদুনা, য়াম্না নুংঙাইনা, ঐখোয় ঐখোয়গী ইথৌ তৌদুনা মতম কুইনা পুন্সিদুনা লৈনবা নিংউ। অসুম্না পাল্লবতদা ঐখোয়গী লম্বী থেংনগনি, অতৈনা ঐখোয়বু ভেংবাংবা ঙম্লোই। সংসারগী অর্থ য়াওদবা অকে অমৌ অমসুং ভোগবিলাসতা কোক য়ুংনা তাশিনখ্রবা মী অদুদি খোঙফম নাম্থোক্লবনি, মহাক্না পনথুংফম থক য়ৌবা ঙম্লরোইদবনি। অদুগা অমুকসু সংসার থাদোক্লিবনি হায়দুনা সংসারবু শাপ তৌরম্লগা বন্দা চত্তুনা চাদ-থক্তনা মশানা মশাবু থরা থরা অসুম হাত্তোকচবা, থম্মোয়বু লমগং ওইহন্দুনা অনু-ভূতি পুম্নমক মরু ফুকপা, রস য়াওদ্রবা, মুংশিবা খঙদ্রবা, শিগংনন্নবা মী অসিসু লম্বী লাম্নরবনি। মথক্তী অনি অসি কা হেনবা চাক্লি, অম্মানবা মতোন অনিনি। অনিমক লম্বী লাম্নরবনি, অনিমক পনথুংফম য়ৌররোইদবনি।

অসুম্ন পোৎ খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু হাপতুনা অমসুং পোৎ খুদিং-মক্তা ঈশ্বর লৈ হায়বসি খঙবা নং নংগী মথৌ তৌ। পুন্সি অসিবু

লাইগী খুভমদা থমদুনা অমসুং লাইমক্কি খন্দুনা অতৎ-অথম লৈতনা নোম্মু। পোৎ খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ। ঈশ্বর থীনবা এখোয়না কদাইদা চৎকনি? মহাক্তি থবক খুদিংদা, বাখল খুদিংদা অমসুং খম্নোয়গী ঈপোম খুদিংদা হায়দগী লৈরবনি। মসি খঙলগা এখোয়না মোম্বা তাই; মসি নত্তনা এখোয়গী পাম্বে অতৈ লৈতে। অসি ওইরবদি থবকী মহৈন এখোয়বু পুনবা ঙম্মোই। এখোয়ন বারিবা নংলিবা অয়াম্বা অরানবা পাম্বদগীনি হায়বসি এখোয়না খঙলে; অদুবু অপাম্বশিংসি শেংদোক্নুনা ঈশ্বরগী থাক্ত থাঙৎলবদি মখোয় অসিনা অরা-অনা পুরক্তে। মসি খঙদ্রিবা মীশিংনা হিংচ-য়াতম্বগী লৈবাক্তা খঙদ্রিবা কাওবা লৈবা তাই। এখোয়গী ইশাদা, অকোইবদা, মফম খুদিংদা কয় য়াম্ন মুংঙাইবা লৈরিবনো হায়বসি এখোয় অন্নাম্বনা খঙদে। হিংচা-য়াতম্বগী সংসার হায়বদু করিনো? মসিদি অপংববু হায়বনি।

খ্বাইদগী চাউবা তুরেল অমগী খোংবান্দা কন্না কন্না এখোয় ঈশিং খোরাংদুনা খুক খুক কংদুনা শিরি। চিঞ্জাকী চীংজাওময়াদা কম্না কম্না এখোয় অরাম-খোরাংনা শিগদোরি। মুংঙাইবন্না তিন্নবা বিশ্বজগৎ অসি ইমাংদা তাদুনা লৈরি অদুবু এখোয়না উত্রে। ধর্ম্মনা মুংঙাইবসি এখোয়গীদমক্তা থীজো তাক্লি। অসিগুম্না মুংঙাইবা জগৎ অসিবু মীপুম খুদিংমা খোরাংই। পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্না মসিবু তাম্নরি, ধর্ম্মগী পনথুংকম অদুস্থ মসিনি, তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মদা মসিবু তোঙান তোঙানবা লোম্না ব্যাখ্যা তৌরি। মপাম্বোংদা খেন্নবগুম তৌরিবসি লোন খেন্নবদগীনি।

অমসনা ৱাখল অমবু মওং অমদা ফোংদোকই, অতোপ্পা অমদা অতোপ্পা মওং অমদা ফোংদোকই; অদুবু অর্থদি চপমান্নে।

মসিগী মতাংদা ৱাহং কয়ামরুম পোৱকই। ৱা ভাংবদি য়াম্না লাই। ঐনা অভাং ওইরিবৈদেগী হৌনা মফম খুদিংদা অমসুং পোৎ খুদিংদা ঈশ্বরবু উবগী ৱা অসি খঙলকই অমসুং অভাং ওইরিবৈ মতমদ ঐ য়াম্না নুংঙাইরম্মী। অদুবু সংসারগী মীপ্পা হেক তিন্নকাদা সংসারনগী চৈফু অমা হেক ফংবদা ভাব অদু শ্বাই লাওনা মাংখ্রে। মী খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ হায়র্দসি ৱাখল তৌনা তৌনা লম্বীদা চৎলি। মতম অসিদা অকনবা মিপা অমমা ঐবু ইস্তুনা শড়ক ময়াইদা তুরে। অদুদগীদি ঐ ফুক লাওনা হৌগত্তুনা খুদুম শিংই, কোক্তা ঈ হায়গৎলি, অদুদগীদি মীদা লৈবা ঈশ্বর অদু শ্বাই মাংখি। খুদক্তা ঐ ভাওরে। পোৎ খুদিংমক কাওথোকখ্রে। ঈশ্বর উবগী মহুত্তা ভূতকা মায়োক্নরে। হেক পোকবৈদেগী পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু উনবা হোৎনৌ হায়না তম্বিরকই। ধর্ম্ম খুদিংমক্তা পোৎ খুদিংদা অমসুং মফম খুদিংদা ঈশ্বর উনবা তম্বিরি। নিউ টেষ্টামেন্টত যীশু খ্রীষ্টনসু অসুম হায়রমদ্রদো? ঐখোয় পূম্নমকপু অসুম্না তম্বিয়কপনি; অদুবু থবক থোকলপা মতমদদি হায়রিবা ৱা অসি য়াম্না নুমা থোকই। নখোয় পূম্নমক্তা ঈশোপকী ৱাখী অদু নিংশিংলিগনি। প্রাৎ ময়া অমদা শঙ্রাই অমমা মচামশুশিংদা মশাগী মমী অদু য়েংহল্লগা হায়রকই, "য়েংউ অভাংশা ঐ অসি কয়াম্না পাজেল লৈপ্রবনো, ঐগী চঙখোল্লবা কোক অমসুং হকচাং কয়াৎ অদি

য়েংচেহো—কয়াদা কনখ্রবনো অমসুং কয়াদা মতা ফখ্রবনো, অদুগা এই অসি কয়াদসু য়াংনা চেনবা ঙমখ্রবনো।" মসি হায়রিবৈদা হুই খোংবগী মখোল অম তারে। হুইগী মখোল হেক তাবদা হৌদুনা চেনখ্রে। মাইল কয়াগমরুম চেম্থোকলুরগা মনুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা অমুক হঙ্গিল্লক্লে। মাগী মচাশিংনা হায়রকই, "হৌজিক্তা য়াম্না কল্লি হায়রম্লগা হুই খোংলকপদা অদুক কন্না চেল্লিবা করিগীনো?" "মানিনে ইচাশা, হুই খোংলকপা অদুদদি এগী থৌনা অমসুং থাজবা পূম্বা খ্বাই মাংখি।" শঙাই অদুনা থুমকই। ঐখোয়না তৌরিবা অসিসু অসিগা চপ মান্নে। ঐখোয়না মীওইবনু য়াম্ন থাগৎলি, ঐখোয়না ইশাবু য়াম্না কল্লে, থৌনা ফবে হায়না নিংই অমসুং য়াংল য়াংলবা য়ারেপ লৌখৎলি; অদুবু চাংয়েং অমসুং অপাম্বগী হুই অদুনা হেক খোংলকপা মতমদদি য়ারীগী শঙাইদোনা হেক্তা তৌই মীওইবনা মহৌশানা অসুম তৌরবদি ধর্ম্মগী পাওতাকশিং তম্বিরুবগী করি কান্নরিবগে? মসিগী কান্নবদি মসিনি মদুদি তশুনা কন্না হোৎনরগা মায় পাকলকনি। নোংমদা করিগুম্বা থবক অমা হেক্তা পাংথোকপা য়াদে।

"আম্না অসি অহানবদা তাগদবনি, অদুদগী মসিগী মরমদা থঙগনি অদুদগী ধ্যান তৌগনি।" মী খুদিংমক্তা অশংবা অতিয়া অসি উবা ফংলি, লৈপাক্তা চৎপা করিসু লৈত্রবা তীন-কাং কাওবা অতিয়াবু উবা ফংলি; অদুবু অতিয়া অসি কয়াদা ৱাপ্পা লৈরি-বগে ঐখোয়গী ফীদমগী মতাংদসু অসিগা চপ মান্নে। ঐখোয়গী

ফীদম অসি য়াম্না থাপই; অতুবু ফীদম অসি ঐখোয়না তাঙ-গদবনি হায়বসি খঙই। লাইবক থিবনা তাইবং মী অয়াম্বনা ফীদম কয়িমত্তা থমদনা অমম্বদা মা তুনা চৎলি। ফীদম অমা লৈবা মী অমনা অয়ামবা লিশিং অমা তৌরবদি ফীদম অমা ফাওবা লৈজবা মী অমমা অয়ানবা লিশিং য়াথে তৌগনি হায়বসি ঐ লেপ্পা হায়বা ঙম্মি। মরম অসিনা ফীদম অমা থম্বা হায়বসি য়াম্না কৈ। তুখোং খুদিংদা চংগ্রিফাওব', ঈ মরীক খুদিংগা তিগ্রিফাওবা, শিংলী মাওয়ী, থোপ থম্মোয়দা ওইশিন্নগ্রিবা ফাওবা ফীদম অসিগী মরীদা ঐখোয়না হঞ্জিন হঞ্জিন তাগনি অমসুং নৈমগনি। "থম্মোয়না চাংজৌ পারগা বা ঙাংলকও" অদুগা থম্মোয়না চাংজৌ পারগা খুৎসু থবক পায়খৎলি।

ঐখোয়বু থৌরিবসি বাখলনি। থম্মোয় অসি অবাংবা বাখলনা থম্না হাঞ্জিল্লু, মুমিৎ খুদিংগী অমসুং থা খুদিংগী বাখল অসি নাকোংনা তাও, পুক্লিংনা খল্লু। মসিদা অহানবগী খুদি-থিবাশিংডু কয়িমত্তা খল্লুমু, খুদিথিবা হায়বসি হৌনশানি, মথোয় অসি পুন্সিগী লৈতেংনি। খুদিথিবা অমসুং অশোইবা য়াওদ্রবদি পুন্সি অসি করম তৌগনি? ময়াম অসি লাম্বেংলুবা ভত্তনা হোৎনরিবা অসি য়াওদ্রবদি সংসার অসি লৈবদ' মুংঙাইরোই। মখোয় অসি লৈত্রবদি পুন্সি শৈরেংগী বীণা মখোল থোক্লোই। অয়ানবা অশোইবা অমসুং খুদোংথিবশিংগী মরমদা কয়িমত্তা চিংনরুনু। যনবী অমনা মীনম্বা ব' ঙাংবসি ঐ থক তারকত্রি; অতুবু যণবী অদু যণবী ওইনা অতুম্মক লৈ। মরম অসিনা

অহানবগী অশোইবশিংসি করিমতা খল্লুম্ন. মখোয় অসি খোংকম শোইবগুম্বনি। ফীদম অদুবু লিশিংলক চন্না পায়্যু। লিশিংলক শোইরবদি অমুক্তা চন্না ফীদম অদু চেৎনা পায়নবা হোৎনৌ। মীওইবগী ফীভমদি পোৎ খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু উবনি। অদুবু নহাক্না ঈশ্বরবু পোৎ খুদিংমক্তা উবা ঙমদ্রবদি নহাক্না খ্বাইদগী পাম্বা পোৎ অদুদা ঈশ্বরবু উননবা হোৎনৌ; অদুদগী অতোপ্পদা অমুক উনবা হোৎনৌ। অম্সুম্না মথং মথং চপ্পগনি। আত্মাগী পুন্সিদি লোইবা খম্বা নাইদে। নংগী পুন্সি অদু চপচানা শিজিন্নৌ পম্মুক্কম অদু য়োৌবা ঙমগনি।

"পূক্নিংদগী হেন্না থুজিন্না ঈথক হোৎরিব', পূক্নিংদগী হেন্না য়াংনা পায়রিবা, লাইশিংমক্কসু য়োৌবা ঙমদ্রিবা, বাখলনা লাম্বা কংদ্রিবা, মহাক্না লেংলগ পোৎ খুদিংমক লেংলিবা, অদুগুম্বা মহাক অসিদা পোৎ খুদিংমক লৈরিবনি। মহাক্তি অরেংবনি; অদুগা অমুকসু মহাক্তি লেংদবনি। মহাক্তি অনকপদা লৈবনি, অদুগা অমুক মহাক্তি অথাপ্পদা লৈবনি মহাক্তি পোৎপুম্বগী মনুংদা ভুংবনি; অদুগা অমুকসু মনুং মপান ফাওনা পোৎ খুদিং-মকী মপান্দা লৈবনি। জীব খুদিংদা আত্মাবু উবা ফংলিবা অমসুং আত্মাদা পোৎ খুদিংমকপু উরিবা মী অদুনা আত্মাদগী থাপ্না চখোক্তে। জীব পুম্নমক অমসুং বিশ্বজগৎপু আত্মা অসিদা উবা ঙম্লিবা মী অদুনা অথুপ্পা খঙলেবনি। মহাকী মক্কমদা মায়া লৈত্রে। বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী অমতা ওইবা মতৌবু উবা ঙম্লিবা মী অদুগী অবাবা অমুক করি লৈরিবগে?

পুন্সিগী অমসুং জীব খুদিংগী অমতা ওইবা মতৌ অসি, বেদান্তগী অৱাংবা জ্ঞান তমনি। ঐখোয়গী অৱাবা পুন্নমক পংবদগী থোকপনি হায়বসি বেদান্তন। করম্না নিংথিনা উৎপগে হায়বদু য়েংসি। ঐখোয়না তোঙান তোঙান খেন্নবা উরুবসিনা ঐখোয়গী অপংবনি। মীগা মীগা, জাতি অমগা জাতি অমগা, পৃথিবীগা থাগা, পোৎ অমগা অমগা খেন্নে হায়না উরুরিবসি অপংবনি। অমগা অমগা খেন্নে হায়বা ভাব অসিদগী অৱাবাপুম্বা থোরকই। অদুবু বেদান্তনা হায়রি—খেন্নবসি মীনম্বনি, অশেংবা নত্তে। মসিদি মপান্দা তাৎ তৌবনি। পোৎ অমসুং জীবপুম্বগী থম্মোয়দা অমত্তা ওইবা মতৌ লৈ। মপানগী কুৱাংবান অদু ফাও-দতুনা মনুং থিৎনা য়েংবা ঙম্লবদি মীগা মীগা জাতি অমগা অমগা, ঈনাক খুনবগা লাইরবগা, লাইগা মীগা শাগা অমত্তা ওইরম্বা মতৌ উবা ফংগনি। খরা লুনা লুপথনা ঙম্লবদি পোৎ অমত্তগী তোঙান তোঙনবা মওং মতৌনি হায়নসি খঙবা ঙমগনি। অমত্তা ওইবগী ভাব অসি য়োনা খনবা অমসুং উবা ঙম্বা মী অদুগী মঙমদদি মায়া লৈত্রে, নমথাক লৈত্রে। কনানা মাংনা নমথাক তৌগনি? পোৎ অমসুং জীবগী অথুপ্পা অমসুং অশেংবা মত্তৌবু খঙলবা মী অদুগী অৱাবা অমুক কদাইদা লৈরিবগে? মহাক্না করি অমুক পামলমগদগে? মহাক্না সৎ (মতম চুপ্পদা লৈরিবা), চিৎ (মাংবা নাইদ্রবা জ্ঞান), আনন্দ (মপান নাইদনা নুংঙাইবা) অদুম অসিনা মপুং ওইবা পরব্রহ্মদা পোৎ অমসুং জীবগী অশেংবা মতৌ, হৌরকফম অমসুং তুংমফম লৈরম্বা উরে।

মক্ষম অসিদা অশিবা, লাইনা, অৱা-অনা, পেন্দবা, লাংভক্লবা করিমতা লৈতে। পূন্নমক মপূংফানা তিন্নবে অমসুং সুংঙাইরে। অদুদি মসি থঙলব! মী অমনা কনাগীদমক ভেংথারুগদৌরিবনো? ভশেংবদি অশিবা লৈতে, অৱাবা লৈতে, অদুগা অমগীদমক ভেংথা-বিক্লনিংঙাই অমসুং ৱারুনিংঙাইস্নু লৈতে, মীপুম থুদিংদা কর্ম্মগী ফল য়েল্লিবা, মতোমতা লৈজবা ঙম্বা, মহাকবি অমসুং মহর্ষি (পূন্নমক থঙবা ঙম্বা) ওইরিবা, অমকপা লৈত্রবা, মশক মওং মাইদবা অশেংবগী তুংনফম ওটবা ইবুঙো মহাক্না পোৎ অমসুং জীব থুদিংমক্তা শিনবা থুংনা লৈবিরি। .অসি উদদুনা অপং-বদগী পোরকপা সংসার অসিবু ঈড়াৎপা মীশিংদি সংসার অসিনা লোইরমাল্লে থল্লদুনা অমম্বদা কোইনা মাই। পুন্সিচুপ্পা সংসার অসিদা লৈরগা করিগুম্বা ফজবা, অমসুং থরা হেন্না ফবা মতৌ উবা ফংদ্রবা মীশিংঙদি অমুক্তা হেন্না মমশিনবা মক্ষমদা কোইমা মারবনি। অদুগা প্রকৃতিগী চপচাবা মওং মতৌ মুন্না থঙলবা, অদুগা প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা পুরুষপু (অশেংবা ব্রহ্ম) প্রকৃতিগী পান্মৈমা মুন্না থঙবা ঙম্রবা মী অদুদি—অশিববু লাম্ফোকই অমসুং প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা মক্তুবা সুংঙাইবা অদুবু ফংই। "হে সুমিৎ, অচুম্ববু নংগী সনাগী মকোয়না কুপশিল্লিবা নংগী মায়থুম অদু লোথোকউ, নংগী নশাদা লৈরিবা অচুম্বদু উজগে। ঐ নংগী নশাদা লৈরিবা অচুম্বদু মশক থঙলে, নংগী মঙাল অমসুং মতিক্কী অর্থ ঐ থঙলে অমসুং নংঙোন্দা ঙাল্লিবা পোৎ অদুস্নু উরে। নংঙোন্দা লৈরিবা অচুম্বদু ঐ উরে, নংঙোন্দা লৈরিবা পোৎ অদু ঐঙোন্দস্নু লৈ অমসুং ঐ অসি মদুমক্নি।"

## জগৎ ধর্ম্মগী ফীদম

মিৎ মাকোংমচিংবা ইন্দ্রিনা হেক য়োৗবা ঙম্লিখৈ, ঐখোয়গী পূক্নিংনা লাম্বা ফংলিবঙে শক্তি অমিনা তন্নবসি ঐখোয়না ভন্তনা উরি, তারি অমসুং খঙলি। মপানগী জগত্তা মসি চিংশিনবা অমসুং থকতোকপা ওইনা ফোংই। অদুগা মনুংগী জগত্তনা সুংশিবা ভূকচ্ছবা, অফবা য়াওবা ওইনা পূক্নিংদা ফাওই। ঐখোয়না পোৎ খরবু তকথোকই অদুগা খরবুনা চিংশিল্লি। ঐখোয় অসি মী অমনা চিংই অদুগা মী অমনা থকতোকই। মসি মীপুম খুদিংদা থোক্লিবনি। থবক নত্রগা বাখল অদুনা অদুক্কী মতিক অবাংবা থাক্তা কাররক্লিবমখৈ তন্নরিবা শক্তি অমি অসিগী মপাঙ্গলসু কনবা হেল্লকই। মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী বাংবা থাক্তি ধর্ম্ম অসিনি, মরম অসিনা মফম অসিদা শক্তি অমি অসি থোইদোক হেন্দোক্লা তক্লে। মীওইবনা খ্বাইদগী মহেল্লে চায়না খঙলকপা প্রেম অদু ধর্ম্মদগী পোরকই অদুগা মীওইবনা খঙলক-উরকপদগী খ্বাইদগী হেন্না শাথিনা সুংশিনদবা অদুসু ধর্ম্মদগী থোরকই। শান্তিগী খ্বাইদগী হেনবা বাহৈশিং ধর্ম্মদগী থোরকই, অদুগা খ্বাইদগী হেন্না শাথিরবা মীচৈসু ধর্ম্মদগী থোরকই। ধর্ম্মগী পন্থুংফম অমসুং সংস্থান্না অদুক্কী মতিক মপূংমরৈ ফারগ ধর্ম্মগী থৌরমশিংতু অদুক্কী মতিক মতিক লৈবা হেল্লকই। ধর্ম্মগুম্না পৃথিবীবু অসুক হকচিন্না ঈনা থুক্কাৎপগুম অতৈ কয়িগুম্বা পোৎ অমতনা তৌথিত্রি। অদুগা অমুকসু ধর্ম্মগুম্না অতৈ কয়িগুম্বা পোৎশক অমতনা লাইরবগী লায়েংশঙ অমসুং লাইশঙ অসুক য়াম্না লিঙ্খৎথিত্রি।

মীওইবা অমম্তুং শা-তাগী কননবা অতৈ করিগুম্বা পোৎ অমতমা ধর্ম্মগুম্বা হোৎনখিত্রি। ধর্ম্মগুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমতমা ঐখোয়বু অমুক সুংশিনহেন্তবা ওইহন্দে; অদুগা অমুক ধর্ম্মগুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমতমা ঐখোয়বু অমুক থৌজানহেবা অমম্তুং পুক্কচেলা খোৎপা ওইহন্দে। মতৌ অসি থাইনদগী তৌরক্লবনি অমম্তুং অকুপকা য়ামা ওইবা য়ামা অম্মুমক তৌখিনি। অসিগুম্বা নিম-খোয়বা, কুপচৈনবা, কম্নকয়েংথিনবা, সম্প্রদায় মশেন সুংশিনদবা অসিগী মথক্তা শান্তি অমম্তুং চায়বগী খোল্লাওবু বিশ্বজগৎকী চিদাই অমদগী চিদাই অমা কাওবা শিন্না ত'হনবা ওম্বা মীয় খোয়কই। মখি লাকখিগনব্রা?

ধর্ম্মগী কন্নবা লানকম ময়াই অসিদা অতৎ অথম নৈতবা শান্তি ওইখোক্লগনব্রা? চাশিং অসিগী (তয়ামাপলকুবা চাশিং) লোইরমদাইদা পৃথিবী অসি চায়চম্নবগী (harmony) মীতিনা লনরামথগুম তৌই। সমাজদা হায়রিবা নীতি অসি থবক্তা পুখোক্লবা তোঙান তোঙানবা প্রস্তাপ কয়া তৌনৈ। অদুবু মসি কয়া লুপ্পনো হায়বদু ঐখোয়না খঙই। সংসারগী লানকম অমম্তুং মীওইবগী শিংনী ইহুন নেমহনবা হায়বসি ওইখোক্লবগুম্বা তৌরি। মপাবগী জগত্তা শান্তি অমম্তুং চায়চম্নবা পুরক্লবা হোৎনবদা য়াম্বিবসিং মীওইবগী পুন্সিং ঈথক্তা পুরক্লবা হোৎনবনা শরুক লিশিং লিশিং খোঙ য়াই অমম্তুং লুই। ঐনা ময়াম্বু মতম খরদগী ওইয়রবদু য়াইবগী অমাংদগী খোরক্লবা হায়জরি। অভাং ওইরিবৈদগী য়োম্বা প্রেম, শান্তি, দান, মিৎয়েং মান্নবা, জগৎকী মীবু ইচিন ইনাও

ওইনা খননবনচিংবা অসি তায়ক্লি; অদুবু ঐখোয় অসি মায় থাগদবা বাহৈ ডাক্তা ওইয়ে, তেনবাগুম্না চিন্দা পংলোম লোনবা ওইয়ে, অয়াম্বা লোনবসি ঐখোয়গী হৌনশা অমা ওইরক্লে। অদুগুম্ব উপায় লৈতে। থম্মোয়দা অমাংবা বাখলশিংসি কাওথিবা মহাপুরুষশিংনা বাহৈশিংসি শেমখিবনি; মতম অদুগী মীশিংনা বাহৈশিংসিগী অর্থ খংলম্মী। মতুংদা অপংবা মীশিংনা বাহৈশিংসি পামতুনা ধর্ম্মবু বাহৈগী লীলা অমা ওইহল্লে, খবক্তা চুৎথগদবা পোৎশক অমা ওইহল্লে। মসিগী কল ওইনা "ইপাগী ধর্ম্ম," "জাতিগী ধর্ম্ম," "ঐখোয় লৈবাকী ধর্ম্ম" মচিংবা মখল মথক থোরক্লে। ধর্ম্ম হায়বসি মরৈনাক লিংবগী মথেম অমা ওইনরক্লে। মেথ ভক্তি হায়বসিদি পিকথব শরুক মচেৎ অমত্তনি। ধর্ম্মদা চাক্কচনবা পুম্নকপসি মতম পুম্নমক্তা লুগনি। অদুম ওইবমক ধর্ম্মগী চাক্কচনবগী সমস্যা অসি থরসি।

ঐখোয়না থওই ধর্ম্ম খুদিংমক্তা শরুক অহুম লৈ। অহানবদা ধর্ম্মদুগী দর্শন—দর্শন অসিনা ধর্ম্মদুগী পাকচাওবা উক্তনা ধর্ম্মদুগী পম্বুংকম, য়োনবা পাম্বে অমসুং মরু ওইবা পথাপশিং তাকই। অনিশুবা শরুক্তা পুরাণনি—মসিদি দর্শনবু মরাম্বা থওনবা রাজী-গুণা অপোবা মতংদা উৎপনি। মসিদা লাংতিনগী বারী, মী অমসুং লাইগী পুন্সি বারী য়াওই। দর্শনগী মচং ওইবা নীতিশিংদুবু পুরাম্না মী অমসুং লাইতীনগী পুন্সিদা পাখশিন্দুনা মরাম্বা লাইনা থওননবা পুরাম্না উংলি। অহুমশুবা শরুক্তা ক্রিয়াকাণ্ড অমসুং অজা-পূজানি। মসিনা পুরাণদগী অমুক হেন্না পোৎ।

যাগযজ্ঞ, থুরুমথারম্বা, হৈ-নৈ, ধূপ হৈরুক পানানচিংবনা ক্রিয়াকাণ্ডগী মগুং ওই। মরাম্না খঙনবা ধর্ম্ম পূম্নমক হায়ব্রিবা শরুক অদুম অসি য়াওই। ধর্ম্ম খরনা অমদা খরা কনশিন্না চৎলি, খরনা অত্তোপ্পা শরুক্তা কনশিন্না চৎলি। হৌজিক দর্শনগী মরমদা খরা নৈনসি। হৌজিক 'সিদা বিশ্বজগৎকী ওইবা দর্শন নৈরবরা? হৌজিক ফাওবা নৈত্রি। ধর্ম্ম খুদিংমক্তা মশা মশাগী নীতিনিয়ম পুথোকই. অমসুং মথোয়না পুথোকপা নীতিশিংসিনা মচুয়ে হায়বসি হায়। মসি হায়বতা মত্তনা মথোয়গী নীতি নিয়ম মতুংইন্না চত্রবা মীশিংদুদি মরক ভাগমি ফাওবা হায়। খরনা অতৈবু মথোয়না চৎলিব নীতি অদু নমতুনা চৎহন্নবা থাং শৎলি। মসি থাঙ্গেশেংনা ফংত্রদুনা তৌবা নত্তে, শেরান্নবা হকচিন্না খরাই য়াওশিল্লুবা মতৌ অমদগী থোরকপনি। মসি মীওইবগী পূরিংগী লাইনা অমনি। কাহেন্না খরাই য়াওবা মীশিংসি মবুক শেংবা মী ভাক্তি; অদুবু মথোয়সি পৃথিবীদা নৈরিবা অভাওবশিংগুম্না মশাদা দায়ি নৈতে। লাইন্দা পূম্নমক্তগী কাহেন্না ধর্ম্মদা খরাই য়াওশিনবসিনা খ্বাইদগী তমথিবা হেল্লি। মীওইবগী ফত্তবা নীচৎ শাজৎ পূম্নমক লাইনা অসিনা হোদোকই। অশাওবা পোক্লকই, শিংলী তিংলকই অমসুং মীওইবা হায়বসি কৈদৌনা তৌরকই।

পুরাণগী মভাংদা মান্নবা য়াওব্রা অমসুং ধর্ম্ম পূম্নমক্তা লৌবা য়ামা জগৎকী পুরাণ নৈব্রা? নৈতে। ধর্ম্ম খুদিংমক মশা মশাগী পুরাণ নৈ। মথোয় খুদিংনা হায়রি, "ঐগী য়াথী অসিদি শাজিনবা নত্তে।" বাকম অসি খঙননবা খুদমগা লোইনন্দা

কাংবু অমনা ও: অকিবগী মশক্তি হায়না হায়। খুদম ওইনা অমা য়েংসি—লিঙ্গগী খুদম অসিস্থ তাইবং শেম্বা মপুগী প্রতীক্তি হায়না লৌনরে। লিঙ্গ অসিবু খুদম ওইনা ঈরাৎনরিবা মীশিংনা মসিবু লিঙ্গ ওইনা উদ্রে। মসি ঈশ্বরগী প্রতীক্তি হায়না লৌই, মসিদগী মথা চত্থদে। অদুবু অতৈ অতোপ্পা অমনা সম্প্রদায়না মসিবু লিঙ্গ ওইনা অদুম্মক উই অমস্তুং মসিবু করেম্নে। করেম্ন-রিবা মীশিংসিনা অমুক লিঙ্গ ঈড়াৎপা মীশিংনা য়াম্না মোক্লিংবা পোৎ মমা প্রতীক ওইনা ঈড়াংলি। খুদম অনিথক ঐ লৌথৎকে—লিঙ্গ অমস্তুং খৃষ্টানশিংগী লাইমিং লৌবা। খৃষ্টানসিংদা লিঙ্গ অসি তুজুংমিংঙাইগী মশক্তি, অদুগা হিন্দুশিংদনা খৃষ্টানশিংগী লাইমিং লৌবসি তুজুংনিংঙাইগী মশক্তি খৃষ্টানশিংগী লাইমিং লৌবা, মী অমা হাৎলগা মী অদুগী মগুণ লৌনবা মশা চাবা ঈ থকপন-চিংবসি হিংচা য়াতম্বগী মতৌনি। শাহিং ঙাহিং চাবা মী কাংল্লুনা তৌরিবসি মসিনি। মী অমনা মথৌনা ফররবদি মী অদুগী মথৌনা অমস্তুং মবুকচেল মরীল লৌনবগীদমক মী অদুবু ঙ্গাম চংদুনা হাত্তোকই। খৃষ্টান ধর্ম্মবু থম্মোয় শেংনা থাজবা স্থার জোন লুব্বোক কাওবনা হায় মদুদি খৃষ্টান ধর্ম্মদি শাঙাগী লিচত্বগী হৌবনি। খৃষ্টানশিংদি হায়রিবা হৌরকক্ষম অসি থাজদে অমস্তুং হৌরকক্ষমগী ভাব অসিস্থ মথোয়না খল্লুবা নৈতে। খৃষ্টান ধর্ম্ম হায়বসি অশেংবা পোৎ অমনি—মথোয়না খঙনিংলিবস্থ এসিঙলি। অমুম্না যাগযজ্ঞ ঈড়াৎ পূজাদস্থ খ্বাই পুম্নমক্কী ওইনা চঙনবা য়াবা মওং অমত্তা নৈতে। অদুদি জগৎপূম্বগী ওইবা পোৎশক

অদু করিনো? জগৎপূম্বনা চৎপা য়াবা ধর্ম্ম হায়বদু কয়ম্না ওইথোক্কনি? মসিদি হাম্বনা ওইদুনা লৈরবনি। মসি করিনো য়েংসি।

জগৎপূম্বা মচিন মনাও ওইনা মুংশিনবগী ব অসি ঐখোয়না তারে, অদুগা মসি শন্দোক্লবা সমাজ কয়ামরুম লিন্থৎপসু ঐখোয়না উরে। ঐ থাইনগী বারী অমা নিংশিংই। ভারতা য়ু থকপসি য়াম্না ফত্তবনি হায়না লৌনৈ। মচিনমনাও অনিশুক য়ু লোম্না থক্কে হায়না খল্লে। ধর্ম্ম চেৎনা নিংবা মখোয়গী মথুড়া অদু থংনবা কা অদুদা তুমলম্মী মরম অসিনা অনি অদুনা য়ু থকত্রিতৈগী মমাংদা তুমিন্না ভাংনরম্মী; "ঐখোয় তুমিন তুমিন থকসি, খুড়া হৌগৎলক্কনি।" য়ু পক্লবা মতুংদসু "তুমিন্নৈয়ু, খুড়া হৌগৎলক্কনি" হায়বসি হন্না হন্না হায়রকই, অমনা অমবু লাও-হৎকদবগী হোৎনরকই। লাওখোংবদুদা তুম্বা য়াদ্রদুনা মথুড়াদু হৌগৎলক্লে অদুগা অনিদুনা তৌরিবা পূম্নমক অদু উরে। ঐখোয়সু য়ুভাওবা অনি অসিগুম্না জগৎপূম্বা মুংশিনসি। ঐখোয়পূম্বা চপ-মান্নে, মরম অসিনা ঐখোয়পূম্বা পূনসি" হায়না হোনা লাওই। অদুদগী কাংবু অমা হেক শেম্বদা পূম্নমক মান্নে হায়বসি য়ান-নকত্রে, অদুদগীদি মাম্নবগী বাখল অদু শ্বাই মাংখ্রে। মুসলমান-শিংনা অমগা অমগা মচিনমনাওনি হায়না হোনা লাওই; অদুবু তশেংবদি থবক্তা করি ওইনা থোরকপগে? মুসলমান নত্তবা মী অদুদি মচিনমনাওগী ফুক্নপতা চংলকপা য়াদে, মহাক্তি মখোরী লেন।থবা য়ানা লৈ! খৃষ্টানশিংনা অমগা অমগা মচিনমনাওগুম

মুংশিনবগী বা ভাংই; অদুবু খৃষ্টান মত্তবা মীশিংদুদি অসিগুম্বা মখম অমদা চৎপা তাই মখম অদুদা মহাক অনি পুন্সিচুপ্পা য়াইকৌ থাদুনা লৌগনি।

অসুম্বা ঐখোয়না পৃথিবী অসিদা মচিনমনাওগী প্রেম অমসুং অমগা অমগা মান্নবা কোইথি থিদুনা চৎলি। অসিগুম্বা বাহৈশিং অসি মতুংদা অমুক তাবা থোক্লবদি য়াম্না চোকশিল্লু; মরমদি বাহৈশিংসিগী মরমদা য়াম্না শাথিনা ওইজবা তানবা অমা লৈরবনি। ইম্মমধাদা অথাক অরাও অমা থোক্লে, মোংদি চুপ্রগা থাক্লুনা অদুম্মক লৈরে। তৌইগুম্বসুং মোংজু থাদদি লৈচিন্না লাওখোংদে, তৌইগুম্বসুং পৃথিবীপুম্ববু ঈশিং ঈচাওনা থুঙ্কৎলি। অসুম্ন থাঙ্গেশেংনা থবক তৌবা মীদি; মচিনমনাও ওইবগী প্রেম থম্মোয়দা তশেংনা কাওবা মীশিংদি বা য়াম্না ভাংদে, জগৎপুম্বগীদমক্তা পিকখ্রবা শিংলুপ মত্রগা সম্প্রদায় লিভদে। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী থবক্তা, শাজৎ লিচৎনা. মখোয়গী পুন্সিমক্তা মীওইববু তশেংনা মুংশি, মীওইবগী অৱাবদা বাই অমসুং মুংভাইবদা মুংভাই হায়বসি শিংথিনা উৎলি। মখোয়দি বা পংনা ভাংদে তৌইগুম্বসুং মখোয়দি বাফম অনি থোক্না থবক তৌই অমসুং হিংই। পৃথিবী অসি অহোবা থোক্লাওনা নিমখ্রে। ব ভাংবদগী থম্মোয় শেংনা তৌবা থবক থরা হেন্না পাম্মি।

হৌজিক কাওবদা ধর্ম্মগী মরীদা জগৎপুম্বগী ওইবা য়াবা মতৌ কয়া উরকত্রি; অদুবু মসি লৈ হায়বসি ঐখোয়না খঙই। ঐখোয় পুম্নমক মীওইবনি, অদুবু ঐখোয় পুম্নমক মান্নব্রা? মান্নদে।

ফাওদুনা চৎলি—মসিগী মতৌ অসি লৌইবা থম্বা মাইদে। "মুক্তাশিংসি ফাওদুনা চৎলিবা লংচিং অদু ঐনি" মুক্তা থুদিংমক ধৰ্ম্ম মত্ৰগা সম্প্ৰদায় অমমত্নি। তোঙান তোঙানবা মুক্তাগুম্বা ধৰ্ম্মশিংনি, পরব্ৰহ্মমা লংচিংগুম্বা পুম্নমকপু ফাওদুনা চৎলি। মাদিবু অরাম্বা মীশিংনা থত্তবা ঙমদে।

তোঙান তোঙানবা শক্তমদা অমত্তা ওইবগী মতৌ লৈরিবনি বিশ্বজগৎকী থুনিত্নি। ঐখোয় পুম্নমক মী ওইরিঃ অদুবু ঐখোয় মরুপা অমগা খেন্নে। মী ওইবা কাংলুপকী শরুক অমা ওইনা ঐপু নংবু অমত্তনি; অদুগা হোংবা চাউবা ওইনদি ঐগা নংগা খেন্নে। নিপা অমা ওইনা নহাক মুপীসিদগী তোঙান্নি, মী অমা ওইনদি চপমান্নে। মী অমা ওইনা নহাক শা অসিদগী তোঙান্নি, অদুবু জীব অমা ওইনদি নিপা মুপী, শা-ঙা, পাম্বী পুম্নমক অমত্তনি, অদুগা বিশ্বজগৎনা পাল্লিবসিগা নহাক্না পাল্লিবসিগা অমত্তনি। জগৎ শিনবা থুংনা লৈরিবত্তু ঈশ্বরনি, মহাক্না জগৎপুম্ববু অমত্তা ওইহল্লি। অদুম্নদি ওইরগা মপানগী শক্তমদদি খেন্নবশিংসি মতম লৈবা খিবিক্ত লৈগনি। মপাম্ফোংদা উংপা ঐখোয়গী শক্তিমা অমম্বুং থবক্তা খেন্নবশিংসি মতম লৈব খিবিক্তা লৈগনি। অদুনা জগৎকী ধৰ্ম্ম হায়রগা ধৰ্ম্মনীতি খরবু জগৎপুম্বনা থাজদুনা লৌনা লাকপা থজনরবদি মসি ওইথোক্কে। মসি কদোইঙেনতু ওইথোক্কে, মী পুম্নমক্কী মায়থোং চপ মান্নগনি হায়বস্তু ওইথোক্কে। অদুগা অমুক মীওইবা পুম্নমক্কী পুরাণ অমত্তমক লৈগনি হায়বসিদু ওইথোক্কে। যাগযজ্ঞ মওং অমত্তমক লৈগনি হায়বসিদু ওইথোক্কে।

অসিগুম্বা মতৌ অসিদি কদৌঙৈদম্ব ওইবা য়ায়োই, অদুগা করিগুম্বা ওইথোক্লম্লবদি জগৎ অসিদি মুৎলম্লগদবনি; মরমদি খেন্নবা হায়বসি জগৎকী অহানবা নীতিনি। করিনা ঐখোয়গী শক্তম পীরি? খেন্নবনা পীরিবনি। খেন্নবা লৈতনা মাংবদি প্রলয়গী মতৌনি। বিশ্বজগৎ অসিদা অয়েংবগী খোংচৎ অসি করম্না ওইথোকই? খনগী চাং মাংখিবদগী অয়েংবা খোঙচৎ ওইরিবনি। বিশ্বজগৎ অসিনা মুৎলবা কান্তদা পুম্নমক চপ মান্নবা হায়বড় ওইথোকনি। অসিগুম্বা চপ মান্নবসি খুদোং য়াম্না থিবা মতৌনি। ঐখোয় পুম্নমক চপ মান্নমা খমবগী বাখল অসি থাদোকদবনি। বাখল চপমান্নবদি খন্নিংঙাই বাখল লৈরয়োই, ঐখোয় পুম্নমক মিশরগী অশিবা মীদোমা অমমা অমবু মিৎকম হোংদনা অদুম্বক য়েংনচুনা লৈরগনি। চাউখৎপগী, লৌশিং জ্ঞানগী মরুদি খেন্নবা অসিনি। মসি মতম লৈবখিবিক্তা ঐখোয়গী জ্ঞান অমসুং চাউখৎপগী মরু ওইগনি।

জগৎধর্ম্মগী ফীদম হায়বগা ঐনা করিবু খঙকম খোকপগে? মন্নাম্না য়ানবা মসিদি জগৎপুম্বগী দর্শন মন্ত্রগা পুরাণ নত্রগা যাগযজ্ঞবু খঙনবা নত্তে। অসুম ভৌরবদি জগৎকী যন্ত্র লেপখিনি, জগৎকী যন্ত্র অসিদি মান্নদবা ঙাক্তনা পুল্লগা থৌরিবনি। অদু ওইরবদি ঐখোয়না করি ভৌগনি? অসিগুম্বা মরমম্না য়াম্নবা যন্ত্র অসি অমগা অমগা তরুদনা নিংথিনা চালাইনবা হোৎনগনি অমসুং থাও থাক্তনি। করম্ন নিংথিনা চালাইগনি? যন্ত্র অমগী অমগী মচাক অসি অমগা অমগা খেন্নরি। খেন্নবসিগী মহোশাগী

ওইনা কান্নবা অসি মুন্না খঙলগা নিংথিনা চালাইবা য়াগনি। ঐখোয়গী শাক্তিং লৌচৎ অমসুং প্রকৃতিনা অমত্তা ওইবগী মতৌ অমা উবগুম খেন্নরিবসিসু উনবা ঙোংনগনি। অচুম্বা হায়বদি লিশিং লক্কা খোক্লা কোংদোকপা য়াই, অদুগা কোংদোক্লিবা খুদিংমক য়ৌরিবা মকম অদু ফাওবদি চুম্মি হায়বসিমুক্লা খঙনবনি। অদুগা করিগুম্বা পোৎ অমবু তোঙান তোঙনবা মিৎয়েংনা য়েংবা য়াই, অদুগা মিৎয়েং খুদিংগম্না য়েংলিবদুদি পোৎ অমতনি হায়বসি ঐখোয়না খঙনি। খুদম ওইনা য়েংসি—নিপা অমনা পৃথিবী অসিদা অয়ুক্তা সুমিৎ থোয়কপা য়েংই। মহাক্না সুমিৎ অসিবু অচৌবা মতুম তাবা পোৎশক অমা ওইনা উই। অদুদগী মহাক্না কেমেন্না অমা পায়রগা সুমিৎলোমদা অদুম অদুম চংশিল্লে। মাগী খোঙচৎ অসিগী মতাং মতাংদা মহাক্ন সুমিৎপু কোটো নম্মি। অসুম্না মহাক্না সুমিৎ য়ৌরুরগা অমুক হল্লকপদা মহাক্না সুমিৎকী তোঙান তোঙানবা মওং উগনি। অদুবু পোক্তি অমতনি, সুমিৎপু মী অমতনা তোঙান তোঙানবা ফীভমদা কোটো নমথিবনি। তাইবংমপুগী মতৌসু অসিগা চপমান্নে। মীপুম খুদিংমক, কাংবু খুদিংমক ফয়বসু ফত্রবসু মানা মানা খঙজবা হৈজবা দর্শন্না, পুরান্না, যাগযজ্ঞনা জ্ঞান তানবু ওইরবসু নত্রগা ইপং পংনা ওইরবসু তাইবংমপুগী মফমদা য়ৌনমবা অসুম অসুম কাখৎপা লাক্লরি। মীওইবনা উবা তাবা খুদিংমক ইবুঙো মহাকনি, মহাক মতমা অতৈ করিমতা মত্তে। ঐখোয় খরনা তৌশিং শোকপা চৎলি হায়বা খনসি। ঐখোয়না তোঙান তোঙানবা

পাত্র হায়বসি খুজাই, চাইশেম, কপ, বালটিনচিংবা পুই হায়রা খরনি। মকম অমতদগী শোক্লকপা চপমান্নবা ঈশিং অসি পাত্র পাত্র অতুগী মওং লৌই। ধর্ম্মগী মতাংদসু অসিগা চপ্পমাবে। ঐখোয়গী পূক্লিং অসিবু পাত্র অসিগা চপ মান্নে। ঐখোয় খুদিংমা ঈশ্বর কংমমবা হোৎনরি, ঈশ্বরনা ঈশিংগুম্না মামা মামা নিংজবা অতুগী মতুংইন্না মনিং থুংহল্লি।

